# নমস্তা লক্ষ্মী

- শ্রী পুখ্রম্বম বাবু সিংহ



মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ
বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, মনিপুর

"লম্বী"

শ্রী পুখন্নম বাবু সিংহ গী তোঙান-তোঙানবা ৱারেং ২১ না পুন্সিন্নরবা লাইরিক।

অফোঙবা : শ্রী রাজকুমার প্রেমেশ সিংহনা
মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ বিষ্ণুপুরগীদমক ফোঙজবা।

অহানবা ফোঙবা : অগষ্ট ২০১৩

কোপী মশিং : ৬০০

"হক পুম্নমক অইবগীনি"

মখুম : কোঙ্থৌজম সুরেশকুমার সিংহ

টাইপ সেটিং : লক্ষ্মী কম্প্যুটর, নিংথৌখোং

নম্ফম : অরুবা প্রেস পাউনা বাজার, ইম্ফাল

মমল লুপা ১৫০/-

লাইরিক ফংফম : মাধব ভৱন নিংথৌখোং, সেবা ভারতী ইম্ফাল,
মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল।

# কচ্ছবা

মীওইবগী পুক্লিং'মদি ব্রাখলগী
অমম্ববু কোকহনবীরদুনা
পুম্নমক্তা অরংবা পুন্সিগী মঙাল'মা
পিনবীরিবা ওঝাশিংগী মফমদা কচ্চরি
"লক্ষী"

-অইবা

# ৱাহৈ খরদং

মমাংঙৈ লাইরিক ময়েক নিংথিজনা চৎত্রিঙৈ, সাহিত্যগী অশেংবা মচাক মরলশিংসি চিন্নবুং-ৱা ওইনা চিন্থাং-য়ৈনা লাকুম্বদগী ময়েক চৎনরকুবা মতম, অইবা ওইনা লৈরক্তুনা অওনবা অহোংবা কয়া খঙবা ঙম্মকখি। মতমগী য়াওল তুংইন্না মীওইবগী চৎনরোলসু হোংলকই। মনিপুরী সাহিত্য দসু অওনবা কয়া'মা থোরকখি। তোঙান-তোঙানবা অইবা অইবী কয়ানা তোপ-তোপ্পা মওং কয়াগী প্লোট কয়াদা খুফোংদোক অমদি টেক্নিক কয়া শিজিন্নদুনা মখল কয়াগী লাইরিক কয়া'মা পুথোরক্তুনা অপাবশিংগী পুক্নিং য়ৌহল্লকই। ঙসিগী সমাজসিদা হিংলিবা মীওইশিংসিনা অরেপ্পা নিংথিজবা চৎনরোল অমদা তংতানা চৎনদুনা অমগা-অমগা নুংশি-চান্নদা লৈমিন্নবগী মহৎ ; খন্নবা তৌদনা থিংবীনবা লৈতে মতাংগুম, অফ-ফত্ত লেপথোকচবা ঙমদনা মীতৌ তম্নকপা অমদি নিংলক-নিংলকপা অপান্থা পুম্নমকপু থবক ওইনা ওন্থোরক্তুনা হিরম অয়াম্বদা মোৎলবা সমাজ অমা ওইরক্লে। অসিগুম্বা হোংলক্লিবা চৎনরোলশিংসিদগী থৈদোক্তুনা আইদিএলিজমদা য়ুম্ফম ওইরগা মপুং ফাবা পান্দম অমদা উৎননবা তোঙান-তোঙানবা হিরমদা নৈনদুনা কল্পনা ওইনা ৱারেং অমদি ৱাহন্থোক ওইনা ৱারিমচা কয়াগা লোয়নননা 'লম্বী' হায়না মিংথোঞ্জবা লাইরিকসি পুথোকচরদুনা মনিপুরি সাহিত্যগী পুক্কৈদা খুদোল তমজরি। অসিগুম্বা মখল মথেল কয়ানা পুন্সিন্নজরদুনা মহাউ অমা পীজরীবা লাইরিক অসিবু চাংয়েংবা ওইনা মিকুপ অমতং ওইরবসু পাবীরদুনা অচুম অরান'নিগী মরমদা বিচার তৌবিরকুবদি ইজরুবগী মহৈয় ফংজরে খঞ্জগনি।

- অইবা

# প্রসিডেন্টকী ৱারোল

মীওইবা হায়বসি জীব খুদিংমক্তগী হৈথোই-শিংথোইরবা, পুম্নমক্কী ওইনা খনবা ঙম্বা কাঙলুপনি। মমাংদগী চাউখৎপগী মমি কা-হেন্না তাদ্রিঙৈ পৃথিবীগী লৈমায়দা খুন্দা লৈত্তাদুনা লৈরকপগী অমগা অমগা নুংশি চান্নদা, অৱৈ-লৈত অৱাং-অপা য়েংননা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নরম্বদগী খর থৈদোকখ্রগা: ঙসি চাউখপগী মতেন লোম্লরবা মতমসিদা ঐ, ঐগীতা মফরগা লোয়রে খায়দুনা ঙাংন-শক্লরিবা চৎনরক্লিবা লমচৎ, চান্নরক্লিবা চিঙ্খাক, নুংনাঙনিঙাই ওইরবা অহোংবা লোনচৎ শাজৎশিংসিনা লৈবাক্কী ওইনা অৱাবা অম ওইরবা মতমসিদা শ্রী পুখ্রম্বম বাবু সিংহনা ইবা '**লম্বী**' হায়না মিংথোনবা তোঙান-তোঙানবা ৱারেং-ৱারী ২১ না পুন্সিন্নরবা লাইরিকসিদা তমজনিঙাই ওইরবা চৎনরোলশিংগী মমি অদু উৎলদুনা মীওইবনা চৎকদবা চৎন-কাংলোনশিং অদুবু থিল্ল-থিল্লদুনা লিক্রম অমা ওইনা তাক্লনবা হোৎনরি। অসিগুম্বা লাইরিক অসিনা ঙসিগী সমাজদা কান্নরবা অশেংবা অচুম্বা লম্বী পীরগনি হায়না থমজরি।

M. Sanayaima Singh

ঐচ: সনায়াইমা সিংহ

*প্রসিডেন্ট*

*মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ*

# য়াওক্ষম তাকপা

# অনৌবা চাংয়েং অমা

Literature is the record of the impressions made by external realities of every kind upon great men, and of the reflections which these men have made upon them. The subject matter of literature covers the whole range of human life and activity, as well as every known manifestation of physical nature.

- Worsfold, W.B. 2004, Judgment of Literature
Sangeeta Books, New Delhi, p-15.

মনিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা চাংয়েং অমগা লোয়ননা খোংদারক্লিবা-অইবা পুখ্রম্বম বাবু সিংহ (নিংথৌখোং, মনিপুর: ১৯৫৮) নি। অমৃত (ৱারেং: ১৯৯০), মঙাল (ৱারেং: ২০১০), উরুম অমগীদমক (শৈরেং: ২০১১) অমদি মৈরী (উপন্যাস: ২০১২) নচিংবা ফোঙখ্রে। ইং ২০১৩ গী ওইনা ৱারেং- ৱারীগী খুংইদা ইবা লক্ষী (২০১৩) নৌনা মনিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তম্লক্লি। ঐখোয়না খঙখ্রে ৱারেংগী অইবা কয়া কবি চাউবা, কমল, সিনাম কৃষ্ণমোহন, এলাংবম নীলকান্ত অমদি মনিস্না শর্ম্মানচিংবা। ৱারী ওইনা নত্রগা ৱারীমচাদা মাংজিন থাখিবা অইবশিংদনা রাজকুমার শীতলজিৎ এলাংবম রজনীকান্ত, এম কে বিনোদিনী, খাইদেম প্রমোদিনী অমদি হিজম গুন নচিংবা খ্বাইদগী নৌনা থোক্লিবা সাহিত্যগী মশক, খুংই অমনা, ৱারেংগা ৱারীমচাগা পুন্শিল্লগা ইবা ফিদমদা য়ুম্ফম ওইবা অনৌবা কলাগী মশক অসিনি। ঙসি ফাওবদা মনিপুরী সাহিত্যগী অইবা অমঙনা অসিগুম্বা সাহিত্যগী টেক্নিক নত্রগা বেনর অসিদা খুৎ থাবা লৈখিদ্রি। পৃথিবীদা মমিং চৎলিবা ইংরেজী সাহিত্য গী অইবা অমত্তনসু

মীৎয়েং (টেক্নিক) অসিদা চংশিনবা য়াওখিদ্রি। ঙসি পুখ্রম্ম বাবুগী লম্বী (২০১৩) হায়বা লাইরিকসিদা ময়েক শেংনা উবা ফংই। অইবগী খুৎইগী মওঙ নত্রগা মশক অসি 'ব্রারেং-ব্রারী' হায়না মমিং থোনবমক য়াই। খুদম ওইনা 'মঙাল', 'মরুপ', 'নুংশিবা', 'কখোকপা', 'থাজবা', অমদি 'লম্বী' নচিংবা ব্রারেং-ব্রারীশিং অসিদা ময়েক শেংনা উৎলি 'মঙাল' হায়বা লাইরিকসিগী অহানবা ব্রারেং-ব্রারীদা মপুরোইবা নৌনা কায়নখ্রবী বি এ ফাওবা তমজহৌবী চাউবীনা, কৈথেল থোক্তুনা লুকমাই পান্দুনা হিংনবা হোৎনবা, মশুনুপী থোইবীদা নুপী ওইবীশিংনা খংজিনবদা কান্নরবা ব্রারী কয়া লীদুনা তুংগী পুন্সিদা মাই পাক্লবী ফিদমনিঙাই ওইরবী অমা ওইনবা লাক্লবদা মতেং পাংখিবা- মখা চখরকপদা এপিসোদতা মনিভদ্রগী মচানুপানা মপুরোইবা নৌনা কায়নখ্রবী চিন্তামনিগী নাক্তা অথেংবা নোংজুগী অহিং অমদা তুরেল লাম্থোক্তুনা থেংনখিবা। চিন্তামনিনা মঙোন্দা পাউতাক্তা লোয়নননা হায়খিবা- 'পুক্নিংবু খুদুম চনবীয়ু, মপাম্থোংগী ওইবা হকচাংগী অব্রা-নুংঙাই থাদোকপীয়ু (লা-১১) -মসিদা পুন্সিগী দর্শন অমা উৎলী। ঈথক-ঈরাংগী ব্রাবু নাথেরগা অচুম্বা অশেংবা লম্বীদা চংশিনহন্নিংবগী মঙাল অমা পীরি। কামগী, অহেনবা অপাম্বগী ঈরাং অসিদি মিৎকুপ খুদিংগীনি- মীৎমাংগী ফজবা, কলক মীহৌবা, মীতাবনা মঙালগী লম্বীবু ফংবা ঙমলোই হায়বগী পাউজেল অমা পীনবা লাক্লরি।

ব্রারেং-ব্রারীশিং অসি ফিদমগা মরী লৈনবা ব্রারী মচা নত্রগা ব্রারী অমমম য়াওহনবা অসিনা অতৈ অইবা-অইবীশিংদগী তোঙান্না লৈ। অইবনসু মাগী ব্রাহৌদোক ওইনা 'ব্রাহৈ খরদং' হায়বসিদসু ইরি:

'আইদিএলিজমদা য়ুম্ফম ওইরগা মপুং ফাবা পান্দম অমদা উৎনবা তোঙান-তোঙানবা হিরমদা নৈনদুনা কল্পনা ওইনা ব্রারেং অমদি ব্রাহম্বে াক ওইনা ব্রারীমচা কয়াগা লোয়নননা লম্বী হায়না মীংথোনজবা লাইরিকসি পুথোকচদুনা মনিপুরী সাহিত্যগী পুক্লেদা খুদোল তমজরি।'

লাইরিকসিদা য়াওরিবা ব্লারেং-ব্লারী পুম্নমক ফিদমদা য়ুম্ফম ওইবা অচুম্বা অশেংবা মঙালগী লম্বী অম থিবগী খোঙচৎ অমা উৎলি নুপী অঙাং অহল-নহা খাঙনা পাবা য়ারবা, পাবদা থোইদোক্না জ্ঞান লৌশিং লৌশিনবা ফংলগদবা মতাং কয়াসু থেংনরি । অসিগুম্বা লাইরিক অমা মনিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তম্লকপা অসিমক অচৌবা অবদান অমনি । নোংমদি শোয়দনা অইবগী মফম অমা মনিপুরী সাহিত্যদা লৈরকখিগনি মতমদু ফাওবা ঙাইখিবা তারি। মখা তানা মনিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌবা ঙম্বা ঈশ্বরনা পীনবিরসনু ।

(ডা: শরতচন্দ্র লোঙজোম্বা)
ডি: এম: কলেজ ওফ আর্টস
মনিপুর গভর্নমেন্ট

শিংজমৈ ইম্ফাল,
নোংমাইজিং, অগষ্ট ৪, ২০১৩

# অহানবা
## মণ্ডাল

চাউবী মপুরোইবা নৌনা কাইনখ্রবী শু-নোম্বা তন্দবী থবক হৈবী লুখ্রবীনি । মহাক বি:এ: ফাওবা তমজহৌই, সরকারগী থবক তৌবদি ফংজহৌদ্রে, মহাক্না খংদ-হৈতবা থবক ইয়াও য়াওদে । য়ুমগী অৱাৎ-অপা পুম্নমক ফৈগাক ফৈনা পুদুনা ইং-তপ্পা পাঞ্জে । মহাক মশা তরু তনাল্লি, লূ-হেনবা পামজে, মতম খুদিংমক্তা মফি-মরোল অমদি য়ুম-কৈ তরু তনাননা থম্লনা হোৎনজে । নোংমতা য়াহৌ থেংনা হৌগত্তে । হেক হৌগৎপগা শুমাং থেলোং ঙৌখিনা শিৎ-শেংদোক্তুনা থমজে । মথংদা মখুৎতা থাং মচা অমা পায়রদুনা ইঞ্জোলদা চংদুনা হৌরিবা পামদনা নাপীশিংদু ফোইদোকই । পিকচরবসু মনা-মশিং, মরোই-মপাঙ, হৈ-লৈ শুনা হৌই : অৱাৎপা ইয়াও য়াওদে । অঙম্বা খর ঙাইহাক শু-নোমলম্লগা পুখ্রিদা চংতুনা নিংথিজনা ইরু-মাইথজরগা ঙৌখিনা শুদোক্লবা ফিরোল শেংতুনা ধুপ থাউমৈ অমদি লৈশু কৎতুনা সূর্য পুজা কৎচৈ । মচা-মমৌ খুদিংমক্তা মানা-মানা তৌগদবা থবক থৌরম তাক্তুনা পাংথোক্লবা হোৎনজে । ইমুং মনুংগী মীওই কয়াদা ইবুঙো ইবেম্মা হায়না নুংশিনা কৌবা নত্তনা মমিং-মথা মপুং ফানা নোংমতসু কৌদে । ৱাহৈ-খোনফম অকনবা অমদি অথিবা কনাগুম্বা অমতদসু ঙাংবা তৌদে । পীক্লবসু চাউরবসু মী খুদিংমক্তা মাগী মাগী চান্নবা মথৌ অমমম পীদুনা মতমগী মমল থংনা লৈহন্নবা হোৎনৈ । মহাকসু কৈথেল থোক্তুনা লুকমাই মচা অমদা মতম

মতমগী মনা-মশিং অনৌ-অপেৎ য়োন্দুনা য়ুমগী মতেং খরদং ওইরবসু পাংবা গুম্লনবা কন্না হোৎজে । অয়ুক্কী পুং নিপাল তাবদগী চাক চখোম অমা চারগা থোকখিবদুনা নুমিদাংৱাই নুমিৎনা ময়ুমদা চংদ্রিঙৈ খর গুল্লপ-গুল্লপ তৌনা য়োনব য়াবা পোৎচৈ খর য়োল্লমুগা কৈথেলদগী হেক কুম্লকপগা মচা মমৌশিং য়ুমদা শুনা লৈরম্বরা, লৈরমদবরা হেক-হেক য়েংই । নুমিৎ খুদিংগী মতৌগুম য়ুমদা হনবগী মতমদগী খরদি থেংথখ্রে । পোৎসু য়াম্ন শিংলি অদুবু মখা তানা য়োনবা লেপখ্রে । লৈরিবা পোৎচৈশিংদু নিংথিজনা তাশিন খোমজিল্লগা লোইশিল্লদুনা য়ুম তম্না চেন্ন-চেন্ন লাকই । থোঙ্গাল য়ৌরকত্রিঙৈ হান্না মগুনুপী অমদি মমৌনুপীবু কৌরকই । তারিবরনে নখোয়বু ঐ লাকএ ! পোৎ-চৈশিং অসি লৌশিল্লু লাউনে । কনাগুম্বা অমত্তা থোরকপা উদে, অবোক্কী থোইবী, তদ্রবরনে নংবু ? অবোক লাকএ ! ঙাইহাক লৈরগা অমুকসু কৌরকই, অবোক্কী থোইবী! নংবু কদাইদা লৈগে ? লাকও অবোক লাকএ ! চেক-মোক অমত্ত লাওরক্তে ! মশা মথন্নত হায়জে - 'করিনো ঙসিদি হান্নগা ইমান মান্নদেনা ! করি তৌরবা জাৎনো? ইগু থোইবীসু লৈবা উদেনা সিদি ! কদাই কদাইদ চৎখ্রে ?' মহাক্না পুরক্লিবা পোৎচৈশিংদু মাঙ্গোলগী মচি অমদা থাঙ্গৎতুনা থমুমলগা থোঙ্গাল তম্না মগুনুপীবু থিবা হোবে-হোবে থোরক্তুনা মমাইদা খুৎ খল্লদুনা য়েংই । মফমদুদা চেন চোংদুনা শান্নরিবা লৈকায়গী নুপামচা অমদি নুপিমচাশিংদুগী মমিং পল্ল-পল্লদুনা হংলকই- "ও কাকা মচা! ও নেনে মচা ! নখোয়বু ইগুতোম্বী থোইবীবু উ-লাকপরা ?" কাকা মচানা খুমুকই - "উদে অবোক । ঐখোয়না শান্নরিসিদসু য়াওদে ।" 'হি! করিনো সিদি ! ইগুথোইবী লৈতেনা, কমদৌনি, কদাইদবু চৎখ্রে?' লৈকায় ৱাংমা লান্না চৎতুনা থিবা হৌরকই । খর লাপতক্লা থোঙ্গাল তরেৎ-নিপাল চৎলগা লৈবা য়ুম অমদগী মমান্নবী অহুম মরিগা লোইননা থোরকপা উবদা থম্মোয়দা লাংতক্লরম্বদগী নে-না হেক তারকই । স্বর

চনিং তানা হোন্দোক্লগা তপ্পা হায়রকই- "অবোক্কী থোইবী, ঙসাইদগী অবোক্লা কৌরিসি তাদবরা ?" অসুম হায়রদুনা মশুবু থাঙ্গৎপা ঙম্বোই ঙমদবোই কোন্দুনা থাঙ্গৎলগা মশুগী মখজাইদুদা ওন্ন-ওন্ন চুপ্প-চুপ চুপই। মহাক্কী মমিত্ত অঙাং ওইনা উজরব্বগী ৱানি, পুংকক চাউরক শাংলক্লবীনি। মশুনুপী থোইবীনা মমান্নবীশিংদুগী মমাংদা ইকাইবোই করিওই হায়রকই- "অবোক ! য়ারে ৱারনিএ।" মবোক্লা খুমই- "ৱাদে-ৱাদে" চাউবী- "করিগীনো থোইবী ! ইশুনা অদুক লাপ্পা চৎলিববু ? কনা-কনাদদি হায়রমই ? মরম লৈতনা লৈকায় ৱাংমা লান্না তোয়না চৎপা য়াদে হায়বা কাওরবরা নংবু ?" থোইবীনা খুমলকই- "কাওদে অবোক, ঙসিদি মেট্রিক পরীক্ষাসু হায়দোক্কনি হায়নবগুম তৌই, চুমস্ত্রা হংগে হায়দুনা মমাংগী ইমান্নবীখোয়দা চৎলুবনে।" চাউবী য়াদে-য়াদে অসুম্না তৌবা য়াদেকো ! ঙসিগীদি ফরে, মতুংদা অমুক তৌবা য়াররোয়কো। অবোক্লা ঙম্মোক লৈরকএ ! চাউবী নুপীমচাশিংদুদা য়েংলগা হায়রকই - "ইচনমচা নখোয় ময়ামগীসুনি অবোক্লা হায়রিসি। য়ুমদা হায়রম তাক্লমদনা থাপ্পা চৎথোকপা য়াদেকো। মতমসি হান্নগা মান্নদ্রবনি। নখোয়সু চৎলু, নুমিৎসু চংখ্রে : সন্ধ্যা য়াচংবগী মতম ওইরক্লবনি।" মশু মবেন অনিমক খুৎ শম্নেনা লাকমিন্নে। য়ুম য়ৌরবদা চাউবীনা হায়রকই- "ইশুথোইবী নখুৎ-নশাদু ঙৌখিনা হামদোকউ, অবোক্কী খাওদা ঙম্মোক য়াওরিবনি, নমা নচা নচিন-ননাও য়েন্নদুনা চামিন্নৌ। চাবা লোইরগনে য়ুম কৈ নিংথিজনা তাশিল্লু অদুগা সন্ধ্যা য়াচংবগী ধুপ থাউমৈ কৎননবা তৌকো।" মশুনুপীনা খুমলকই- "অবোক ঙসিদি তল্লি, মামানা তৌজনি।" চাউবী - "য়াদে-য়াদে, অদুম্না হায়হৈদেকো থোইবী। শক ফজবী ইশুনা অসুম হায়বা পকচদেকো অঙাউবী ; মামানসু তৌসনু ইশুনসু তৌগদবনি। তনবা য়াদেকো থোইবী। থবক হৈবা তমগদবনিকো।" মশুনুপীবু থেম্বোই থাগৎপোই তৌরদুনা য়ুমগী থবক শিৎ নান্না তৌহন্দুনা শান্ন-শান্ন থবক

তম্বী। নুমিদাংগী মতম ওইশিল্লক্লে মশুথোইবীগী নাক্তা মচি অমদা ফমুগা শংদুনা লাইরিক ঔরাইহল্লি। লাইরিক শুনা পাহনবা লোইরে। মশু মবেন পুন্ন ফমদুনা  চাক চামিন্নে। চাকচা তোকপগা ঙাইহাক পোথারগা মশু মবেন অনিমক চংলক্তুনা ফমুং অমতদা হিপমিন্নে। চাউবী, হিপ্প-হিপ্প হায়রকই - "মুন্ন তাওকো ইশুথোইবী, মমাংঙৈদদি মহৈ তমগদৌরিবা ছাত্র খুদিংমক গুরুগী নাক্তা লৈদুনা চম্না লেনবা, ব্রাখল ব্রাংনা খনবা, তম্বীবগা লোয়ননা থবক খুদিংমক হৈননবা তম্বীরমই। কেথোক মৌথোকপা, ফীজেৎ লুদবা, ব্রাঙাং-শাঙাং, লমচৎ-ব্যবহার তম্বিবগা লোয়ননা অতপ্পা অইংবা চিঞ্জাক পীজদুনা ইং তপ্পা লৈবা তমহল্লমই। য়াহৌ ঙন্না হৌগৎহল্লি, নোংমগী মশাগী তৌগদবা থবক চিন-য়া শেংদোকপা খোং-খুৎ হাম্বা লোইরগা শুমাং থেলোং য়েন্নখা-য়েনখুল লু-নান্না শিত্তোক শেংদোক্লবা মতুং ফাদোকখিবা পুন্নিং ব্রাখলবু ফাজিনবা ঙম্নবগীদমক ধ্যান তৌবা, মশা-মউ নাদ-য়েক্তনা লৈহন্ননবগীদমক স্বর শাজেল অমদি যোগাসন নুমিৎ খুদিংগী তম্বীদুনা তৌহল্লি। শাজেল ঙম্নমক লোইরগা চিঙদা চত্তুনা শিঙ চল্লুবা, নত্রগা ষন শেনবা চৎপা অমদি লৌ-শিংনচিংবগী থবক খুদিংমক হৈননবা তমদুনা যুম অমা পানবদা চংবা মচাক খুদিংমক তম্বী। মতম নাইনা নিয়ম কাইদনা চাব-থকপা, থবক খুদিংমক পাংথোকহল্লি। মশাগী চহি ২৫ শুরবা মতম ফাওবদা ব্রহ্মচর্য পালন তৌদুনা থবক অয়াম্বা হৈবগা লোয়ননা মতিক চারে মশা মথন্নতা লেপচবা ঙম্নগনি হায়বা মতমদুদা;  গুরুগী অঙম্বা দক্ষিণা কৎহল্লম্নগা যুমদা হল্লকত্নুনা যুম্বানবগী লম্বীদা চংদুনা তং-তানা নুঙাই য়াইফনা লৈনৈ। হৌজিক্কী চাউখৎলে হায়রিবা মতমসিদদি পুন্নমক লোয়না তায়োন্নখ্রে। তুম্না, চাবা, ফীজেৎ অথিংবা অমতা লৈতনা অকে-অমৌগা লোইননা শেৎনিংবতা শেৎ, চানিংবা অশাবা অয়াকপা চিঞ্জাক-চাসিন থকচিন্দুনা নিং-তম্না মহৈ তম্বগী মিংদা মফম মতম নাইদনা নুপামচা, নুপিমচা অনিমক তোয়না তোৎনা তিন্নরকপদগী মশানা

মশাগী পুক্লিং ফাথবা ঙমদনা মৈনাঙ্তা ঘী থম্বগী মতৌগুম বুধি-লৌশিং অমদি হকচাংগী পাঙ্গল মপুং ফাদ্রিঙৈ তৌহৈদবা থবক কয়া অমদি থোকহৈদবা থৌদোক কয়া তঙ্না তানরক্লে। "ইশ্তথোইবী নংনা ঙসাই লৈকাই ব্রাংমা লান্ন চৎপদু অবোক য়ানিংদেকো। অবোক্লা ঙসি হায়রিবা ব্রাহৈশিং অসি পুক্লিং চংনা তাউ, কাউবা য়াদেকো। য়েঙোই নুপীমচা ওইবীশিংদি নুপামচাশিংগী মতৌগুম হাই-হুম্রা চৎপা খক হৌনদেকো। নুপী ওইবী হায়বসিদি পুন্নমক্কী মমানি, মপাগীসু মমানি মচাগীসু মমানি মপুরোইবশিংগীসু অমতা ঙাইরবা ঙাক্লৌ চৈশুগী মতৌগুম্বনি। নুপী ওইবীদি য়ুমলৈমনি, লনলৈমনি, বিদ্যা পুন্নমক্কীসু মপু ওইরিবী লাইরেম্বীনি। অফ-ফত্ত পুন্নমক মঙোন্দগী থোকপা ঙাক্তনি। নুপী ওইবী হায়বসিদি অহল্লমন, লাইগুরুগী সেবাদা পুক্লিং চংবী, ফত্তবা ব্রাখল মাংহনবা ঙম্বী, মীগী মরাল ঙাকপীহৈবী অচুম্বা লমচৎ শাজৎ চৎপী হকচাংগী নুং-পান অনিদা ইচম চমনা মকত্রবী, দেবতা অমদি অতিথিগী সেবাদা পুক্লিং চংবী ; অচম্বা ফীজেৎ লৈতেংদা অদুম মপেনজবী, তরু তনান লৈজবী, মপুরোইবা অমদি মচা মশু নিংবী ; চনিং লৈতানা ব্রাখল খনবা ঙম্বী, থকসি খাসি নাইবী, মোং হাদনা ধর্ম চেনবী, অদুগুম্বী নুপীদু অমতা ঙাইরবী লক্ষ্মীনি। মহাক অদুগী মফমদা অব্রাৎ-অপা অমত্তা লৈররোইদবনিকো ইশ্তথোইবী। ইমুং মনুংগী থবক-থনা কয়া ফন তৌদবী মপুরোইবগী চিন্থক্তা হঙ্গৎনা হেক-হেক খুম্বী ; লৈকায় ব্রাংমা লান্না চৎতুনা অমগা অমগা ব্রারী ব্রাতাই শান্নগনবী, ইকাই হঙ্গোই লৈতবী, ইমুং মনুংগী কোল্লিক থৌরিক, ফিরোল মফম চাদনা ইচাই চাইনা থমগনবী, ঙসিগী হয়েংগী খন্দনা অরৈ-অরৈ চাথোকপী, চনিং তানা ব্রাখল খনবা ঙমদবী, মহাক্কী মনাঙ্তা ঈশ্বরদি লাইরদনা করিগুম্বা অপানবা পোৎ অমতা লেংদনা লৈররোইদবনিকো ইশ্তথোইবী। ইরাং অয়াম্বা নুপী ওইবী অমদি লৈশাগী ব্রাহৌদগী থোকপনা অয়াম্বনি। নুপী ওইবীশিংদি অরেপ্পা মচু লৈত্রবী হাপ্লু-হাপ্লুবা পাত্রদুগী মওং মানবা ঈশিংগা পাংখক্লি।

ইকাই হঙ্গোইবা লান্না লৌবা য়াদেকো। অবোক্না তাক্লিবশিংসি কাওথোকপা য়াদবা য়ুম্বানল্লোন্নি, মুন্না তাওকো। তুমথরবরনে নংবু ইশুথোইবী ? থোইবী - "তুমদে অবোক।" য়ুম পান্দ্রিবা মমা-মপা ওইগদৌরিবা ইনখৎলক্লিবা নুপা নুপী অনিনা মফম মতম নাইদনা তোৎন তিন্নদুনা লৈরবদি অপেনবদুগী মথক্তা ইখৌলাংবা হায়দুমসু তত্তনা অসুম লোইনদুনা লৈরগদবনি। মীওইবগী মপান্থোংগী ইন্দ্রি অনি লৈয়েং অমদি হকচাংথোং; পোৎশক অনিসিগী অপাম্বনা কৈদৌনুংদা নমহৎহল্লোইদবনি। অহলগী মতম ওইশিল্লক্লবা হকচাংগী কয়াৎ খুদিংমক হিকথরক্লবা ফাওবদা অপাম্বা অমদি খৌরাংবা পোৎশক অনিসিমদি কাউবা ঙমদনা তগৎ-তগৎ তেক্তুনা অসুম মরৈ। পাম্লিবা পোৎতুবু হন্ন-হন্ন চারুবগা খৌরাংলিবা পোৎ অদুবুসু থক্লুরগা অপাম্বনা অসুম হেনগৎলক্তুনা হেন্ন-হেন্ন মহাও তংদুনতা লৈনিংবগুম: ওকনাইদ্রবা ইন্দ্রিয়বু পেলহন্নবা হোৎনরকপদা হিংচা-য়াইতম্বগী শক্লোন লৌরক্তুনা অৱাফমদা হেক-হেক তারকই। য়ুম্বাল্লবা মপুরোইবগী নাক্তা লৈরব মতম: অসিমদি কাওব য়াদেকো থোইবী। মালেম ইমাগী গর্ভদা করিগুম্ব মরু অমতং হেক তাখিবদা লেম্না খক মাংদনা মরুদ্দুগী মতোল, মউ, মনা অমদি মহৈয় পানবগুম: য়ুম পাল্লবা মতম মমাগী গর্ভদা মপানা মরু হুনবা নুমিৎসু অদু মঙাই, তিনজং কাইজংদবা মরু খল্লগা অফবা নুমিৎ থাবান য়েংদুনা নিংথিজনা শেম-শারবা লৈমায়দা হুনবগুম; অশেংবা অতপ্পা অইংবা চিঞ্জাক চাদুনা অফবা নুমিৎ থাবান য়েংদুনা মমা মপা ওইরগদৌরিবা অনিগী মপোক নুমিৎ; তৎনবা অমদি নুপা-নুপী অনিদুগী মনুংদা অমনা নারি য়েক্লিউঁদা নমজা নমথুপ্পনা তোৎন-তিন্নবা তৌরোইদবনি। মীওইবগী ইখৌলাংবা খৌরাংবা হায়বসিগী অরোইবা পম্মুং অমা লৈতে। মহাক্তি চাবগী পেনবা নাইদে, শেৎপগী ওকপা লৈতে, চাবু চারুববা চানিং-থক্লিংদুনতা অতমননা পাম্লিবা পোৎ অদুবু হন্না ফংলক্লবা হোৎনবদা অমত্তা ঙাইরবা পুক্লিং ৱাখলবু শোইনাইহন্দুনা অপাইবা লশিং মফোলগী মতৌগুম মালংবা

মাগী মায়ওন্দা ওন্ন-ওন্ন পাইদুনা নৈতাফম খংহন্দনা ; মৈরানবী কৌবা জীবনা চাক্লিবা মৈরিনুংদা চোংশিন চোংশিন্দুনা লম্মখাংদা মথ্বাই মাংহনবগুম ; ফত্রবা থবক কয়াদা হৈনখিদুনা পাপকী কোমদা চোংথবগা লোয়ননা মশাবু নৈখা তানা হেক-হেক মাঙহল্লি । তিন্নহৈদবা লমচৎ শাজৎ কাম্বা মীগা তিন্নরুবদগী ওইরকপা ফত্রবা হৈনবী ; চাকচা যুথক কয়াবু থাদোক্তুনা লাইগুরু, অহল-অমন অমদি শাস্ত্রনা তাকপা অফবা পাউতাক ইন্দুনা ঈশ্বরবু নথানুংদা মতম লৈবখিবিস্তা চেজেৎ কোনশিঞ্জ বগা লোয়ননা তোল্লে তারবা কন্না লৈজদ্রবা মিমান্নবা ঙমদ্রবা কাঙবুদা লৈজবা পোৎলম খরদং দান ওইনা, পাঙ্গলনা নত্রগা শেলনা তেংবাংবগা লোয়ননা মশাগী ইন্দ্রিয়বু খুদুম চনবা ঙমলিবা মহাক অদুতবু অথোইবা ধর্ম চেনবা কৌই ।

মতমসু ফনা থেংজিল্লক্লে ঙসিদি তুম্নসিকো, তুম্মো-তুম্মো । মশু মবেন হিপথমিন্নখি । অহানবা নুমিৎকী মতৌগুম অনিশুবা নুমিৎকী তুমলমদাই মতমনি ; ফমুংদা লোংনা হিপ্পদুনা চাউবী - "ইশুথোইবী, অবোক্লা নঙোন্দা হায়খিবা ,তাকখিবা ব্রাহৈশিংদু নিংশিংবা ঙম্ব্রা ?" থোইবী- "কাওদেয়ে অবোক।" চাউবী- "কাওবা য়াদেকো, পুন্নমকসি যুম অমা পানবদা চংদ্রবা য়াদ্রবা যুম্বাল্লোনগী মচাক ঙাক্তনি । নংসু ফনা চাউরক শাংলক্লবিনি । ঐনা হায়গদৌরিবা ব্রাহৈশিংসি জ্ঞান তাবা ঙম্বরা য়েংউকো । অহানবদা ব্রারেং মচা অমা ওইনা হায়গেকো মথংদা ব্রারেংসিগা মরি লৈননা নুঙাইরবা ব্রারী অমসু লিগে । অনিমকতু মুন্না তারবা মতুংদা করিগুম্বা কান্নরবা ব্রাহৈ খর লৌশিনবা ঙম্বরা য়েংউ । ঙমদ্রগনা অমুক হন্না অবোক্লা মচা খাইনা হায়গে মুন্না তাওকো থোইবী ।"

মীওইবনা অহানবা ওইনা সংসারসিদা খোঙদারকপা মতম, কনাগুম্বা অমতসু মহৈগা কোন্ননা পোক্লকখিবা য়াওদে । চিনিগী অথুম্বা শরক্লা ঈশিংগা তিন্নদুনা লৈবদা খংদ-উদবগুম, অফবা গুন অমদি শক্তি

কয়াবু মীওইবগা শাগোন্নহল্লকই । অদুগুম্বা লোম্ভুনা লৈরিবা গুন অমদি শক্তিশিংদুবু অমুক হন্না  নৌনা চিংথোক্লবগীদমক বিদ্যাবু খুলাই ওইনা শিজিন্নদুনা য়াকাইহল্লকই । মহৈ মশিন তমদ্রবা, তমগে খনবা ঙমদ্রবা তমহনবসু ঙমদ্রবা, তম্বদসু ইকান কান্নদ্রবা মহাক অদুদি পোকচমন মহৈয় য়াদ্রবা শাশিংগা পাংখক ওইরবনি হায়বদা অকাইবা লৈররোই । অদুগুম্বা মহৈদি নিংথিজনা হৈজহৈদ্রবা লৌশিং ব্রাংলবা কাঙবুশিংদুদা কনাগুম্বা হৈ-শিংলবা অমনা অচুম্বা থৌদৌ মালহল্লবা থৈয়াইনবা ব্রাহৈ কয়া হায়জিন্দুনা নত্রগা অরং-অরাক খর পিশিন্দুনা মহাক্না তৌহন্নিংলিবা থবকতু পাঙথোকহন্নবগী অমতা ঙাইরবা খুলাইগী মতৌগুম ইকোম কোমনা শিজিন্ননিংবা মতমদা অমদি অপাম্বা মওংদা কোয়হোয় হোইদুনা হেক-হেক শিজিন্নৈ । অদুগুম্বা মীওইশিংদুনা অমাং অতোং মশক খংদ্রিবা চমজরবা কাঙবু কয়াবু লান্না লমজিংবীবতা নত্তনা মী মরক্তা অনেম-অরাং খাইদুনা, মীনুংশি য়াওদনা বলিগী হামেংগী মতৌগুম অব্রাফমদা হেক হেক ইন্থবী । মশাগী অপাম্বশিংদুনা মাংওইনখিদুনা মদুবু ফংননবগীদমক মীয়াম্না শকখং মাইখংনরবা কাংবু অমনসু অওনবা মাইখুম উপতুনা মীয়ামগী মাংদনা কুম্ব্রীরগী মতৌগুম মিংলন্দগী পীরাং শিন্থবুমগা মিংশেলগী মতৌগুম মকত্রবা বিদ্যাগী মঙান্দু মশাদগী ওইনা অপাম্বা মওংদা লান্না শিজিন্নবতা নত্তনা মীওইবা সমাজবু লৈবাক অমবু জাতী অমবু মুমবা লোক্লুংদা ইন্থবী ।

মতম অমদা অচৌবা তুরেল অমগী তোর্বান্দা তাবা খুঙ্গং অমদা মনিভদ্র কৌবা নুপা অমা লৈরমই । মহাক য়াম্না হৈ-শিংলমই, মথৌ মশক খংবা পুক্লিং তপ্পা অমসুং মরমচৎ ফজবা নুপা অমা ওইরমই । মহাক্কী অমত্ত পোকচবা মচানুপা অমা লৈরমই । মহাক মচানুপাদুবু য়াম্না কেথোক মৌথোক্লা যোকপা অমদি মহাক্না অপাম্বতা তৌবদা অথিংবা লৈতবনা করিগুম্বা থবক অমতসু হৈরমদে । লাইবক থিবদি মনিভদ্র কৌবা নুপাদু অচৌবা অনাবা অমনা মরম ওইরদুনা লম্মখাংদা পুন্সি লোমখিরমই ।

মপানা তাইবং থাদোকখ্রবদা মচানুপাদু অব্রাবা কয়া উদে, অহোয়নদুম ওম্থোক্লা মনিং মখা তম্বা হৌরক্লমই । লৈরিবা পোৎ খুদিংমক মহাক্কী ঙাক্তনি খনবা ঙমখিদ্রে । পোৎশিং অদুবু পাম্মুবা নুংশিবা অমত্ত খংদনা কাইথোক-কাইথোক্তুনা মমল খরতদা য়োম্থোক্লগা অফংবা পৈশাশিংদুনা অখাকপা লৈতনা মমান্নবা কয়াগা চাথোক থক্তোক্তুনা ওক্তবা নুপামচা অমা হায়বদু ওইখ্রে । মমানা মাবু কয়ারক হন্না থেম নৌরদুনা থিংননবা হোৎনবদা য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে । ওইরক্লিবা মহাক্কী মওং মতৌদুনসু অমুক্ক হেন্না অহল ওইরবী মমাদুদা অব্রাবগী পোৎলুম অমা নৌহৌননা থোঙ্গৎখ্রে । তুরেল অদুগী অতোপ্পা তোর্বান্দুদা লৈবা য়ুম অমদা লাইমচাগী মতৌগুম মশক মতৌ হেল্লবী : মপুরোইবা নৌন কায়নখ্রবী চিন্তামনি কৌবী মৌ নহা অমা লৈরম্বা মহাক্লা নোংমা থেংনরুরে । নুপামচাদুনা মহাকপু ওম্থোক্লা খোইদারুরে । তাউবা হুইগী মতৌগুম অয়ুক নুংথিল খাক্তনা নুপীদুগী নাক্তা শংদুনা তোৎন-তিন্নবা হোৎনরক্লে । অসুম্ন-অসুম লৈরক্লবদা মহাকপু মিকুপ অমতং উদনা লৈবা ঙমলকতরে । মচানা মিকুপ অমতং য়ুমগী মখাদা লৈয়ু য়াদবা অমদি হোংলক্লিবা মওং মতৌদু কয়ারক হন্না খামজিনবা ঙমদনা পুম্নমক অরেম্বা ওইখ্রে । অহল ওইরবী মমাদু চাফম থকফম খংদনা লৈরকপ অমদি অব্রাবদুনা থম্মোয় লাইমন ওইরদুনা সংসার থাদোকখ্রে । মমা লৈত্রবা তুংদুদনা য়েৎপী থিংবীনবা লৈতবনা নিং-খা তম্না খল্লকপা, নিংলকপা অপাম্বা থবক্তুদা তৌদুনা নুঙাইনা লৈরক্লমই । মমাগী শ্রাদ্ধ কর্মগীদমক শিন-লাংলবসু কয়া থোইনা খোইজংনা অমদি পামনা তৌখিদ্রে ।

নোংজু থাগী মতমনি, মফম খুদিংমক্তা ইশিংগী ইশিং ঙাক্তা ঙাইরক্লে নোংমগী নুমিদাং অমদা অখাক-অরাওগা লোয়নননা নোংসু ফুদিৎ ফুবমখৈ তারমই । কল্লবা নোং-নুংশিৎ মরক্তুদা ময়ুম থাদোক্তুনা চাংজৌ পানা চেল্লিবা তুরেন্দু লাম্থোক্তুনা চৎননবা ইরোইবা হৌরক্লে । ঈশিংন

ফনা কন্না চৈম্থে, চেম্থ-চেম্থনা ঙম্নবা'সুম ইরোইরকপদা ইয়াইদুদা অকংবা উতুপ অমা তাউথরকপা থেনরুরে। উতুপ অদু ফারদুনা মাগী উপাই ওইনা কোল্লদুনা ব্রানা তুরেলদু লাম্থোরক্লে। চোৎলবা মফি-মরোলশিংদুগা লোইননা মমুবা অহিংদুগী ইচাউ মরক অদুদা মা-মারদুনা চিন্তামনিগী থোঙ্গাল তম্না চংলক্লে। মীচিক মীরাওখোল তদ্রবা অহিংদুদা থোং থিন্দুনা হৌদোকপা হৌরক্লে। মহাক্কী খোঞ্জেল তাবদা চিন্তামনি থাউমৈ অমা পাইরদুনা থোরক্নুনা থোং হাংদোক্লমই। মশা-মউ পুম্নমক ইচোৎ চোৎলবা ইংবনসু থক-থক নিক্লবা মাগী মফী-মরোন্দু অকংবা খুদৈ অমা পিরদুনা শিন্দোকহল্লে। মশা পুম্বা তৈথোক নাম্থোকপীরে। মথোং-মখুৎ ঙৌখিনা হামদোকপীরে। মৈ হৌগৎতুনা মৈনাক্তা ফক অমদা ফমহল্লগা নিংথিজনা মখুৎ-মশাশিংদু য়াইহল্লি। মৈনাক্তুদা ফম্ন-ফম্ন চিন্তামনিনা হায়রকই - "নোং নুংশিৎ অসুক্কী মতিক কনখ্রবা অদুগীসু মথক্ত ঈশিংগী ঈমাইনা চাংজৌ পানা ঈচেল কন্না চেল্লিবা তুরেলসিদা করম লাম্থোরকপগে ?" নুপাদুনা খুমলকই - "ঐ নহাকপু মিকুপ অমতং উদনা লৈবা ঙমদে। নহাকতবু উরদি খন্দুনা ইপাকতুদা ইরোইবা হৌরকপদা ঈচেন্দু কনমনখিবনা কয়ারক হন্না তাওথৈ। তাওথ-তাওথনা অসুম ইরোইরকপদা ঈশ্বরগী নোংদমদগী চাউরবা অকংবা উতুপ অমা তাউথরকপা থেংনরুরে, মদু কোল্লদুনা মতম চংনা লাম্থোরক্নুনা ননাকসিদা লাকইসিনি।" চিন্তামনিনা হায়রকই- "করিগুম্বা উতুপ অদু থেংনরমদ্রবা তারবদি অদোমগী পুন্সিনা কমদৌবা ? লৈখিদ্রবী ইমাগী শ্রাদ্ধ কর্মগী মতম য়ৌদ্রি। ঐহাক্কী মপাম্থে ।ংদা উনশানা কুপ্লবা শরু-শয়াং ঙাক্তা ঙাইরবা পোলাং অসিবু মীহৌরদুনা পুক্লিং ফাথবা ঙমদনা থেংলবা অহিংগী মতম; অদুগীসু মথক্তা চাংজৌ পান ইরাওখোলগা লোইননা চেম্থরক্লিবা ঈচেলথকসিদা শিবা চংবা খংদনা খাম্বীনবা লৈত্রে মতাগুম নহাক্কী পুক্লিং ব্রাখল ওম্থোক্লা চনিং তাদনা লমকেৎ লমহাইমল্লি। ঐহাকসু অদু মঙাই থব্রাইনা হকচাংদগী চৎখ্রবা

মতম শিজিন্নবা য়াররোইদবা হকচাং পোলাংসিসু তুরেন্দুদা তাওথরক্লিবা কান্নফম খংদ্রবা উতুপ অদুগা পাংখক ওইরবনি। *শুপ্লদগী পঞ্চভূতনা শাবা হকচাং পোলাংসিদি; ধর্ম শাস্ত্রগী পাউতাক তুংইন্না তোঙান-তোঙানবা* জীবশিংগী শাওং- শাদা লৌরদুনা মপোক কয়ারক হন্ন পোক্তুনা অখাবা অশিনবা চিঞ্জাক কয়া কয়াগী মহাও তংলুরবনি। মদুমক্রুসু পেনবা নাইদ্রদুনা শুপ্লদগী মপান্থোংগী ওইবা ইন্দ্রিগী কায়াৎশিংগী খৌরাংবা কোক্লনবা হোৎনবদা: অপাম্বনা নমহৎখিদুনা অচুম-অরান খন্থবা ঙমদ্রবা ব্রাখল চোইরবা মী অমগী মতৌগুম; অরেপ্পা ফিরেপ অমা লৈতনা নিংলক নিংলকপদা পাংথোক্তুনা মমল য়াওদনা হিংলিবা পুন্সিদুদি তোন্থবা জীবশিংনা তৌগদবা থৌদৌনি। অমুক্তং চনিং তানা খন্থবীখো! নহাকপু অমম অঙান অনিগী মশক খংহনবীরিবা অমতা ঙাইরবা হকচাং, শাদোংসিবু পীনবীরম্লিবা মিৎনা উবা ঈশ্বর অদুগী ধর্ম-কর্মগী নুমিৎ মপুং ফাদ্রিঙৈ.... নহাক্না চৎলিবা লমচৎ অসি ঐদি ওন্থোক্লা পামজদে! মীওইবগী হকচাংনা মন্থবক্লবা মখা তানা শিজিন্নবা য়াররোইদবা হকচাং পোলাং থাদোক্তুনা অনৌবা অওনবা মপোক অমদা পোকলুনবগী তাইবং থাদোকখ্রবা মতম, সংসারগী অরোইবা মথৌ মঙম অমদি দেব কর্ম পাংথোক্লনবা চহিগী, থাগী কুমওন কুমওনগী তর্পন কৎননবা মচা-মশু ওইবা নত্তনদি অতৈ কনা অমা লৈতবনি। মমা, মপা মহৈ তম্বীরিবা গুরুবু পুজা তৌজরিবা মহাক অদুতনা জগৎপুম্ব জয় তৌবা ঙম্বনি। অফ-ফত্ত অনিদগী পুক্লিং লাকশিল্লবা মীনা নিন্দা তৌনিঙাই লৈত্রবা পুম্নমক্কী য়াইফনবা তৌরিবা অব্রাবা খুদোংথিবা তাদ্রিঁঙৈ মাংজৌননা খুকউ শেলহৌবা চনিং তাবা মহাক অদুতনা অথোইবনি।ঐ পাঙ্গল শোনবী নুপীনি, অদুগীসু মথক্তা ইরাইবক থিরবী অমা ওইজরবসু নিপা নহা অতৈ অতোপ্পশিংগী মফমদা ঈশাবু ইকোম কোম্না থাদোক্তুনা ইনিং ইখা তৌনা লৈজবী অমদি নত্তে। ঈশানা ঈশাবু ঙাক-শেঞ্জদুনা ফিরেপ অমগা লোয়ননা হিংজরি। পুক্লিংবু খুদুম চনবীয়ু, মপান্থোংগী ওইবা হকচাংগী অব্রা নুঙাই

থাদোকপীয়ু । পুক্লিং অনি লোংদনা লৈজবা খরগা লোইননা থম্মোয় শেংনা ইমাগী শ্রাদ্ধ কর্ম হান্না তৌবীয়ু । চিন্তামনিগী ব্রাহৈশিংদু তাবদা মহাক অঙাওবগী মশক ওইখ্রে । মিৎলুদগী পীরাং অরৎপা লৈতনা শিন্থু বা হৌরক্লে । ফম্ন-ফম্ন মহাক্না তৌখিবা ফত্তবা থবক কয়া অমদি অহল ওইরবী মমানা মহাক্কীদমক ব্রাজখিবা কয়াদু মমিৎত মথং-মথং উরক্লে । পুম্নমক অদু নিংশিং-নিংশিংলদুনা অনুতাপকী মৈরিনা মৈশা ফাওনা চাকপা হৌরক্লে । পীরাংনা থুম্মৎলবা মিৎস্না অনিদুদগী অরৎপা লৈতনা চেন্থ রক্লিবা পীরাংশিংদুগা ইরোইননা অমুক্তং হন্না য়েংলম্নগা ফম্নস্বদগী হৌগৎতুনা য়ুমদুদগী মপাল থোক্লনবা থোঙ্গাল তম্না খোঙকাপ অম্না অনি থাংদোক্লকপদা চিন্তামনিনা নুংশিবা খোঞ্জলনা শোম্থাংননা তপ্না হায়রকই । শুক্র-মম্নবা অহিংগী মতম্নি.... অদুগীসু মথম্ভা লান্দুনা চৎকদৌরিবা তুরেল অসিসু চাংজৌ পানা ঈরাউখোলগা লোয়ননা মশা-মরেং ফম্না চেন্থরী ।

•••••

# অনিশুবা

## মরুপ

সংসারসিদা হিংমিন্নরিবা মীওই খুদিঙমকপু মুন্না খংবা অন্নাবা অমা ওইবা তারবসু; মরুপ ওইনা লোয়নবদা য়াবা, অমদি য়েক্লুবা ওইনা তিন্নবদা খুরৌ-থাংগদবা অনিবু নিংথিজনা খংননবা হোৎনবা তঙাইফদবনি। মীওই অয়াম্বনা মশা মশাগী ওইজবা কান্নবা খরদং ফংননবগীদমক লাপ্না লৈজরম্বা ইখং খংনদ্রিবা মীওই কয়াগসু মরুপ মপাংশিংনি হায়না হেক নকশিন্নরকপা নত্রগা মমা মপা অমতনা পোকপা মচা মশুশিং ওইরবসু লৌরি-শিংজা কাদগী নত্রগা শোয়হন্নিংদনা শোইখিবা অরানবা থৌদৌ অমদা থাজবা মাংনখিবা; অমদি মপুক্লিংদা মালোম থম্নখিদুনা য়েক্লবগী মতৌগুম শাথিনা অমনা অমবু পুন্সিচুপ্পগী ওইনা ইথ্নোক্লখিবা য়াওদবা নত্তে। কনানসু কনাবু অরেপ্পা লেংদবা মরুপ অমদি শাথিবা য়েক্লুবা ওইনা লৈতে। মশা-মশাগী স্বার্থ খর ফংননবগীদমক মরুপ ওইবনা অয়াম্বনি। করিগুম্বা অয়োনবা পোৎ অমা লৈগে খল্লবা পোৎতুবু লৈদ্রিঙৈগী মাংওইননা অফ-ফত্ত খরদি ময়েংই। তৌইগুম্বসুং মরুপ খনবা মতমদসি ব্রাখল ইতৌ তৌহৌদনা অফবা ঙাক্তা ওইরমগনি খনখিবনা মরমচৎ চুমদ্রবা কনাগুম্বা অমবু অশেংবা মরুপ্নি খন্দুনা ইথাদ থাজবা, অমদি চমজরবা হৈবোং তিল গুম্না মোং-হাদনা লৈজরিবা কনাগুম্বা অমদনা খোংদবা হুইগী মতৌগুম ইথা থাজবিদনা; য়েক্লবগী মতৌগুম হেক-হেক ইথ্নোক্কে খনবা, চনিং তানা খম্বুবা ঙমদবা মহাক অদুগী বুধি শোইনাইরবা

মীওই অমা ওইরক্লবনি। সংসারসিদা ইং তপ্পা অমদি শান্তি লৈনা লৈগে হায়রবা নত্রগা লৈমিন্নগে হায়বা তারবদি মরুপ হান্না খনবা তাবনি। থাজবা হন্ন-হন্ন মাংখ্রবা থাজনিঙাই ওইদবা মী অমবু অমুক নৌহৌননা থাজবা থমলোইদবনি। অদুগুম্বা মীওইশিংদুদি অমোৎপা মৈতালগুম্বনি; শারিঙৈ মতমদা পায়রুবগনা হেক কাথেকপা; ইংলবা মতমদা পায়রুরবসু হেক মচুবা। থাজবা য়াবা মীওই অমা ওইরবসু মহাক অদু কনানো ? করিনো ? অমদি কমদৌই ? খন্ন হন্না খন্থবা তৌহৌদনা কা হেন্না থাজবা থমলোইদবনি। মশা মশাগী ওইজবা অমদি অমাংবা অনিগী মতুংইন্না মরুপ অমদি য়েক্লবা ওইরকপনি। লিলগী খোংগুল থিবা লুবগুম মরুপ খনবা অরাইবা অমদি ইচম চম্বা থবক অমদি নত্তে।

মতম অমদা শুক্লবা বন অমগী ময়ায়দা খর হাংলপ তৌবা মফম অমদা ব্লাং চাউরবা যাম পাম্বী অমা মশা মরেং পুঙনা মহৈয় চুম্না পান্দুনা হৌরমই। ফন্দোক্লিবা মশা মরেং খুদিংদা উচেক কয়াগী কায়দোংনফম ওই। উখোংদুদা কেন্দুনা তারিবা মমুন ফানা মুল্লবা উঁহৈশিং অদু চাবা শা-উচেক কয়া'মা লাকই। যাম পাম্বী অদুগী নেমলপ তৌবা উশা কারোং অমদা হৌদোং তোকপা অচৌবা অমা মরক মরকতা লাক্তুনা হেক-হেক য়ারেক্লে। অয়ুক নুংথিলগী মতমদা উখোং অদুগী নাকন্দা লুমদুনা লৈরগা অমুনবা উঁহৈশিংদুবু চাবা লাকপা উচেক উঁয়া অমদি জীব কয়া ফা ফাদুনা চাই। করিগুম্বা মতম অমদসু হেক মরাকতে; অরেপ্পা লৈতে। হায়রিবা যাম পাম্বীদুগী লৈমাইগা তাইননা লৈবা উরাদুগী অহোবা মখুল অমদা উচি অচৌবা অমসু মচা-মশু পোক্তুনা ইমুং অমা ওইনা লৈ। মহাকসু অয়ুক নুংথিলদা তুমিন লৈরগা নুমিদাংগী মতমদা থোক্তুনা মচা-মশুশিংগা লোয়ননা অমুনবা যামশিং অদু খুন্দুনা হেক-হেক চায়। নোংমদি ইখং খংহৌদনা শাদানবা অমা লাকতুনা শা উচেক শিং অদুগী শারম হান্ন য়েংই। জাম পাম্বীদুগী মখোং অমদি নাকন অমদা লাং অমা অনি থাক্তুনা থম্নমই।

লাংদুগী নাক য়েৎ অনিমক্তা শদুম মচেৎ খরসু তাম্না-তাম্না চাইখোক্তুনা থম্লমই । লাইবক থিবদি হায়রিবা অহিংদুদা হৌদোং তোকপদু খংহৌদনা থুররে । অয়ুক অঙনবদা অহোবা মখুলদুদা লৈরিবা শিংলবা উচিদুগী মচা মশুশিংদু থোরক্তুনা শাদানবনা থম্লমলিবা শাদুমশিংদু চেন্দুনা মখুল তান্না ঙম্বমখৈ হোঞ্জিল্লি । মহাক্না হেক য়েংথোকখিবদা চাউরবা য়েক্লবা অনিনা মাবু মুন্না য়েংদুনা চাগদবগী ঙাইদুনা লৈবদু উরুরে । মখোয় অনিবু উবদা লন্নাই শম চপ য়ুংলদুনা মমিৎ-মনা ইথক থকই । লিল অমনা লাপ্তুক্না শিৎ-শিৎতুনা তপ্না চংলক্লবা হোৎনরি অমরোমদনা খুনুখরং অমনা উশা অমদা তোংদুনা মাগী অচেংবা মতম ঙাইদুনা মুন্না য়েংদুনা লৈরি । তৌইগুম্বসুং মহাক্না হৌদোং অদুগী ময়াদা লৈরুবনা লিল অমদি খুনুখরং অদুনা পাক হেক চংশিল্লক্তুনা মাবু ফাদুনা চাবদি ঙমদ্রে । উচি অদু অন্নাবগী ইপাক্তা তারে, তৌফম অমা খংদ্রে । মায়কৈ অহুম্মক য়েক্লবগী য়েক্লবা ঙাক্তা মঙাইরে । চেনবু চেল্লবদি শোইদনা শিবা তারবনি হায়বসি মহাক খংই । অতপ্পা, অশিংবা শাস্ত্র হৈবশিংনা অন্নাবা খুদোংথিবা তারবা মতমদা হেক-হেক পংথবা তৌদে । তপ্না চনিং তানা তরেৎ-তরা থোক্না খঙ্গে । অদু ওইরবদি 'ত্রৈ' করি তৌবা তারে খন্দুনা ঙাইহাক ন্নাখল তৌই । উপায় অমদি ফংলে । মহাক নাম্থোক্লনবা হৌদোংদুগী নাকতা খর নক্না চংশিন্দুনা লৈরগা শাদানবা লাক্কদবা তাঞ্জা ঙাইদুনা হৌদোং অদুবু থাদোক্লগা চেনগে লেপখ্রে । উচিদুনা হৌদোংদুগী নাক তম্না চংশিল্লগা তপ্না শোম্থাংননা হায়রকই-"নুংশিরবা মরুপ ! অন্নাবা তারবা মতমদা উকল ওইরদুনা অমনা অমগী মতেং পাংনরিবা মীওইশিং অদুবু অশেংবা মরুপ্নি হায়নৈ । ঐবু অদোম্না নুংশিবীরবদি হায়বদি ঐনা অচাপোৎসি অদোম্না অগুম্বনি; ঐনা অদোমগী থন্নাইবু শোইদনা কল্লগে নত্রবদি ঙাইহাক্কী তুংদা নুংশি হৈত্রবা শাদানবদু লাক্তুনা থন্নাই শোইদনা লৌখিবা তারে । হিরানবা নুপা অমনা অন্নাবা তারবা য়াত্রিক অমবু পাক্লবা ইপাক লাম্থোকপিবা মতমদা মশামকসু ইপাকশু

লানবা ফংবগুম ঐহাক্কী পুন্সিবুসু কনবীয়ু। ঐহাকপু ঙাইদুনা লৈরিবা য়েক্লবা লিল অমদি খুনুখরং অসিদগী কনবীয়ু। অদোমগী অশেংবা ননাই অমা ওইনা চংলকতুনা নহাক্কী ফননবা শোইদনা তৌজরগে। করিগুম্বা ঐবু হাংকে খনবীরবসু ঐগীদি কায়দ্রে, অদোমসু শোইদনা শাদানবগী খুত্তা তাখিবা শোইদ্রবনি।" হৌদোং অদুসু উচি অদুনা হায়রিবা ব্রাদু য়ারে। উচিদু হৌদোংদুগী নাকতা চংদুনা লৈখ্রে। হৌদোং অমদি উচি অনিনা পুন্না চান্ননা লৈমিন্নবা উবদা লিল অমদি খুনুখরং ঙকপনা খম থেংখ্রে। হৌদোংদুগী মবুক পেন্ননবা শাদানবদু লাকপা ঙাইনা ঙাইনা উচিদুনা লাংদু চিকথৎপা হৌরক্লে। চিকথৎ-চিকথৎনা হায়রকই- "ঐনা লাং অসি হেক চিকথৎপা লোইবগা ইবুঙোনা শোইদনা উথক অসিদা থুনা কাখৎপীগদবনি নত্রবদি করিগুম্বা শাদানবদুনা মহাক্কী লাংদগী নাম্থোকখ্রে খন্না থাং-তেন লংলক্লবদি মদুনা অমুক্কসু হেন্না খুদোংথিবা থোকপা য়াই। অসুম হায়নরিঙৈ তাঞ্জাদুদা শাদানবদু অদু মখুত্তা থাংশাং অমা পাইরদুনা উখোং তম্না খোঙকাপ লাওনা কাল্লদুনা চংশিল্লক্লে। শাদানবদু উবদা হৌদোং কীবনা থক-থক নিকখ্রে। মহাক্কা উচিদুদা খরা থুনা চিকথৎনবা হায়রকই। তাঞ্জা অদুতবু ঙাইরিবা উচিদুনা থৌরবা ময়াদুনা লাংদু মীকুপ্তা ককথৎখ্রে। লাংদুদগী নাম্থোক্লক্লবদা অমুক হন্না নিংখা তম্বা ফংলবা হৌদোংদু শাদানবদুবু হন্না য়েংলমদা মথ্বাই হিংননবগীদমক উথত্তা ঙম্বমখৈ থুনা য়াঙনা কাখৎখ্রে। লিলদুসু মথ্বাই হিংননবগীদমক অহোবা মখুল'মদা চংশিনখ্রে, খুনুখরংদুসু পাইখ্রে উচিদুসু মকোন্নুংদা চেনশিনখ্রে। তাঞ্জাদুদা শাদানবদু উখোংদুদা য়ৌরক্লে। লাংদু লৌথোক্লবা মতমদদি ইতৎ তৎনা লৈরম্বদু উবদা মথ্বাই নুঙাইতনা তকশি শোল্লগা হনখ্রে। শাদানবনা হনব্রবা তুংদা উথত্তা লৈরিবা হৌদোংদুনা স্বর চনিং তানা হোন্দোক্লদুনা হায়রকই - "অব্রাবা খুদোংথিবা তারবা মতমদা নুংশিরবা মরুপ! নংনা ঐগী থব্রাই কনবীখিবগী লমন তোল্লিবনি। ঐখোয় অনিমক চান্ন-চিন্ননা মখা তানা মরুপ ওইনা লৈমিন্নসি থোরক্লো হায়রদুনা

উচিদুবু কৌথোক্লকই ।" খুদোংথিবদা তারুরবা উচিদুনা মকোল মনুংদগী অসুম্না খুমলকই । জগৎ অসিদা লৈরিবা জীব পানবশিংনা মুম্না খংগদবদি মরূপ অমদি য়েক্লবনি । মশাগী কান্নবা অমা ফংননবগীদমক অফ-ফত্ত বিচার তৌদনা অমনা অমবু ইথ্যা থাজবা; অদুগা য়েক্লবনি খংদনা পংচান্দ চান্নত্ত্রবা মহাক অদুদগী হেন্না পঙবা সংসারসিদা অমা লৈত্রবনি । চাবীগদবগী মমাংদা কৈদৌঙৈদসু অচাপোৎনা লেন্নদুনা লৈরোইদবনি

•••••

# অহুমশুবা
# নুংশিবা

মচা কায়নরবী ষনবীনা পিরাংনা থুম্মংলবা মিৎচিদুনা মরোল ইরোলদি তিন্নদা মো-মো খোংলদুনা মাইকৈ শলাই খংদনা শিনথুংনা চেন্দুনা মচাবু ফংননবা থিবগুম, মচা-মশু ওইবশিংনা অৱাবতা মাংওইনরকতুনা লমজাউ খোম্না চাক্লক্লিবা লম্মৈগুম পুক্লিং হকচাং অনিমক্তা চাক্লক্লবা মতমদা মমা মপা ওইবশিং নত্তনা কনানা অমৃতগী লাইজ খিকপীদুনা চাক্লক্লিবা থম্মোয়বু ইংথহনবীখিবা য়াওবগে ? মচা-মশু ওইবশিংদা নুংশি মিৎয়েংগা লোয়ননা চেম্বুরক্লিবা প্রেমগী ইফুত্তি ঈচেল লেপ্তনা চেল্লীবী য়াঙ্গংলবী তুরেলগা অম্মানি । নুংশিজবগী মৈচাক্রা ঙাওখিদুনা, মমিত্তা মচা অমতং উজবা ফংলরোইদবা কনাগুম্বা, কনাগুম্বী অমনসু মচা অমতংবু ফংজরবদি খন্দুনা শেল-থুম তিংবা পাম্মুদনা মাইকৈ থুংনা চেন্দুনা ঈ-তিন্নদবা মীগী মচা ফাওবা য়োক্তুনা অৱা মৈশা কোক্লরি । মখোয়গী তুংগী য়াইফ খোংফম অমগীদমক নোঙানবা ঙাইঙমদা খ্বাংচেৎ মচি, লাং খুবাক কূরোল হু, অওনবা আশা অমগী ৱাখন্দা হিকথরবা হকচাংনা চোকথবা নাইদনা মাইকৈ শিন থুংনা চেল্লকই । মচা ওইবশিংদা নুংশিবা হায়বা শকউদবা ৱাহৈ অসিবু হৈরাং লৈরাংগী মতৌগুম পৎ হেক থদৎপীখ্রবসু নৌনা লৈয়োন চোংলকতুনা তদেক-তনৌনা লৈশাৎ হন্না তম্বগুম ; মমা-মপা ওইবশিংগী মফমদা লেংদনা অসুম মরৈ । অহল ফনা ওইরক্লবা মখ্বাং লিরুং শানা কোল্লবা চৈগুগতা পাল্লোইনরদুনা লৈরবা মহাক অদুনসু য়ুম-কৈ পাল্লদুনা মচা-মশুশিংগা লোয়নরদুনা তোখায় তাখ্রবা ফনা অহল

ওইশিল্লক্লবা মচা-মশুশিংবু অঙাংগী মতৌগুম শোইখি ঙামখিগদরা খন্দুনা মতম চুপ্পদা ব্বারক ব্বাতেমদুনতা লৈ ।

মতম অমদা লাইররবা নুপা অমা লৈরমই । মহাক শু-নোম্বা তন্দে থবক্কী চিলহাউ থিরমদে । পাৎতা কুমদুনা লোং খোল্লি, চিংদা কাদুনা শিং চল্লুই । লেপ্প লৈতনা অব্বাবা অমতা ফাওদনা নোংমা নত্রগা নোংমদি শোইদনা অব্বাবা কোক্লখিগনি খন্দুনা নোম্বা লেপ্তে । মহাকথকতা ব্বাজরবসু নোংমা নত্রগা নোংমদি মচাগী মপাল চাদুনা নুঙাইজরগনি খন্দুনা মচাগীদমক অব্বা অনা থিদনা মায়গৈ শলাই খংদনা চেন্দুনা থবক শুজে । মহাক্কী নুপীসু ইং-তক্পী, অব্বা-অনা, লৈত-লাইর খংই । ইমুং মনুংগী অকুপ-অতাই শুমাং-থেলোং ঙম্নমক শিম্তোক শেংদোক্লগা ইরু-মাইথজরগা নিংথিজনা শু-চাম্নবা ফিরোল শেৎ-ইল্লদুনা ঈশ্বরগী সেবা লাংজে । নুমিৎতুগী তৌগদবা থবক-থনা পুম্নমক লোইথোক্লগা মপুরোইবা অমদি মচাশিং হল্লকপা ঙাইব ওইনা ইঞ্জোল শম্বল শুদুনা লৈ । মপুরোইবনা হল্লকলবা মতম কোম্ম্বোং তান্না চেম্প্তোরক্তুনা তরাম-তরাম ওকচরুই । নিংথিবা ফিদা অমগী মথক্তা পোখাহল্লী ঙাইহাক অব্বাবা হন্দোক্লবগী তুংদা পোৎলম পুম্নমক পুথোক্তুনা ইরু-মাইথজহল্লগা লৈজরিবা খরনা থোং-থাক্লিবা খরদু পুথোরক্তুনা মপুরোইবা অমদি মচাশিংগা অব্বাৎ-অপা হংনদুনা চামিন্নে । করিগুম্বা পোৎ অমতং ফংজবদা মপুরোইবা অমদি মচাশিং য়াওদনা মথক্নতা খক চাব তৌদে । লৈজবা ইমুং মনুংগী পোৎচৈ খুদিংমক তাশিন খোমজিল্লগা মফম চানা চানা ঙসিগী হয়েংগী নাইনা থমজৈ । মপুরোইবনা পামদবা য়ানিংদবা থবক অমতা ঙাংবা-শকপা তৌদে । ব্বা কন্না ঙাংদে শাওবা হৈতে । মতম পুম্নমক্তা মোমোনবা মাইথোংগা নোকমি-নোকমি তৌদুনা লৈ । মচা-মশু মপুরোইবগী সেবাদা পুক্লিং চংবগা লোয়ননা মচাশিংগা মতম পুম্নমক্তা লোয়ননা লৈদুনা তৌহৈবা তৌহৈদবা থকসি খাসি চৎনরোল লমচৎ ব্যবহার তাকপী তম্বী । নোংমতা কোম্মোং ব্বাংমা

লান্না চৎকে খন্দে। মচাশিংদা ইবুঙো ইবেম্মা হায়বা অতপ্পা খোঞ্জেলনা কৌবা নভনা মপুং ফানা মমিং পন্দুনা কৌদে। মহাক্কী মঘ অমসুং রমনী কৌবা মচা অনি লৈ। মচাশিংদুসু ইং তপই, নোংমতা মথৌ তৌ হায়দুনা তাক্লবা নাইদনা মশানা খংনা মাগী মাগী তৌগদবা মথৌশিংদু তৌবা লোইবগা মমা-মপাগী অঙম্বা মতেং পাংই। মতমনা কনাবুসু ঙাইয়ু য়াবিদবনা নোংমা নোংমগী'সুম হৌখিবনা মচা অনিমক চাওবা শারেপ ফারক্লে। মঘ ক্লাস অইট কারক্লে। মপানা য়ুমদবু লৈরবসু থবক্তগী হল্লকপবু ওইরবসু মচাশিংগা পুন্না ফম্মিন্নরদুনা নুংশিনা মচা অনিগী মরমদা ব্রাহৈ অমা অনিদি হংবা নত্রগা হায়বা লেপতে। নোংমতা মচাশিংগী মরমদা করিগুম্বা খর ঙাংখিদবা লৈতে। মচা অনিমক পরীক্ষা খুদিংগী মকোক থোংই। স্কুলদসু ওঝাশিংনা লুনা চান্না তৌই। অদুবু মপানা থবক শুরুবদগী হল্লকপা খুদিং হেক-হেক মহাই; ঙরাংসু মচিন মৌপ্পা অনিমক পারা পাবা ঙমদে হায়, মমান্নবশিংনা হেনখ্রুমাল্লে, জ্ঞান অমা তারোইদৌরি। মপাগী ব্রাহৈশিংদু তাবদা মঘ গী থম্মোয়দা নুংনাংবা অমদি নুঙাইতবা ফাওবা হৌরক্লে। করি করিগুম্বদসু মমানসু হংই ইবুঙো নংবু নপানা হায়রিবসি চুম্লনে ? ফাবু ফাদমাল্লেদা! অদুম তৌনুকো, হেক মহায়বী। নোংমতসু পুক্লিং থৌগৎতুনা ফৈ কৌবদা হায়বা লৈতে। অসুম্না অসুম হংলক্লবদা মঘ গী থম্মোয়দা চরাংনবা হৌরক্লে। নুতি নুমিৎ খুদিংগী পারা ফাদবা য়াওদে। ইমা বাবানা অমদি ওঝাশিংনা য়াদবা থবকসু অমত তৌদে। নোংমতা মহৈ-লোয়শং চৎতবসু তৌদে, থেংসু থেংদে। ওঝাশিংনসু লুনা চানা অদুমক তৌই। অদুবু মমা-মপা অনিনদি নোংমতা অশেংবদু হায়বা কৌবা লৈতে। অসুক ওইদবা ঙাংবা মফমসিদদি লৈররোই। য়ুম অসি থাদোক্তুনা চেনখ্রগে চপ য়ুংনা খনখ্রে। পুগদবা মফী মরোল তাশিন খোমজিল্লদুনা মচি অমদা লোত্তুনা থমখ্রে। মমা মপা অনিনা থোকখিবা অচেংবা মতম য়েংলগা য়ুম থাদোক্তুনা চেনখ্রগে খন্দুনা ইমুংগী অশুকপা

মচি অমদা তুমিন লোজ্ঞনা লৈখ্রে। নোঙাল্লমদাই মতম ওইরক্লে মমা হান্না য়াহৌখ্রে। মচিন ময়া শেংদোক্লুনা মপানা শেৎ চাগদবা ফীরোল পুগদবা পোৎলম পুম্নমক পুথোক্লুনা অমমমত ওইনা পী। চৎলমদাই ঙাইহাক্তুদসু মপানা ফী শেৎন-শেৎন হায়রকই- "মমা ঙরাংসু নচা নুপাদু পারা ফাদে হায়গুম তায়কো চেকশিল্লু নিংথিজনা লাইরিক ঔরাইহল্লু। ঙরাং শুরুবা থবক্তুসু লোইশিনখ্রে মখা শুগদবা লৈত্রে। ঙসিদি পোত্থাবা ওইনা চিংদা চৎলুরগা অকংবা শিঙ কোকথোং অমা লৌরুগে হায়রম্লগা মখুত্তা থাং অমা পায়রদুনা য়ুমদগী মপাল থোকখ্রে। মমাসু য়ুমগী অকুপ অতাই তাশিন খোমজিনবা লোইরদুনা ইরু মাইথজনবা থৌরাংগে খল্লিঙৈ য়ুমদু ইচিক চিকই। নিতি নুমিৎ খুদিংগী অসূঙৈ মতম অসিদা থাউমৈ থানবগী মঙাল অমদি মচানা লাইরিক পাবগী খোঞ্জেল হৌনা তাবনি। ঙসিদি তাদে করি তৌরবজাৎনো খন্দুনা লাইরিক পাফম কাদা চংদুনা য়েংলুই। লাইরিক শংদসু ইমম মম্না লৈরমই, ফমুংদা চংদুনা অমুক য়েংই ফমুংদসু লৈরমদে। মচানুপী রমনী কৌরদুনা হংলকই- "ইবেম্মা নবুংদি কদাই চৎখ্রে, লৈত্তেনা! লাইরিক পাবসু তাদে!" রমনীনা খুমই - "ইমা ঙসিদি দাদা উদে।" মচাগী পাউখুম তাবদা মমাগী থম্মোয়দা নুংনাংবা হৌরকই। খোংহাম-বুংহাম্না চৎখিবরা হায়দুনা কৌরকই- "ইমাগী ইবুঙো! ইমাগী ইবুঙো! মঘ নংবু কদাইদা লৈবগে?" অমুক অনিরক কৌবা তারকত্রবদা মপান থোক্তুনা কোইয়েং য়েংই, মপান্দসু লৈবা উদে। মচাগী মশক উরকত্রবদা খোঞ্জেল থোক্না কপ্প হৌরকই - "ইমাগী ইবুঙো নংবু কদাইদ চৎখ্রবনো?" হায়দুনা থরাই ব্রানা চেনবা হৌরকই। ইমুংদগী মপাল থোকখিদুনা লৈকাই ব্রাংমা লান্না চৎতুনা লৈকাইগী মচে মনেমশিংদা হংজরুই। নোংমতসু মপান থোক্তবা লৈকাই ব্রাংমা লান্দবা মচানি লাক্তে, লাক্তে মহায়রে। অহিং হৌগৎতুনা কদাই কদাইদা চৎখ্রবনো খন্দুনা তৌফম খংদ্রদুনা মমা মচা অনিমক মাঙ্গোলগী মচি অমদা কপ্পুনা লৈখ্রে।

নুমিৎসু সুম-সুম থেংজিল্লক্লে। নোংমদোন অতিয়াদা চপ য়ুংনা থোকপা, শাবনসু মিৎ-মায় পাংবা য়াদবা মতমদুদা মপাবুংদু চাউরবা শিংবুল অচৌবা অমা পুরদুনা মশা পুম্বা হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলদুনা মখুৎনা অমুনবা উঁহৈ ময়োম অচৌবা অমা পুরদুনা কোম্থোংদগী খর লাপ্তকনা শিং কোকথোংদু থাদরগা মনাকতুদা ঙাইহাক ফমদুনা খুঁদেদুনা মমাই মমিৎতু তৈথোকই। নুমিৎতুমদি ইচিক চিকই, নিতি নুমিৎ খুদিংগীদি মহাক্না থবক চৎলুবা খুদিংগী হল্লকপা মতম ঙাইদুনা হেক-হেক লৈরম্বনি। ঙসিদি উঁদে, করি তৌরবা জাৎনো। মণ্ডল-মণ্ডল খল্লিঁঙে তাঞ্জাদুদা মমা মচা অনিমক মমিৎতা পিরাংগী চদুম চদুম শিম্বুরদুনা ইমাগী ইবুঙো ইমাগী ইবুঙো নহাকপু কদাইদা লৈখ্রবনো নপাবুং লাক্লে হায়দুনা চেম্থোরকই। মমা-মচাগী মতৌদু উঁবদা ঙকপনা খম থেংখ্রে। মপাসু শুমাং তম্লা চেনশিল্লকই, মমাদা য়েংলদুনা ইথক থক্কৎনা পাখৎনা হায়রকই - "মমা ! হা! ইচা করি তৌরবা ? ইচাবু করি তৌরবা ? মমানা তেংথা নাওইরদুনা কপ্ল-কপ্ল হায়রকই- "ইচা মাংখ্রে।" মমাগী বাহৈদু তাবদা- "করি হায়বা !" ইপাগী ইবুঙো হায়না শোম্থাংননা কৌরম্লগা মশাদু ইরেক লেকথরক্তুনা লৈমাইদা ইতিং-তিংনা তাখ্রে। মপুরোইবগী হকচাংদু মতম্বাক্তা থাঙ্গৎলদুনা লৈকাইগী মচে মনেমশিংবু কৌরদুনা কপ্লকই ; কনা-কনা লৈবগে ? মাই মপাবুংসি করিনোমা তৌখ্রে ! ইচে, নখোয়বু অমুক্ত লাকউগবা ! মাই পাবুং, মাই পাবুং, হায়রদুনা মশাদু নোম্ল-নোম্লদুনা কৌরকই ! পুম্লমক্লা য়া-য়া লাংনরদুনা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লবদু তাবদা ইমুংগী মচি অমদা ফীয়োম অমগা লোম্ভুনা লৈরিবা মচা নুপা মম্ব হুমাং পুমচোৎ চোৎখ্রে মশাদু থক-থক নিক্লদুনা চেম্থোরকই। মহাক্না চেম্থোরকপদা শুমাং মতোন্দা লেংদবা উঁতুপ অমগী মতৌগুম মমাগী মতম্বাক্তা তাদুনা লৈরিবা মপাবুং অমদি মমাগী মতৌ উঁবদা ও-খোংনা কপ্প হৌরক্লে ; কপ্ল-কপ্ল হায়রকই- "পলেম ইমা অপোকপী নচা লাঞ্জরে, ঐ অমুক হন্না অসিগুম্বা থৌদৌ

অসি তৌজররোইএ !” মপাবুংগী হকচাং শিম্বুংনা নাম্ল নাম্লদুনা কপ্প-কপ্প হায়রকই- “ঐগীদমক অব্বা-অনা খংদনা ব্রাজবতনা মাঙওইনরদুনা নুঙাইবা শরুক্ক মচেৎ অমতা ফংদ্রবা নুংশি থোইরবা পাবুংও নচা লাঙ্গরে ! ঐ অমুক হন্না অসিগুম্বা থবকসি তৌজররোই ! ঐ পাবুংনা হায়বা ইঙ্গরগে অমুত্তদি জ্ঞান তারোগবা নুংশিথোইরবা পাবুংওে হায়রদুনা মপাবুংগী হকচাংদু কোনবদগী থাদোকক্উ য়াখিদ্রে !

*****

# মরিশুবা
## উপাই

অচৌবনা অপিকপবু, ইনাক খুনবনা লাইরববু, অঙম অঙম তুহৎপীরক্লবা মতম ; এ্রী-মুক তোনবা কনা অমা লৈত্রে খন্ন পুকচেল পিকথনা লৈবা চুমদে। য়েক্লবনা লাঙ্গোয় চল্লদুনা তাইবং পুন্সি তেমশিংনরদুনা মাইগৈ পুন্নদা কোইশিল্লক্লবদা থোং ফাত্রবা মফম অমদগী চোংথোরকতুনা অতোপ্পা অনৌবা লম্বী অমদা উপায় ওইনা নাম্থোক্লুনা তাইবং পুন্সি কন্নখিবগুম নাম্থোক্কে খন্দনা যৌদোক অমদা জ্ঞান মাংলে, উপাই অমা লৈত্রে, ইপা পাখংনা লন-থুমদনা অরোইবনি খন্না কোন্দুনা লৈরবদি শোয়দনা অরাফমদা তাবা তাবনি। চনিং তানা খন্থবগা লোয়ননা অথোৎপা অমেংবা রাহৈ রাতা শিজিন্নদুনা য়েক্লবগী পুক্রিং রাখলবু লৈনাগী মতৌগুম থোৎ নৌহন্দুনা তেথ-নোন্থহন্দুনা নত্রগা লন-থুম খর পিথোকতুনা য়াদ য়ারকত্রবা মতমদনা শিংনদুনা অরাফমদগী নাম্থোক্লবা উপাই অমা থিবা খনবা তাবনি। তাইবং চেংজেল লোইদ্রিঙৈ লমখাংদগীবু কলহৌরবদি লন-থুম মাংখিবা হায়বদুদি কন্না শু-নোম্লদুনা অমুক হন্না তাশিন খোমজিনবা য়াই। হকচাংগী অথিবা অমোৎপা শরুকপু মতম পুন্নমক্তা ফীনা তাশিন খোমজিন্দুনা থম্বগুম; ইশাগী অমোৎপা অশোইবা কয়াবু কৈদৌনুংদা লোৎশিন্দুনা থম্লোইদবনি। য়ুমদগী মপান থোক্লক্লবা মতমদা বিদ্যানা মীওইবগী থরাই হিংনবা লননি। য়েক্লবশিংনা খুদুম চনশিল্লরবা থরাই মাংবা তারক্লবা মতম, লৌশিংনা মীওইবগী অমতা ঙাইরবা উপাইনি। জ্ঞান অমসুং লৌশিং মরাং কায়না ফংননবগীদমক বিদ্যালয়দা চৎতুনা

মহৈ-মশিন অমসুং ধর্ম-শাস্ত্র তমশিনগদবনি। উমং অমগী মনুংদা হৌমিন্নরিবা উশিংগী মরক্তা মশা মথন্নতা লেপচবা ঙমদনা হৌরিবা য়াঙ্গংলবী উরিনা মনাক নক্লা হৌবা অচৌবা উপান্দা য়েৎতুনা মশা-মরেং ফন্দোক্লা নিংতম্লা হৌবগুম ওঝা-গুরু, অখং-অহৈ ইথক থোংবা অহল-অমলশিংগা লোয়নরদুন মখোয়দগী অফবা পাউতাক কয়া লৌদুনা ফীদমনিঙাই ওইবা লমচৎ চৎপগা লোইননা ইরৈবাক্কী, ইজাতিগী অফবা থবক থৌরম কয়া পাংথোক্তুনা 'ঐ' অমা হিংলমই খংননবা কাওদ খুদম থম্লমগদবনি।

জঙ্গল অমদা মখল মখা কয়াগী শা য়াম্লা লৈরমই। শাশিং অদুগী মরক্তগী মপাঙ্গল কল্লবা নোংশা লাবা অমনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমই। মহাক্লা নোংম-নোংমগী ওইনা চানিং-চানিংবা শাশিং ফার-ফারদুনা চাদুনা অসুম লৈরক্লমই। অসুম্লা অসুম লৈরকপনা জঙ্গলদুদা লৈরিবা শাশিংগী মশিং নোংম-নোংমগী হন্থরক্লমই। নোংশাগী মপাঙ্গলনা অসুম অসুম কনখৎলক্লমই। শাশিংগী মশিং হ্রাৎথরক্লবদা নোংমদি শা ময়াম হৌনরদুনা অসুকপা মফম অমদা ফমদুনা পুন্না ব্রা তান্নরমই। অমুকতা থোকউ য়াখিদ্রবা শা পুম্নমক পুন্না তিল্লবদু উবদা শাশিং পুম্নমক্লা য়েংন-য়েংননা অমনা অমবু চানিংবনা মতিল য়োৎনরমই। তাঞ্জাদুদা তোকপা অমনা থেবা অমবু লোৎনা চেন্দুনা চৎখি। অদুম ওইনমক ব্রাতান্নবদি লেপখিদে। মখোয়গী মরক্তগী য়াম্লা হৈ শিংলবা লমহুই লাবা অমা থোক্লকতুনা অসুম্লা হায়রকই - "ঐদি নোংশাবু নিংথৌ ওইনা লৈহনবা পামদ্রে। মহাক্লা নিংথৌ ওইদুনা লৈরিবমখে নোংমা নোংমগী ঐখোয়বু অসুম অসুম চাথোকখিবনা মমৈথংদদি শা অমতা লৈহৌররোই। মরমদুনা মহাকপু লৌথোক্লগা অতোপ্পা শা অমবু নিংথৌ ওইনা হাপ্পা; নত্রগনা ঐখোয় পুম্নমক্লা মাগা লাম্বানবা; ঙম্মোই হায়বা লৈরগনা জঙ্গল অসি থাদোক্তুনা অতোপ্পা মফম অমদা লৈরুবা তাবনি। পুম্নমকসি ইপাম পামদে হায়বা লৈরগনা শা-ঙাগু চাদবা নাপী চাদুনা হিংবা মবুকচেলসু তপ্পা শামুবু নিংথৌ ওইহনবা পাম্মী। মহাক্কী ব্রাফমদুদা

শা পুম্নমক্না অমত্তা ওইনা য়ানরে। ঙসিদগীদি নোংশাবু নিংথৌ ওইররোই শামুবু ওইনা নিংথৌ হাপ্লসি হায়দুনা য়া-য়া লাংনবা হৌরক্লমই। শাশিং পুম্নমক্না লাংবগী খোঞ্জেল তাবদা নোংশা লাবদু লৈকুৎ অমদা তুমলম্বদগী হৌগৎতুনা লাংনরিবা মায়গৈদু তমনা চেল্লক্লমই। মহাক লাকপা উবদা তিল্লম্বা শা পুম্নমক কাইদুনা মাইগৈ-শলাই খংদনা মফমদুদগী চেনখিরমই। শা অমত্তা উবা ফংদ্রবদা থেঙ্গু অমদা হংলদুনা ব্রারম পুম্নমক তারবদা পুম্নমকসি শামুনা থোকহনবনি খন্দুনা অশাওবগা লোয়ননা শামু লাবদু হাৎলগে মতাগুম ঙ্রং-ঙ্রং ঙংলদুনা শামুনা লৈরিবা মাইগৈদু তম্না চেনশিল্লক্লমই। নোংশাগী মতৌদু উবদা শামু লাবনা তপথনা হায়রকই- "ইনিংথৌ ইবুঙো অমুত্তা ঙাইবীখো, পুক্লিং তপথবীয়ু। ইনিংথৌ লৈন-লৈন ঐগুম্বা পাংদ্রবা শা অমনা নিংথৌ ওইবা মতিক চাদে হায়বা খংজে। ঐদি য়াজদবনি, মখোয় ময়াম্না নমদুনা হায়জরবসু ওইবা ঙমজরোই পামজদে অসুম হায়রদুনা নোংশা নিংথৌ অদুগী মবুক ফাথরমই।" নোংশানা হায়রকই- "মদু য়ারোই পুম্নমক নংনা য়াবদগী থোকপনি নং হান্না হাৎপা তাই হায়দুনা চেনশিল্লক্লমই।" শামুনা হায়রক্লমই- "ফরে ইনিংথৌ ইবুঙোনা য়াবিদ্রবনিনা ঐবু হাৎপীরো অদুবু ঙসিদদি তৌবীরগনু। শোয়দনা শিগদবা লৈরবনিনা ঐগী য়ুমদা চৎতুনা লৈহৌরিবা ইমা-ইপা, ইচা-ইশু পুম্নমকপু অমুত্তং পুকমেন পাওমেন্নজরুগে। হয়েং অসুঙৈ মতম অসিদা শোইদনা ইনিংথৌনা অপাম্বা পুম্নমক পাংথোকপীয়ু। মহাক্কী ব্রাদু য়াবীবদগীদি মফমদু থাদোক্তুনা মমিৎতগী পীরাং শিন্থনা কপ্ল-কপ্ল ময়ুম মাইকৈ পাংলকই। চৎন-চৎন'সুম খল্লি; চাউবদগী চাউরবা ঐবু পিকখ্রবা জীবসিনা অদুমক হাৎহনখিবা তারব্রা? পুম্নমক লিংজেন য়াওদবদগী থোকপনি। শিরবসু ফরে, চংলবসু অদু মঙাইরে লাম্বাদদি পান্নরগে, হন্না চেনবদি চেনখ্ররোই খন্দুনা মপুক্লিংদা থৌনা অমগা লোয়ননা চপ য়ুংখ্রে। মহাক্না কপ্ল-কপ্ল লাকপগী অব্রাবা শক্তমদু কনাগুম্বা শা অমতনসু

হংবীখিদ্রে । মহাক্না লাক্লিবা *লম্বীদুদা লৈরম্বা মশা মউ ফরবা হঙোই অমনা হংলকই- "করিগীনো মরুপ শামু! নশা নউসু ফরবা চাউ-শাংলবা* অদুগীসু মথক্তা নপাঙ্গল কল্লবা নহাক্না নরিংজেন য়াওদনা পাঙদ্রবা অয়ম্বা অমগী মতৌগুম করিগীদমক কপ্তুনা চৎলিবনো ? অদুম তৌবা পকচদে নপাঙ্গল নথৌনাগা লোয়ননা হিংউ! হায়যু মরম করিগীনো ?" মথৌনা ফরবা হঙোইগী ব্রাহংদুগী পাউখুম ওইনা থোকখিবা থৌদোক খুদিংমক শিৎ নান্না লিরমই । ব্রারীদু তাবদা হঙোইনা হায়রক্লমই । কাবা মতোল লোম্লবদি কুম্বা নাইবনি । চেন্দুনা হিংলরোইদবা মতমদা মীথীবোং মীতম্বান ওইনা খক ওইররোইদবনি। শিরবসু মরুদনদি য়ুরমগদবনি পোক্লরবদি নোংমদি শোয়দনা শিগদবা লৈরবনি । ফরে ঐখোয় অনিনা থৌনা অমদি লৌশিং উস্তুনা লাম্বানবা তারে । অসি হায়রদুনা শামুদুগী মপুক্লিং ফাথবীরমই । শামু অদু মাগী মমা মপা মরি মতা পুম্নমকপু বিদাই পীরম্নগা মথংগী নুমিত্তা মফম অদু তান্না লাক্লমই । লম্বীদা ঙাইদুনা লৈরিবা হঙোইদুবু মকোকথক্তা থাঙ্গৎলদুনা মবুক্লিংদা মওল-মওল খল্লদুনা লাকপনা মফম অদু য়ৌশিল্লক্লে । শামুদুবু হেক উবগা ঙাইদুনা লৈরমলিবা নোংশাদুনা লাও খোংবগা লোয়ননা হোৎচিল্লক্লমই । তাঞ্জাদুদা শামুগী মথক্তা তোংদুনা লৈরিবা হঙোইদুনা মতিং ফুদোক্না লাওরকই- "হে! কনানো ? করিগৈনো ? ঐগী অমত্ত ঙাইরবা শামুসিবু উবদা লাও খোংদুনা চেনশিল্লক্লিবা ? ঐ য়াওরি হায়বসি নং খংদবরা ? মসি ঐগী শাদোংনি! ঐসু নিংথৌনি, অমত্ত ঙাইরবা হঙোইশিংগী নিংথৌ । নিংথৌ অমনা নিংথৌ অমদা চৎকদবা লমচৎ-ব্যবহার উৎলু । ঐহাক অমা চাউনা লৈরিঙৈ কনানসু ঐগী খোংনেৎশাবু অব্রাবা পীবা য়ারোই ! নংনা ফন্না কন্না লাম্বানবা পাম্লবসু অহানবদা ঐগা লাম্বানদুনা ইপাঙ্গল ইথৌনা য়েংখো ! করিগুম্বা নংনা ঙম্লবা ঐগী শামু হাৎলু ! ঐনা ঙম্বা তারবা ঐগী শামু কনগে; হায়রদুনা হঙোই অদুনা শামুদুবু তপ্ন কুম্ভহল্লগা নোংশাগী মমাং

তম্না চোংশিল্লকই । হঙোইদুগী মতৌ উবদা নোংশানা খল্লি, পীকচরবসু হঙোইসি মরিন্দি নৈবা জাৎনি । অহানবা ওইনা মাগা লাম্বানরদুনা পাঙ্গল চাংয়েনরগে খনখ্রে । ফরে অদু ওইরবদি ঐখোয় অনি করি তান্নসিগে ? হঙোইনা খুম্লকই- "নং-ঐ চাইনদ্রিঙৈ চোংবা শানবা ওইনা তান্নরসি ।" নং হান্না চোংজৌ অসি হায়রম্লগা নোংশাদুনা চোংদ্রিঙৈ মাগী জুম-জুম লাওরবা মমৈদু তান্না চংশিল্লদুনা কন্না কোন্দুনা লৈখ্রে । অহানবদা নোংশানা কন্না চোংই । মহাক্না তারিবা মফমদুদগী হঙোইদুনা মমৈদু থাদোক্তুনা খংচোং চোংদুনা নোংশাগী মমাংদগী খুদুপ অহুম হেন্না চোংদুনা তাই । হঙোইনা হংলকই হে নিংথৌ ! কনানা থোইরে ? নোংশা নিংথৌদু ইকাইবনা মরু লুকথৈ ! অসুম্না হন্না হন্না চোংবদা নোংশাদু মাইথিরে হায়বা মশানা য়াজরে । তাঞ্জাদুদা হঙোইনা মখৌ পোংনা হায়রকই - "হে অপংবা নিংথৌ ! ঙমই হায়দুনা হিংমিন্নরিবা অমনা অমদা হোৎচিন্দুনা ওৎ-নৈগে খনগনু পুম্নমকপু নুংশিবা তম্মু । অপুনবা অমদি নুংশিনবনা অমত্তা ঙাইরবা পাঙ্গলনি । ব্রাতোম্নবু ব্রাংলবদি ক্লাক্লা হেক-হেক ফমদেকই হায়বা কাওগনু অসি হায়রম্লগা হঙোইদু শামুদগী মথক্তা তোংখৎলদুনা মখোয় অনীমক হরাওনা ময়ুম মাইগৈ পাংলক্লে ।

•••••

# মঙাশুবা
## কখোকপা

জ্ঞানগী মঙাল নিংথিজনা ফংদ্রবা, পুকচেল লেপত্রবা, করাম চাউবা মীশিংনা মীওইবা জাতী অমদি সমাজগী ৱাখল ইতৌ তৌদনা মশাদগী হেঞ্জিন্না খন্দুনা নাপলগা লোয়ননা হিংচা যাইতম্বগী মতৌ লৌদুনা মখৌ পোংনা ৱাজাও ঙাংবতা নত্তনা ওইজবা লৌদনা খক তোকতে। লাইরিক লাইশু চংখোন্না হৈরবা বেদ শাস্ত্রগী জ্ঞান নিংথিজনা লৈরবা মপুং ফারবা মী অদুগী মফমদদি অমাং অতোং অনিগী মরমদা থোইনা ৱারুবা লৈতে। ফঙমদবা পোৎ অমা ফংনিংলুবগী করামচাউবসু লৈতে। পোৎ অদু ফংলবা ফাওবদসু থোইনা হরাওবা উৎতে। মনাক্তা লেংদনা লৈরম্মীবা অপানবা পোৎ অমবু অমুক হন্না মাংখিবদসু হেঞ্জিন্না ৱাবা নত্রগা নুঙাইতবা তৌদে। তাইবংপানবসিদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক অরেপ্পা ওইনা মওং লৈতবনি, ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইনা উৎলমলগা মিকুপ খরগী মনুংদা ঙম্নমক মাংখিগদবা ঙাক্তনি হায়বসি জ্ঞান লৈরবা মীশিংনা নিংথিজনা খংই। লেংলি পাল্লিবা অচৎ-চৎতা পুম্নমকপু তুমিন্না য়েংদুনা লৈরিবা লেংদবা চিন্নাইদবা পামেল উজাওনা মশা-মরেং ফন্দোক্তুনা নুংশিৎ-নুংশা ঙাকথোকপদ নৎতনা পুম্নমকপু কাইদোংফম পীনবগুম; মশামকপু মাঙহনগদবগী লাক্লিবা হিংচা-য়াইতম্বা মীওইদুদা উরুম অমসুং অমুনবা উঁহৈ পীদুনা খৌরাংবা কোক্লহনবগুম; সন্ত অমদি মহাপুরুষ কয়ানা মীওইবা জাতীদা অরান-খুবম ফংননবা কান্নরবা পাউতাক কয়া পীবদা নত্তনা

সমাজগীদমক মথ্বাই ফাওবা পাম্মুবা লৈতনা কখোকই ।

মমাংঙৈদা দেবতা অমদি হিংচাবশিংগা নাক-নাক লৈনরিঙৈ দেবতাশিংগী মাংননবা থবক্তা তৌদুনা হেক-হেক লাকই । যজ্ঞ তৌরে শাদুম লংশিল্লি । থবক তৌবা খুদিংদা য়েখাই থিনগাইবা হাৎপা তুপ্পা তৌদুনা নোংমতা শান্তি লৈনা ইংনা লৈবা ঙম্লমদে । হিংচাবশিংগী মাইকৈদা মপাঙ্গল-মথৌনা লৈরবা কল্প-কল্পবা মায়া হৈর-হৈরবা বৃতাসুর- নচিংবদগী ঙাকথোক্লবগীদমক মতম অয়াম্বদা লান তৌদুনা লাকই । হিংচাবশিংনা হেঞ্জিন্না ওৎনৈবা খাঙবা ঙমদ্রদুনা লাইয়াম খিবিক্লা অমত্তা ওইনা ইন্দ্রদেববু পুজা তৌজবদগী হিংচাবশিংবু নমথবা ঙমননবা খুৎলাই কয়া পীনবিরমই । খুৎলাইশিংদুগা লোয়ননা দেবতা কয়ানা মানা-মানা হৈজবা লানগী বিদ্যা কয়া অমদি লাল্লোং কয়া শিজিন্নদুনা হিংচাবশিংবু হেক-হেক নমথদুনা নুঙাই য়াইফনা লৈরমই । হিংচাবশিংবু নমথবদা শিজিন্নবা অখন্নবা খুলাইশিংদু মতম অয়াম্বদা হিংচাবশিংনা মুন্নবা অচেংবা মতম য়েংদুনা শেন্ন-শেন্নদুনা লৈরক্লে । দেবতাশিংসু খুলাইশিংদু মাংখিগদ্রা খন্দুনা শংননবা হোৎনবদা অহিং নুংথিল নুমিদাং তুম্বা চাবা খংদনা অৱাবা অমা ওইরে । নোংমতা ইংনা শান্তি ওইনা লৈবা ঙমলকক্লে । মমৈথংদা খুলাইশিংদু হিংচাবশিংনা চংবা ঙমদবা অথোইবা ঋষি দধিচি মুনিগী মফমদা হায়জদুনা মনাক্তা থমলুরে । মুনিগী শক্তি কনখিবনা মরম ওইরদুনা খুলাইশিং অদু হুবদি ঙমদ্রে । অহাংবা অচেংবা মতম য়েংলদুনা হুননবা শেন্নদুনা লৈরকপনা মফমদু থাদোক্তুনা ইরু মাইথজবা চৎপা অমদি ধ্যান তৌবদা অকাইবা অমদি ওইররে । পুম্নমকতুগী অমাং অতোং খল্লুরগা দধিচি মুনিনা যোগগী শক্তি শিজিন্নদুনা খুৎলাই পুম্নমক মহি ওম্থোক্লগা অমুক্তদা পুন্না থকচিনখ্রে । খুলাইশিংদু লৈত্রবদা মুনি ইং তপ্পা লৈবা ঙম্লে । হিংচাবশিংনসু অয়েৎপা কয়া পীবা তৌখিদ্রে । অদুগুম্বা খুৎলাইশিংদু লৈখিদ্রে খংলক্লবদা হিংচাবশিংনা দেবতাশিংগী মথক্তা নৌনা লান্দাবা হৌরক্লে । খুৎলাই

পাইদ্রবা দেবতাশিংবু হিংচাবশিংনা থিনা ওৎ নৈরক্লে । দেবতা খুদিংমক ৱাবনা কোক্তা খুৎ হাপখ্রে । মমৈথংদা মুনিগী নাক্তা চৎতুনা মখোয়গী খুলাইশিংদু পীনবীরো হায়জরুরে । তৌইগুম্বসুং খুলাইশিংদু মহি ওইনা ওম্মোক্লগা থকচিনখিবনা মরম ওইরদুনা খুদক্তা পীবা ঙমলমদে । খুলাইশিংদুগী শক্তি পুম্নমক মুনিগী শিংলি নাওরি লু-তোং অমদি শরু-শয়াংনুংদা চেন্দুনা লৈখ্রে । মতমদুদা দধিচি মুনিনা ৱাখল তৌরদুনা তপ্না হায়রকই- "খুলাই পুম্নমক ঐগী গর্ভনুংদা তিন্দুনা লৈখ্রবনিনা ঐগী শরুশিংসি হন্না লৌরো, মসিনা অপাম্বা মখলগী খুলাই কয়া শারগা লাম্খেৎনবদা মঙ্গল ওইজরো" হায়দুনা বর অমসু পীনবিরে । ৱাহৈশিংদু হায়রম্লগা মুনিনা মাগী হকচাংগী শরু পীননবা সমাধিদা ফমখ্রে । মীকুপ খরগী তুংদা মুনি সমাধি ফংখ্রবদা থৱাই য়াওদ্রবা হকচাংগী শরুশিংদু পুরদুনা অথোইবা লাইয়ামশিংগী খুৎহৈবা বিশ্বকর্মদা পীরদুনা বৃতেশ্বর হায়বা ব্রজ অমদি তোঙান-তোঙানবা মখলগী খুৎলাই কয়া শাহনখ্রে । অদুগুম্বা শক্তি লৈরবা ব্রজ অদু ইন্দ্রদেব মশামক্না পায়রদুনা হিংচাবশিংগা অমুক হন্না লাম্থেংনখি । লানফমদুদা দেবতাশিংনা হন্না মাইথিবা পীদুনা অৱাবা কোক্নখি । দধিচি মুনিসু অনৌবা হকচাং অমদা চংদুনা পুন্য চেল্লবা অথোইবা মপোক অমদা লাংওনখ্রে । লাইয়াম খিবিক্কীসু অৱাবা কোক্রহৌরে ।

•••••

# তরুকশুবা
## মহৈয়

কনা অমনা মপা মপু কৈরাক থারকপা ইনাক খুনবা ইমুং অমদা ; কনাগুম্বা অমনা ফীজেৎ-ফীগাই শেৎতুনা চরা নামতং নোংখন্নরদুনা হিংলিবা লাইরবদা পং তৎলবা ইমুংদা : কনা অমনা শা-উচেক অমদি তিন-কাঙ ওইনা পোক্তুনা পৃথিবীগী ইমাইদা মান্নদবা মওংদা চেন-চোংদুনা হরাও-তয়াম্না শান্নররি । মানা-মানা হিংলিঙৈ মমাঙগী মপোক অমদা পামজনা অমদি খোইদানা তৌখিবা কনাগুম্বগী থম্মোয় কায়হনখিবা থৌদোক কয়াদুগী মহৈয় ওইনা চান্ন-চান্নবা মওংদা ফংলৈ । কনাগুম্বা লৌউবা নুপা অমনা মালেম ইমাগী লৈমাইদা হুনখিবা মরুশিং অদুগী মতুংইন্না তোঙান-তোঙানবা পাম্বী জাৎ কয়া অমদি চার ওইনা হৌহল্লকপগুম পুম্নমক্কী তুংনফম ওইরিবা অহৌবা অরোইবা অমদি অমাং-অতা লৈত্রবা মফম শিনথুংনা ঙাক্লোইবীরিবা জগৎকী মবুঙো শ্রী ভগৱাননা থৌবু ওইরদুনা মা-মানা পামজ-পামজনা তৌরুবা পামখিবা থৌদৌশিং পুম্নমক্কুগী মহৈয় ওইনা তোঙান-তোঙানবা হকচাংদা থিন-থিন্দুনা মমাদুগী ওইরক্লিবা মওংদু কাইদনা মখোং অনি পানবা মরি পানবা অমদি তিল-কাঙগী মপোক ওইনা পোকহন্দুনা তৌজরকপা কর্মশিংদুগী মহৈয় ওইনা ফংহন্দুনা হৌরকফম তুংনফম অমদি লোইশিনফম ওইহনবগা লোয়ননা মালেম ইমাগী লৈমাইদা তাইবং লিলা শান্নহল্লি ।

মকুম-মথা ওইরক্লে, কুমগী নোংহৌসু লাক্লে; অখাক অরাওগা

*লোইননা অরৎপা লৈতনা নোং তারি। লেপ্প লৈতনা অসুম তারকপনা তু-খোং, পুখ্রি-পাৎ তুরেলগী ইমায় চোল্লক্লে। পাৎ অমগী ময়াদা ঙারাকপী* অমা মতম কুইনদগী চাক্তাদুনা লৈরমই। নোংনসু অরৎপা লৈতনা তাবনা মরম ওইরদুনা মচিঞ্জাক ওইননবা ঙা অমা ফাওবা ফাবা ফংলমদে। চাদবদি য়াদবনিনা নোং মরক্তুদা অৱাবা খাংলদুনা খোংয়াদা হৌবা তৌ অমদি শিংনাং পাম্বী মরকতুদা তোংলদুনা শংদুনা লৈরক্লমই। অসুম্না অসুম লৈরক্লবদা ঈশ্বরগী নোংদমদগী মনাক ওইরপ্পা চাউরবা ঙা অমা ইপোমগা লোয়ননা তাউফিং তাউফিং চেনখৎলকই। ঙারাকপীদু হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে ; অদুবু মবুক্লিংদা অৱাবা অমদি পোকই। অসুক চাউখ্রবা ঙা অসি করি করম তৌরগা ফাগনি খনবদা ঙাইহাক নুংনাংই। হোৎনদুনদি য়েংগে খন্দুনা ঙা অদুগী মকোক তম্না পাইশিন্দুনা লৱাই লেম্ফুগী অথোৎপা মফমদা চাউরবা অমদি তুম্নবা মচিন অদুনা য়াপং চিক্না অঙকপা ফংনা কন্না য়ুশিল্লি। চৈনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা ঙাদু মফমদুদগী লুপথরগা অমুক মাংখ্রে। ঙারাকপীদুনা মফম শিনথুংনা পাইরদুনা থিরুবদা মচি অমদা চৈনা খাংবা ঙমদনা ময়া কপ-কপ কাথোক্লদুনা লৈবা উরুরে। অমুক্কা হন্না তান্ন-তান্নদুনা অহানবগী অহোবা মখুলদা হঞ্জিন-হঞ্জিন্ন থিন্দুনা ঙাদুবু হাৎতোক্লে। খোংবাল ওইরপ্পা ঙাদু অথেনবা মফম অমদা তাওদুনা লৈরে। ঙারাকপী থম্মোয় হরাওবা ফাওজে, ৱারুবা পুম্নমক কাওখ্রে। ঙাদুগী মথক্তা লেপ্পদুনা মতু-মমান খিংদোক্লগা হরাওনা মচেৎ অমতং ফক্লগা চাগে খন্দুনা লৈরিঙৈ তাঞ্জাদুদা নুপা অমা ময়ুম তম্না হি হোন্দুনা কারকপদা থেংনরদুনা হরাও-হরাও খুন্দুনা পুখ্রে। উপায় লৈত্রবা ঙারাকপীদু খুৎ-শা থেক্তুনা খাংজহৌই। মখা তানা ঙা ফাবা ঙম্বগী থৌনাসু লৈখিদ্রে। অরোইবদা নুপাদুগী মতুং ইন্দুনা পাইরক্লগা ঙাদু শেম্বগী হন্দোরকপা লেমখাক খরদং ওইরবসু চারুরগে খন্দুনা মতুং ইন্দুনা পাইরক্লে। য়ুম য়ৌরবদা নুপাদুনা মাগী নুপিদুদা ঙাদু শিন্নখ্রে। ঙারাকপীদু

ইশ্বোলগী চেকপলদা হৌবা উপাম্বী অমগী উশা অমদা তোংলগা ঙাইদুনা লৈখ্রে । নুপীদুনা মপুরোইবনা পুরকপা ঙাশিংদু পুদুনা থোরকপদা ঙাদু য়াওখ্রবরা খন্দুনা য়েংজে, অদুবু য়াওবদি উদে । করিগুম্বা খরদি শোয়দনা ফংলগনি খন্দুনা লৈজে । ঙাইহাক লৈরগা ঙাদু য়োল্লগা ফংলকপা পৈশাদুনা মনা-মশিং ইনশাং-নাপী লৈরদুনা হল্লক্নে । পোৎচৈশিংদু থমজিল্লবা মতুং ঙা অচৌবদু পুথোরক্নুনা শেমগদবগী শুমাং মতোন ওইরপ তৌনা থমই । অহানবদা ঙাদুগী মতু-মমান ককপা হৌরে । মদু উবদা ঙারাকপী মতিন য়োংলি, থম্মোয়দা হরাওবা ফাওজে । মতু মমান ককপা লোইরবা তুংদদি ইমুংদগী পুথোরকপা উৎ মরক্তা ওন্ন-ওন্ন তোৎশিল্লগা পাইরদুনা থাং মচা অমনা মকু খোকপা হৌরক্নে । মকু খোকপা লোইরবা তুংদা ইরেঙ্গনা অমুক অনিরক চামথোক্লগা শদন অমগী মথক্তা থাঙ্গৎতুনা মতুপ-মতুপ ককপা হৌরকই । ঙা অদুবু অনি থোক্লা ঙসিগী থোংগদবা অমদি নুমিৎ খরনি চাননবা খর চাওরপ তৌনা মতুম কয়া থোক্লা ককপা লোইখ্রে । মথিবোং মরিন্দুসু চৈ মচা অমনা মনিং মমাং ওম্বোক্লগা হন্ন-হন্ন চামদুনা পুখমদুগী মচি অমদা থমখ্রে । ঙা শেম্বা লোইরদুনা পুখমদু বালটিন অমগী মথক্তা থাঙ্গৎলগা অচৌবা কোম্পাক অমনা খুমজিল্লগা থমখ্রে । অনিশুবদা শদন অমদি থাং অদুবু শেংনা চামথোক্লগা মচি অমদা থমই । অরোইবদা মতু-মমানশিং অদু উৎ-ব্রাই অমদি মফমদুগী উফুল-ব্রাইফুলশিংদুগা পুন্না তাশিনমিন্নরগা শুনগৎতুনা উৎথি-ব্রাইথি অমদি অপুম-অশানা থল্লবা লুখাক কোম অমদা হৈদোকখ্রে । নুপীদুগী থৌদৌদু উবদা ঙারাকপী মমিত্তগী মপি তরং-তরং শিন্থনা থৌদৌদু হৈনিংদা য়েংলদুনা হায়রকই- “জীব পানবা পুন্নমক্তগী অথোইবা, হৈথোই শিংথোইরবা হে মীওইবা ! ওম্বোক্লা থম্মোয় পীকখ্রেদকো ! নহাক্লা হন্দোরকপা অরেম-অপা খরদং ওইরবসু চাজরদুনা হিংজরিবা মখোয়গীদমক করিসু খন্থবীবা তৌদনা ঙমই হায়বগী মতাগুম চনিং তাদনা নশাগীদা হেঞ্জিন্না খনখ্রেদকো ! খনবদা অমুকসু হেন্না

নুঙাইতবনা পন্দোন লোমখ্রে ! অরোইবা ওইনা ঙারাকপীদুনা নুপীদুদা য়েংলগা হায়রকই- "*হে মীওইবা ! নখোয়গীদমক কান্ন-কান্নরবা থবক* কয়া তৌদুনা হিংমিন্নরিবা পিকখ্রবা জীবশিংসিবু নুংশিনা মফম অমা কন্দুনা থম্বীবগী মহুৎ অতম্নুনা তান্নরদুনা মাঙ-তাকহন্নবা হোৎনরক্তুনা জীব কয়াসু পৃথিবীগী লৈমায়দগী মুৎখ্রে । লৈহৌরিবা খরসিসু মুৎখ্রবা মতমদুদা নহাক্না পামজনা লৈজরিবা পৃথিবীসিগী অকোয়বগী ফিভম কমদৌহৌবগে হায়বদু নমিৎ থিৎনা য়েংজহৌরো ।" অরেম-অপা খরদং ওইরবসু চাজরগা মথ্বাই হিংজগে খন্দুনা ইন্নরকখিবা ঙারাকপীদু মথম্মোয় শেগাক কায়খ্রে ! নুমিৎ কয়ানি চারক থক্লকতবগী চোকথবনে নুমিৎতুগী নিংবা কাইরবা থৌদোকতুগা লোয়ননা মফমদু থাদোক্তুনা চৎলগা মফম কৈদসু চাক্তাররোই নিংখ্রে ! মফমদুদা অদুমক মপুন্সি লোম্লগে খন্দুনা উশাদুদা লেংদনা তোংদুনা অদুমক মমিৎ উইশিনখ্রে ।

•••••

# তরেংশুবা
## মথৌ

জীব পুম্নমক্স ফঙমদ্রবা মীওইবগী মপোক ওইনা ফংলরবনিনা হিংননবগী লানফমদা থেংনগদবা অমদি পাংথোক্কদবা থবক্কী অশেংবা মশক-মতৌ খংবা লুই। তৌগদবা তৌরোইদ্দবা অমসুং তৌবগী মরম মুন্না খংলগা পাঙথোক্লবা হোৎনগদবনি। মীওইবা ওইনা সংসারসিদা খোংদারক্লবনিনা কর্ময়োগ তৌগদবনি নিপাথোক্লা মথৌ পাংথোক্কদবনি। মী মরক্তা অথোইবা মীশিংগী মতৌ তমদুনা অফবা থৌদৌনা শাখি উৎতুনা মীয়ামদা থাজবা পোকহনবগা লোয়ননা চংকদবা লম্বীদু তশেং-তশেংনা উৎননবা হোৎনগদবনি। মীওইবা সমাজগী জাতিগী নৈবাক্কী অমদি জীবশিংগী য়াইফনবগীদমক উপকার তৌগদবনি। করিগুম্বা হিরম অমা পাংথোকপদা অমাং-অতোং হান্না খন্থবা তৌদনা নাপলগা ইরোইননা তৌরোইদ্দবনি। পাংদ্রবা অয়ম্বা মী অমগী মতৌগুম নিংবা কাইরে খন্দুনা নিংহন্নবসু তৌরোইদ্দবনি। অপাম্বা য়াওদনা মথৌ তৌগদবনি। থবকপু তৌরবদি মহৈয়সু শোইদ্দনা ফংবা শোয়দ্রবনি। মপুং ফানা ফংবা নত্রগা ফংদবা অনিদুখক্তগী ব্রানি অয়ুক নুংথিল নুমিদাং নোংজু নুংশা খাঙদুনা ঈচেল লেপ্তুনা চেল্লিবী তুরেলনা ইতিনফম য়ৌননবা লেপ্লা নৈতনা চেন্থবগুম; থবক্লা মীওইবগী পুন্সিনি। থবক্তুগা ইরোইন্দুনা নৈরবদি মতম খুদিংমক্তা তৌখিবা অফ-ফত্ত্র অচুম-অরান মুন্না খংলকই। তৌনিংবগী হৈনবীসু নৈরকই। ফিদমনফম ওইরবা মীওই অমা ওইরকই। করিগুম্বদা অপাম পামদা হেঞ্জিন্না থোকহন্দুনা মীওইবগী য়াইফনবগী লম্বীদা অপনবা থোকহল্লোইদ্দবনি। কল্লক-মীহৌ

অমদি অহেনবা অপাম্বী লাংদা থুরদুনা পুন্সিগী লশ্বীদা খুরৌ চেলহন্দুনা মথৌদগী নাম্ব্রেক্লবা হোৎনরোইদবনি।

মতম অমদা মরুভুমিগী ময়া ওইরপ্লা লৈবা ঈশিং তাঙলবা খুঙ্গং অমদা লাইররবা নুপা অমগী ইমুং মনুং অমা লৈরমই। মহাক্কী লৌ-শিং, সনা-লুপা সম্পতি মচেং অমা ফাওবা লৈরমদে। শুপ্পদগী ইখ্বোল মচেং অমদা য়ুম মচা অমগী মনুংদা মখোয় পুম্নমক চিন্না লৈরমই। মহাক্কী লৈজরিবা পোৎ হায়ববু খুৎনা ইল্লগা পুবা থেলাগাড়ী মচা অমা, ঈশিং পুন তরুক অদুনা মরোইরে। মখোয়শিংদুগী মপান তাংলদুনা ইমুং মনুং য়োক থাক্লবগী অমতা ঙাইরবা উপাই ওইরমই। নিতি নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক ঙন্না হৌগৎলি। নোংমগী তৌগদবা মথৌ লোইরগা পুনশিং অদু থেলাদুদা হাপচিল্লগা ঈশিং লৌফম অথাপ্লা মফম অমা তান্না ইন্দুনা চৎলি মফমদুদগী ঈশিং থন্না শোকলুরনা ইন্দুনা পুরকই। মদুবু য়ুমখোং খুদিং চং-চংদুনা য়োল্লুরগা ফংলকপা পৈশাশিং অদুনা খোং থাক্লনবগী পোৎ-চৈ লৈদুনা অমতা ঙাইরবা হিংননবগী উপাই হায়বদু ওইরমই। অয়ুক নুংথিল নুমিদাং খাক্তনা শারবা মফমদুদা হুমাংগা ইরোইননা শুবা নোম্বা লেপ্তে। অন্না-অনা খংদনা নোংমতা লেপ্তুনা অসুম লৈরকপদা করি করিগুম্ব মতমদা চোকথবা তন্থরকপা য়াওরকই। অদুবু নিংহন্নবা তৌদনা মথৌ পাংথোক্তুনা লৈরমই। মহাক্না শুরুবদগী ফংলকপা শেলশিং অদুদগী লৌথোক্তুনা খর-খর- তুংশিন্নবা হোৎনজে। অদুবু ৱাবনা অসুম হেনগৎলকপা নোংমা নিনিদং হেক লেপ্লদা নত্রগা অনা-অয়েক য়াওরকপা মতমদা করম তৌগদগে খনবদা নিংহন্নবা হৌরক্লে। অতোপ্পা করম্বা শাফগদবা থবক অমা শুরগা খর হেন্না শেল থোক্কদগে খন্দুনা অতোপ্পা শিনফম অমদা ওল্লগে খল্লকুমই। অতনবা থোপ্তি লাইফম্ভবগী কারখানানি। শুনিং-শুনিংদনা তন্দে-মান্দে শুরকপদা তন্থরকপা অমদি অৱাবা ফাওরক্লদুনা অচৌবা উজাউ অমগী ইংলবা মখোংদা ফী অমা থারদুনা লোংনা পোত্থারদুনা মবুক্লিংদা মণ্ডল-মণ্ডল খল্লদুনা লৈরিঙৈ খংহৌদনা নুঙাইনা তুমথগ্রে। নুংথিল পোবোপ্তুদা মঙ অমা

মংলকই । মহাক্না পুদুনা লাক্লিবা লৈপাক্কী পুনশিংদুগী মরক্তগী অমা থোরক্তুনা মাগী মমাংদা লেপ্লরে । চফুদুনা হায়রকই- "নংনা অদুক নিংহন্নরিবা করিগীনো ? ঐগী ব্বারী অসি অমুক্তা তাখো অদুগা অচুম-অরান বিচার তৌ ! ঐ অসে অহানবদা লৈবাক ওইনা মওং মরিন অমতা নাইদনা লৈরমই । নোংমদি কদোমদগীনো খংহৌদনা চফুশাবা নুপা অমা লাক্লে । অহানবদা মাগী থৌরবা য়োৎপাক অদু পায়রদুনা খুৎচাউ অনিদুনা ব্বাংনা হায়গৎলদুনা ইথক অসিদা শিংকুপ শানা হন্ন-হন্ন কক্‌থৎলদুনা লৈকুপ তাহল্লে । শারবা নুংশাগী মৈশাদা নুমিৎ কয়ানিমুক ফৌদোক্তুনা থম্বীরে । নুমিৎ খরনি লৈরগা ইথক অসিদা ঈশিং অমুক পুরক্তুনা হৈজিনবীররে ; মহাক্কী খোংপাক অদুনা হন্ন-হন্ন নেৎ-নেৎতুনা নোইবা য়াবা মখৈ নোইবীরে । মথংদা ঐবু অমগী মথক্তা অমা হাপচিনবীরদুনা গাড়ী অমগী মথক্তা হাপ্লুনা পুবীরে । চফু শাফম অমগী ময়াদা থম্বীরে । মথংদা উপাক মথক্তা হাপ্পীরে, অদুগা ইকোক অসি ঙাওবমখৈ উরু-উরু লৈরদুনা মখুৎনা মেৎ-মেৎলদুনা পুন অমা ওইনা শাবীরে । ঙাইহাক অমুক ফৌদোক্তুনা কংহল্লে, অদুদগীদি চাউরবা লুম্ববা উগী সাঁচা অমা পুথোরক্তুনা ঐগী হকচাং অসি শিনথুংনা পোপ-পোপ থারদুনা ময়েক কয়া থোকহল্লে । মথংদা অমুক কংনা মকং ফানা ফৌদোকপিরে । মদুনসু লোইদ্রি অরোইবা ওইনা চাউরবা মৈফম অমগী মনাক্তা পুরক্লে । ইকোই কোইশিল্লবা চাউরবা লৈরঙ অমগী মনুংদা থম্বীরে ইথক অসিদা মৈতাল অমদি মৈচাক ফৎবা কংল-কংলবা উতুপ কয়ানা ননশিনবীরগা অগ্নি পরীক্ষা ওইনা মৈ চুরক্লে । মৈশা কল্লবা মৈনুংদুদা অচাকপা মৈতাল অরাবগী মতৌগুম ঙংশং ঙাংনা নুমিৎ কয়ানি চাকহল্লবগী তুংদা ঙসি ঐনা ওইরক্লিবা পুন অসিনি । নহাক্তি ঐগী মতৌগুম অব্বাবা চাংয়েং কয়া অমতসু মায়োক্লদ্রি । নিংহন্নবা তৌগনু অতম্না অমদি চাং নাইনা শু-নোম্বতনা পুন্সিদা মাইপাক্কনি, নথৌদা পুক্লিং চংশিল্লু ।

•••••

# নিপানশুবা

## হোৎনজমন

ঙসিগী সংসারসিদা মীওইবা ওইনা পোক্লরবনিনা হিংননবগীদমক চান্নবা শিনফম অমা খন্দুনা পুক্রিং চংনা হোৎনবা তাই। অকক্লবা শিনফম অমা য়াওদনা পঙনা লৈথোকপা য়াদে। শু-নোমলিবনি হায়দুনা তৌগদৌরিবা শিনফমদুবু মুন্না খংদবা অমদি শিঙ্গোং খংদনা অফা-অপুন্ননা লৈবসু চুমদে। মানা-মানা তৌখিবা থবক্কী ফল ওইনা ওইহল্লিংলিবা পোৎশক্তুমক নত্রগা আশা তৌজরিবা থবকতুমক ফংবা নত্রগা ফংদবা হায়বসিসু তম্বা ঙম্বা নত্তে। হোৎনজরুবগী মহৈয় ওইনা খরদি মফংই। অপাম্বদুমক ওইনা ফংবসু ওইদে। অপাম্বনা অমনি, ফল ওইনা ফংলকদৌরিবা মহৈয় অদুনা অমনি। ফংলরোই খল্লগা ফংবসু লৈ, ফংগে খল্লগা ইকোম কোম্না লায়না ফংবসু ঙমদে। পুম্নমকসিগী ফল পীগদবা মপু ওইনা লৈরিবা অদুদি নোংদম্বা বিধাতা মানা ওই। মদুদা মীওইবগী খুৎশেম চংবা ঙমদে। ফংলরীবা ফল অদুসু মতম খরদংগীনি। করিগুম্বা থবক নত্রগা হিরম অমা পাঙথোকপদা অফ-ফত্ত জ্ঞান তান্ন খন্থদুনা হৈ-শিংবগা লোয়ননা তপ্না চাং নায়না অমদি চুম্না তৌহৌবনা হিংননবা পুন্সিগী অচুম্বা লম্বী ওই। তুম্বদা, চৎপদা, চাবদা, থবক তৌবা খুদিংদা খেন্নবা থমদনা চাং নাইনা, মতম নাইনা, অল্লা-অনা খিদনা লিরি কায়দনা পাংথোকপনা অমতা ঙাইরবা মায় পাক্লবা পাম্বৈনি।

মতম অমদা শাদানবা নুপা অমা লৈরমই। মহাক্না ফারকপা

শ্যাশিংদা য়োল্লগা মাগী ইমুং মনুং হিংননবা উপাই ওইরমই । মহাক শা হাৎলবসু চাবদি চাদে । নোংমা মহাক্না জঙ্গল অমগী মনুংদা চংশিল্লকপদা খংহৌদনা চাউরবা শক্তি অমা থেংনরমই । শক্তি অদু তান্ন-তান্নদুনা অসুম চংশিল্লকপদা মমৈথংদা উবা ফংখিদ্রে । মহাক্কী লখীসু লম্মাংনখ্রে । কদোমদা চৎলগা লখী তাগদগে খন্দুনা মবুক্লিং লাংতক্লনা থিরিঙৈ উখোং অমগী ময়াদা নিংথিজরবী কন্যা অমা হিক-হিক কপ্পুনা লৈবা থেংনরুরে । শুক্লবা মফমদুদা লৈরম্লিবা নুপিমচাদুবু উবদা নুংশিবা পোকলুরে । মহাক কনানো ? করিনো ? অমদি কমদৌনা মফমসিদা লৈরম্মীবনো ; হংবা তৌদনা নুপিমচা অদুবু পুদুনা লাক্লমই । অসুম্না অসুম মখোয় অনিনা লাক্লবদা কিস্থ বা হৌরবা মল্লবা য়ুম অমা থেংনরমই । য়ুমদুগী ময়াদুদা নুপিমচাদুনা হায়রক্লমই - “ইবুঙো, ঐ ঈশিং খৌরাংবনা হকচাং অসি মতা অমা তৌরে, য়ুম অসিদা চংদুনা ঈশিং য়াউম অমতং থকলুখিগে ঙাইহাক্তং ঙাইবীরম্মু হায়রম্লগা য়ুমদু তম্না চংখ্রে । ঙাইহাক ঙাইরবা ফাওবদা নুপিমচাদু থোরকপা কৌবা লৈতরে । করি তৌখ্রবনো খন্দুনা মহাকসু লখীদুদা চংলক্লুনা য়ুমদুগী ময়া য়ৌশিল্লক্লবদা: করিগুম্বা ব্রাহৈ খর মুরুম-মুরুম ঙাংনবগুম তারকই । তুমিন লৈয়ু ইচাশা ! ঙসিদি নখোয়গীদমক ইমানা তগৎ-তগৎ তেক্লবা হাওরবা চাকলেন অমা ফাদুনা পুরক্লবনি । থোঙ্গালসিদগী খর চৎলগা ঐবু ঙাইদুনা লৈহৌরিবনি মাবু ফারুরো । নখোয় ময়াম নবুক থন্না চাজরুরো । ঙাংনরিবা ব্রাহৈশিংদু তাবদা শাদানবদু অকিবা পোক্লকলে । থুনা য়াংনা মফম অদু থাদোক্লুনা তুমিন্না জঙ্গল অদুগী মনুংদা অসুম চেনসিনখ্রে । অসুম্না অসুম চেনশিল্লকপদা চাউরবা উজাউ অমা থেংনরমই । উজাউদুগী মশা-মরেংশিংদু পায়রগা কাখৎতুনা অহিং অমা য়ারেক্লে । করি থোক্লগবা খন্দুনা মীকুপ অমা ফাওবা উইথবা তৌদনা মপুক্লিংদা অকিবগা লোয়ননা মওন-মওন খল্লিঙৈ অহিংদু হৌখ্রে । নোং ঙাল্লক্লদুনা উদুদগী কুমথরক্লে । উখোংদুদা ঙাইহাক পোথারদুনা মমাই-মমিৎ

তৈথোক্লদুনা কদোমদা চৎলগা য়ুম তাগনি খন্দুনা কোইয়েং য়েংলিঙৈ, উখোংদুগী ময়াদা লিক্লি অমা তাদুনা লৈবা উরুরে। মহাক্লা মদু খুল্লে। মনুংদা করি য়াওরিবনো য়েংনিংদুনা মখুমদু হেক হাংদোকলুবদা লিক্লিদুদগী থোরকপা অমুবা মৈখুনা অতিয়াদু পুমথন থনখরে। মহাক অমুক্কসু হেন্না কীখ্রে। করি থোক্লগবা খল্লিঙৈ মৈখুশিংদুগী মরক্তগী চাউ-শাংলবা নুপা অমা মুর্তি ওইনা চোংথোক্লক্লে। নুপাদু উবদা অমুক্কসু হেন্না কিখরে। নুপা অদুনা শাদানবদুগী মমাংদা খুকউ খুদক কুল্লগা মখুৎ অনি লোন্নরদুনা হায়রকই - "হে থৌজাল হৈরবা ইবুঙো! নহাক্লা ঐবু চহি কয়া লিক্লিসিগী মনুংদা বন্দি ওইনা লেং-ওৎপা য়াদনা থম্বীরম্বদগী অমুক হন্না কনবীরে। ঐহাক পেল্লে নংগী তৌবীমল উৎপা ওইনা ননাই ওইনা লৈজরগে। ঐনা খঙদ-হৈতবা অমদি তৌবা ঙমদবা থবক অমত্তা লৈতে। ঐদি থবক্কদা য়াওন্নদুনা লৈবা মীনি। নুমিৎ খুদিংগী ঐগী থবক পীবীগদবনি। করিগুম্বদা পীবা ঙমদবা তারবদি ঐনা অদোম্বু শোয়দনা হাৎকনি।" মহাক্কী ব্রাহৈশিং তাবদা শাদানবদু কিবা খর ফরে। নুপা অদুনা লমজিংলদুনা য়ুমদা হল্লক্লে। য়ুম হেক য়ৌরবগা শাদানবা নুপাদুনা চাউরবা য়োৎপাক অমা পীরদুনা মাগী নাপীনা ইশং শংলবা ইশ্খোল মচি অমদা ফান্দোকহল্লি। য়ুম্ফম অমা থোঙৎহল্লদুনা চিঙদগী উ-ব্রাশিং লৌহল্লুরগা মহাক্কী লৈফম ওইনা খাইনা য়ুম অমা হান্না শাহল্লমই। নুমিৎ নিনি-হুম্রিগী মনুংদা শংলম্বা নাপী-শিংবী পুম্নমক ফান্দোকপগা লোয়ননা লৈবাকশিংদু শিংকুপ শানা থুগাইদুনা মরু মরাং ইনশাং-নাপী কয়া থাহল্লে। মথংগী নুমিৎতা ইশ্খোলদুগী মতোন্দা চাউরবা পুখ্রি অমা অমুক তৌহনখ্রে। পুখ্রিদুসু তৌবা লোইখ্রে। শাদানবদুগী য়ুম ইশ্খোল শম্বল পুম্নমক পুমলং লংখ্রে। মহাক ইনাক খুনবা নুপা অমা হায়বদু ওইরে। অসুম্না অসুম থবক পীরকপদা মমৈথংদা নুপাদুগী থবক পীনিঙাই লৈরকতরে। মতমদুদা হান্ননা মহাক্লা হায়খিবা ব্রাহৈশিংদু নিংশিংলকই। করিগুম্বা থবক পীবা ঙমদবা তারবদি মহাক শোইদনা শিবা

তারে খন্দুনা মাগী ফমুং থক্তুদা লোংনা হিপ্পগা ৱাখল তৌবা হৌরক্লে। অহিংদুমা অমদগী অমা মওল-মওল খল্লুরগা অরোইবদা উপাই অমা ফংলে। হয়েংদি থবক লৈত্রবনিনা মাগী চাউরবা হুইজাউদুগী অখোয়বা মমৈদু চুমহল্লগে খনখ্রে। নোংঙাল্লকপগা মহাক্লা নুপাদু কৌরদুনা হায়রকই মরুপ! নংগী নপান্দগী ঐগী ইখোল শম্বল য়ুম-কৈ পুমলং লংখ্রে। অৱাং-অপ্য অমতা লৈতনা নুঙাই য়াইফরবা মী অমা হায়বদু ওইরে। অদুবু ঐগী অৱাংপা অমদি লৈরি মসিদংগা তৌরবদি অমুক্কসু হেন্না নুঙাইরগনি। ঐগী হুইজাউ অসিগী কোল্লিবা মমৈ অসিদং চুমথোকউ হায়দুনা য়াথং পীখ্রে। অহানবদা নুপাদুনা হুইগী খোয়রবা মমৈদু মহাক্কী মখুংনা নিংথিজনা চুমলগা ঙাইহাক থমই। অমুক হেক থাদোকপগা হান্নগী হান্ন অমহা অদুম ওই। অনিশুবদা অহোবা উতোং অশাংবা অমা কক্লুরগা পুরক্তুনা মনুংদা মমৈদু ইনশিল্লগা অহিং অদুমা থমই নোংঙাল্লকুগা উতোংদু লৌথোকলুবদা হান্নগী হান্ন অমহা অদুম ওই। মথংদসু উপায় অমা তৌদুনা চুম্লনবা কন্না হোংনৈ। মরক্তুদা থবক অমা হেক লৈবগা নুপাদুবু কৌরদুনা লোইননবা শুহল্লী। মখা তানা থবক হেক লৈতবগা হুই মমৈদু চুমহল্লি। অসুম্না লৌশিংনা পাঙ্গল ওইরদুনা চাউরবা মপাঙ্গল কল্লবা নুপা অদু ইরায় লায়না ফাদুনা মপুন্সি চুপ্পগী থবক লেপ্প লৈতনা শুহনখি।

•••••

# মাপনশুবা
## খৌরাংবা

মীওইবগী অমত্তা ঙাইরবা নুঙাইবা হায়বদুদি মপাম্থোংগী ওইবা হকচাং অনিগী মরক্তা লৈনরিবা অপাম-নুংশি অনিগী লিপুন অমদি অয়াকপা অশাবা নিশা ওইনা শিজিন্নরিবা চিঙ্গাকশিংদগী ফংলকপা মহাওদুতবু নুঙাইবনি হায়না লৌবা চুমলোই। অশেংবা নুঙাইবা হায়বদুদি মীওইবগী ইন্দ্রিশিংগা মরি লৈনদুনা ফংলকপদু নত্তে। মসিবু অথোয়বা নুঙাইবনি খন্দুনা য়ৌবন মতমগী নুপামচা অমদি নুপীমচাশিংনা কামগী খোয়রাংবা, খৌরাংবা অপাম্বদু ফংননবগীদমক হোৎনরকপদা মশাগী মতিক মগুন মথৌনা তৌবা ঙম্বগী শক্তি অমদি মকন্থী ফুদোক্লক্তুনা লৈতাফম খংদনা পাইরিবা অপাইবা লৈচিলগী মতৌগুম অহোঙবা নাইবা ইচেন্দা লুপ্তুনা লাক্ল-ফানা ঙমদনা শাথিরকপগা লোয়ননা চহি মতাং চাদনা য়ুম্বানবগী লম্বীদা চংশিন্দুনা ইনখৎলক্লিবা য়াকাইরক্লিবা মপুং ফাদ্রিবা শক্তি কয়াবু লান্না শিজিন্নদুনা মশাবু হেক-হেক মাংহল্লী। পঞ্চভুতনা শাবা মীওইবগী হকচাংগী অপাম্বদা য়ুমফম ওইরগা ফংলরিবা নুঙাইবদু অশেংবা নুঙাইবা নত্তে। মীওইবগী ৱাখলনা চনিং তানা খল্লগা অসিগুম্বা অহেনবা অপাম্বদগী পোক্লক্লিবা লাংতক্লরবা খোয়রাংবা অমদি খৌরাংববু কদাইদগী কমদৌনা হৌরকপনো, মসিবু করম্না লাকশিল্লগা ইং-তপ্পা শান্তি লৈনা লৈগে খল্লবদি সাধনা অমগা লোয়ননা লাক্ল-ফান্ন ঙমদ্রবা পুক্লিংবু ফাথবা চুমগনি। মীগী মপোৎ উরগা মীকাদনবা হোৎনবা, ওক্তবা লমচৎ, লৌনম-শুরি তৌবা থাদোক্লবা

হোৎনবা, জীবদা অৱা-অনা শীদনবা হোৎনবা চারোইদবা অশাবা অয়াকপা নিশা পুবা চিঞ্জাক চাগে খন্দনা মশাবু লাকশিঞ্জদুনা অমতা ঙাইরবা আত্মাজ্ঞান ফংননবা লম্বীদা চংশিনবগা লোয়ননা মীনা তমজনিঙাই ওইরবা মীওই হায়বদু ওইহন্দুনা লৈবাক্কী জীবগী সেবা তৌদুনা অৱাংবা ফিদম অমগা লোয়ননা হিংননবা অমসুং হিংমিন্নবা হোৎনগদবনি ।

মান্ন-মান্নবা উচেকশিং পুন্না পাইমিনৈ । চিঞ্জাক তিন্নবা কাঙলুপশিং পুন্না চাত্তামিন্নৈ । অফবগীসু ফত্তবগীসু মরুপ ৱাৎপা লৈতে । তৌবগীদি ফত্তবা হৈনবী চৎপা কাঙলুপশিংগীদি খংনবা খংনদবা লৈতে; খুদক খুদক্তা মরুপ হেক্তা মওইনৈ । মতম অমদা নিশা চামিন্নবা মরুপ মরিখক লৈরমই । মখোইগী লৈফম তিন্নদে, নোংমতা কৌবা নাইনদে মতম চানা মফম অমদা হেক্তা পুন্নৈ । মখোয়গী চান থক্নবা ৱাৎপা লৈতে অমনা অমা পুরকই । ফংদ ফংদ্রগনা অতোপ্পা উপাই অমা শিজিন্নদুনা ৱাৎতনবা হোৎনৈ । মখোয়দা পোৎকী পাম্মুবা নুংশিবা চোপ্পা লেম্বগী ৱাফম থোইনা লৈতে । থবক্কী চিলহাউ থিদনা অফং-অফংবা থবক অমা হেক্তা শুদুনা মদুদগী ফংলকপা পৈশাদুনা চামিন থকমিন্নদুনা নুঙাইরবা সংসার অমদা তাউদুনা লৈমিন্নরমই । নোংমা ব্রাহ্মণ অমনা পুজা চৎলুবদগী হল্লকপদা নোয়- নোয় লাউনা ফজরবা হামেং মচা অমবু নুংশিনা পম্নদুনা লাকপা মখোয় মরিনা উরমই । হামেংদু উবদা চানিংবনা মতিল য়োৎলমই । অমম্বা মতম ওইরবদি মুল্লগা চাগে খনবনি অদুবু নুংথিলগী মতম ওইবনা মদুমক্তি তৌবা ঙমখিদে । করি করম তৌরগা চাশি খন্দুনা মখোয় কোক চুংশিন্নৈ । ঙাইহাক ফত্ত লৌশিং তৌরগা হায়নবা তৌদনা মফমদুদগী মাংনখ্রে । ব্রাহ্মণদুনা লাকপা লম্বী মপা য়েংলদুনা, অহানবগী মরুপ অদুনা অমুক্তসু উনখিদ্রিবা ব্রাহ্মণদুবু খংন-চান্নরবা অমগী মতৌগুম ইকোয় কোইদনা চংশিল্লক্লুনা চরন শোক্না খুরুমজরমই । ঐজ্ঞাবু ননাই তোল্লবনা ভক্তি কৎচরি ; হায়রদুনা খুৎ অনিমক লোন্নজরমই । ননাইবু কাওবিরবরা

ঐজ্ঞা? ঐহাক তোম্বনে! চহি মঙাগী মমাংদা ননাইগী অরুবা থৌ অমা তৌবিখিবদুবু কাওরব্রা ? ননাইদি কাওবা লৈজদ্রি । ব্রাহ্মণ হায়বসিদি ঈশ্বরগতা নক্রদুনা লৈবা পুম্নমকপু জ্ঞান পীনবীরদুনা ধর্ম-কর্ম, তৌহৈবা-তৌহৈদবা থবক কয়া তাকপিরিবা অশেংবা গুরুনি । পাপ চেল্লবা ননাইগী অপাম্বা করিসু লৈজদে। শুপ্নতগী ঐজ্ঞাগী থৌজাল ইরিক অমতং ফংজরদুনা অবা-অনাদগী কোকচগে খুরুমজবনিকো ঐজ্ঞা! অসুম্না ৱারি ৱাতাই শান্নরদুনা ঙাইহাক লাকম্মিনে । ইখং খংহৌদনা নুপাদুনা ব্রহ্মণদা য়েংলগা হায়রকই- "ঐদি ঙসাইদগীবু উবু উজরুদ্রে করিগীনো ঐজ্ঞা ? ঈশ্বরগী মশক ওইরবা মীয়াম্না তম্ভনা পুজা কৎনরীবা ব্রাহ্মণনা হুইনাউ অমা পম্নদুনা লাকপীরমলিবোই ? কয়া য়াম্না শাংনা লাকপিরবগে ঐজ্ঞাবু ? চৎন-চৎন ব্রাহ্মননা খল্লি, মীওইবা হায়বসি অমগা-অমগা তশেংনা মান্নদেকো ! সংসারসিদা ওম্থোক ওম্থোকপা মখল কয়াগী মীওই লৈবজাৎনি ! ব্রাহ্মননা হায়রকই - "ইবুঙো ঐসে ধর্ম-কর্ম, অমাং-অশেং অমদি অরান-অহুই য়াদবা ব্রাহ্মণনিকো ! ঙসিদো থাপ্নবা মফম অমদা অরুবা পুজা অমা চৎলুবনি । পুজাদুদা পেল্লবা নুপাদুনা দান ওইনা শেংনা কচ্চরকপা হামেংনিনে । হামেংনিকো হামেং ! ওইদ-পাদা ঙাংবসি তাব নুঙাইতে! হামেং মচাসিনা নুংশিবনে করিগুম্বা ঐনা কনাগুম্বা অমদা অমুক পীথোকখিবা নত্রগা য়োম্থোকখিবা তারবদি শোয়দনা হাৎতোকপিখিগরা খন্দুনা য়োকলুরগে পুরকপনি । মসিবু নংনা হুই ওইনা উরুবা জাৎলা ? অমুক্তা মুম্না য়েংউদা ? নুপাদুনা হায়রকই ওম্থোকপনিদা ঐজ্ঞা ননাই ঐদি অচুম্বা হায়জবনিকো ঐজ্ঞানা য়াবিদ্রবদি ফরে মদু তশেং-তশেংনা হুইনাউনিকো ঐজ্ঞা, চৎন-চৎন ননাইগী থোঙ্গালসু য়ৌজরক্লে ঐ লৈজহৌরগে হায়রদুনা লৈহৌই । ব্রাহ্মণগী পুক্লিংদা খোইরাংবা হৌরকই । ঙাইহাক চৎলবগী তুংদা অনিশুবা নুপা অদুসু লম্বী অমদগী খোরক্তুনা ব্রাহ্মণদুগা হেক মিৎচানৈ । অমুকতসু খংনখিদ্রিবা মহাক্না

অহানবগী নুপাদুগা মান্ননা খোং শোক্লদুনা খুরুমজৈ। ইন্ন-ইন্নদুনা ৱারী-ৱাতাই শারদুনা লাক্লবদা চিংনরপ তৌনা মরৌ লৈনা হায়রকই- "ঐস্তানা হুইনাউ মচাদুবু করম্না পুদুনা কয়া শাংনা লাক্লবগে। ব্রাহ্মণসু হুই য়োকপা ওইরেকো!" হায়রদুনা নুপাদুনা মচিন্দা মরুম-মরুম শোল্লগা করিমতা হায়রমদনা লৈহৌরে। নুপাদুনা লৈহৌরিবা মওংদুদা অহানবগী নুপাদুনা হারম্বগা মান্নরপ তৌবা ৱাহৈশিংদু তাবদা ব্রাহ্মনগী থম্মোয়দা নুংনাংবা হৌরক্লে। মশা মথনতা ৱাহং কয়া হংবা হৌরক্লে। নুপাদুনা অশেংবা হুইনাউ ওইনা পিরক্লবরনে খন্দুনা হামেং মচাদুদা হন্ন মুন্ন য়েংই। মথম্মোয়দা য়ানিংদ-য়ানিংদ হায়নিংবা কয়া হায়গে হায়জসনু, অসুক নুংশিখ্রবা হামেং মচাসিবু হায়রদুনা নাল্ল-নাল্লগা লাকই। অসুম্না মপুক্লিংদা খোইরাংবা চিংনবা অমগা লোয়ননা লাক্লিখৈদা অহুমশুবা নুপাদু অমুক হন্না থেংনররে। মহাকশু অহানবা অমদি অনিশুবা নুপাদুগী মতৌগুম ব্যবহার কায়দনা ব্রাহ্মণবু ভক্তি তৌনা খুরুমজৈ। ঙাইহাক ৱারী-ৱাতাই শাদুনা চৎমিন্নৈ। নুপাদুনা ব্রাহ্মনদা য়েংলগা ইফিং ফিংঙৎনা চিংনরপ তৌনা খোন্দা খর কল্লপনা ইথা থাজদনা হায়রকই- "কদাইদগী কমদৌনা অমাং অশেং, ইরাৎ-পুজা তৌরিবা ব্রাহ্মন্না হুই পুদুনা লাকপিরিবসিবু চুমব্রা ? কলিগী ব্রাহ্মণদি অসুম তৌবা ওইরেকো ! অসুম হায়রদুনা মথন্নতা মুরুম-মুরুম শোল্লকই।" ব্রাহ্মণগী পুক্লিংদা খোইরাং খোইশাওনবা অমদি ইকাইবা ফাওরই। মহাক্কী পুক্লিং লাংতক্লরকই ৱাখল পিশিল্লকই। তোঙান-তোঙানবা মফমদগী মান্নদবা মীওই অহুম্না হংলক্লিবা মান্নবা ৱাহংশিংদু চুম্বোই নিংলক্লে। মশানা মশাবু থাজবা ফাওরকত্রে। মথন্নতা চিন্তা তৌজরকই। ওম্থোকপনিদকো হে নুপা ! নহাক ওম্থোক্না ধর্ম লৈতেদকো হায়রদুনা মরাল লৈজদ্রবা নুপাদুবু নিন্দা তৌরকই। ঐদি নংগী য়াইফনবগীদমক শেংনা পুজা কৎখিবনিকো ! লানখিদবনিকো ঐদি ! হায়রম্লগা মহাক্না নুংশিনা পম্লিবা হামেং মচাদুবু খংহৌদনা লক্ষ্মীগী নাকল

অমদা নুংশি হৈতনা লাপ্না লংথোক্লুগা খোংকাপ লাউনা কান্দুনা হন্না অমুক য়েংলমদা ময়ুম মাইকৈ পাংখ্রে । ব্রাহ্মণবু ওইদবা ব্রাহৈ কয়ানা নমথাক তৌরগে খন্দুনা ঙাইদুনা লৈরিবা মরিশুবা নুপা অদুনা হামেংদু খুনগৎলগা পুখ্রে ।

•••••

# তরাশুবা
## অপাম্বা

অপাম্বা হায়বসিনা অফা অপুন্নখিদুনা নাইতোম তানা তোখায়না হিংবা ঙুম্নরোইদবা সমাজসিদা ঐগী হায়বনা মাংদা থম, শেমজিন শাজিনবগী মিংদা থোং; মাঙহন তাকহন্নবগী মশিংনা য়ামখৎলক্লবা লোইবা নাইবা অরং-অরাক্কী পোৎশকশিং অসিগী অপাম্বনা থুম্মৎনখিদুনা লৈনরকতবে অমগা-অমগা নুংশিনবা। লন মাবুতা ফংগনি খল্লবদি তৌহৈবা তৌহৈদবা থবক : অমদি নুপী অঙাং থিদনা শা-ষনগী মতৌগুম হোইবতা নত্তনা খুলাই থানা হাৎতুনা কান্নদ্রবা পোথী পোৎকুমগুম মফম অমদা লংথোক্লম্বদা অকিবা লৈনরকতরে। জ্ঞানগী মঙাল নিংথিজনা ফংদ্রিবা চিঙনুং-মানুং লৈবাক্কী মচি-মতাইদা শা-ঙাগী ফীভমদগী খরদং লৈখৎনা চাংদম্লবা হৈতনা মবুকতং থন্না চাবা ফংজনবা হোৎনজদুনা হিংজরিবা শক-চু, লোন, জাৎ তিন্নদ্রবা কাঙবুশিং অসিদা মহৈগী জ্ঞান হান্না পীবীবগী মহুৎ ধর্মগী হকচিনবা চৎনরোল হান্না তম্বীদুনা পুন্না লৈমিন্নবা অমদি শোক্ল শমুবা য়াইগ য়াদেগা, তোখাইবা জাতিনি চামিন থকমিন্নবা নুঙাইতে খনহনবগা লোয়ননা লান্না থাজহন্দুনা এরিনা অমগী মনুংদা কোইশিন্দুনা মপাল থোকহন্দনা থম্লগা মখোয়গী মথক্তা চুপ্লী পায়দুনা তোঙান্না ব্রায়েনবা চাকথুং হুরাল্লগা অমদি মুল্লগা চাবা শানোংবা কয়া কয়ামা সমাজসিদা লৈরি। করিগুম্বদা শিংচেপ থারিবা মখোয়শিং অসিনা মহেল্লক্লবা অমদি পামজরিবা মমিদুনা ব্রায়েনবা ঙমদ্রিবা নাগরিকশিং অসিদা চুশিনখিবা তারবদি মখোয়গী খুজিন থৌরাংদগী

নোংম নত্রগা নোংমদি শা-লানগী মতৌগুম অমগা-অমগা ইণ্ডাং পাক্তনা ঈমুনা পাম্ফেন্নরদুনা অরা-অনা থোক্লবদা নত্তনা চাউখৎপগী লম্বীদগী থিম্মহল্লকপা য়াই ।

মতম অমদা চিঙনা ইকোই কোইশিল্লবা নিংথিজরবা বন মচা অমা লৈরমই । বন্দুদা মখল মখা কয়াগী উ-রা, উঁহৈ-রাহৈ, হৈরাং লৈরাংতনা পীক থন্না শাৎলমই । অদুগুম্বা উঁহৈ-রাহৈ হৈ-লৈশিংদুগী মরক্তা পোম্বী-চেক্লা কয়ানা অথিংবা লৈতনা কোইপাই পাইদুনা অপাম-অপাম্বা মমুন ফারবা উঁহৈ খন্দুনা চাক্তাবগা লোয়ননা উশাথক্তা চেন-চোংদুনা শান্নরমই । উচেকশিং অদুনা লৈবা নুঙাইগদবা অপাম-অপাম্বা উ খন্দুনা মহুম শারগা মচা মশু পোক্তুনা নিংতম্না নুঙাই য়াইফনা লৈরমই । অথাপ-অথাপ্পা মফমদগী পাইরক্তুনা চাক্তারবা উচেক কয়া'মসু বন অসিদা লৈবগী নুঙাইবা মফমসিগী ঈশিং নুংশিৎ উঁহৈ-রাহৈশিংগী মহাউ কাউবা ঙমদ্রদুনা অদুমক মহুম শাদুনা খুন্দা লৈতাদুনা চান্ন চিন্ননা নুঙাই-য়াইফনা লৈমিন্নরমই । শারবা কালেনথাগী মতমনি । কদোমদগীনো ঈখং খংহৌদনা নোংমদি মৈজাও অমা হৌরক্তুনা কনবিনবা লৈত অসুম-অসুম পাকথোক চাওথোরক্তুনা বন থুংনা চাকপা হৌরক্লে । মফমদুদা লৈরম্বা অমদি চাক্তারম্বা শা-ঙা, উচেক-উয়া কয়ানা মথ্বাই হিংজনবগীদমক মচা-মশু, শাগৈ-নাতৈ পুম্নমক হৌনরদুনা বন অদু থাদোক্তুনা পাইবা হৌনরকই । উচেক মচা অমখক্তদি মফমদু থাদোক্তুনা পাইগে নিংখিদ্রে । মহাক্লা মৈশাগা লোয়ননা চাক্লিবা বন অদুদা মুন্না য়েংলদুনা মমিৎতগী মপী ইরা হৌনা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরমই । অসুম্না লৈবনদি কান্নররোই করি করম্বা উপাই অমা তৌদুনা চাকখৎলক্লিবা মৈ অসি মুখৎকে খনখ্রে । মহাক্লা মফমদু থাদোক্তুনা পুখ্রি অমগী ময়াদা পাইশিনখ্রে । পুখ্রিদুদা চোংথদুনা মশা মউ মতু-মমাল পুম্নমক পুমচোৎ চোৎহনখ্রে ; ময়াদুদনা মহাক্লা ঙমজবা ঈশিং য়াউম অমা উম্নদুনা থুনমক পুখ্রিদু থাদোক্তুনা চাক্লিবা মৈথক্তদা পাইশিল্লক্তুনা

*মশা-মউ পুম্নমক ফুং-ফুং কম্থোরক্লে । ময়াদা উমদুনা পুরক্লিবা ঈশিং অদুসু* মৈনুংদা কামশিন্দুনা মুথৎনবা হোৎনরক্লে । অসুম্না মথ্বাই ব্রাজনা কয়ারক হন্না মুথৎনবা হোৎনজে, অদুবু লমজাউ থোন্না চাক্লিবা মৈজাউ অদুবু পীকখ্রবা উচেক মচাদুনদি করম্না মুথৎঙমগনি । মফমদুদা হান্না লৈরম্বা অমদি চাত্তারম্বা উচেক কয়া কয়ানা করিমতা খন্থবা তৌদনা বন্দু হন্না য়েংলমদনা মহাক্কী থৌদৌ অদুবু নোক্লরম্নগা পাইখিরমই । উ-ব্রাশিংদুদগী মথং-মথং ব্রাইশিল্লক্তুনা উচেক মচাদুগী মহুম শারিবা উ অদু য়ৌশিল্লক্কদৌরে । মতম পুম্নমক্তা অব্রা-নুঙাই অনিমকপু শরুক য়াবীরদুনা মহাকপু কনবীরক্লিবা উপাল অমদি মহুম ময়া তম্না পাইশিল্লক্লদুনা মুথৎনবা হোৎনজরিঙৈ ; উপাম্বীদুদা ব্রাইখিদুনা মৈরি ফংনা চাক্লক্লে ; কনবা ঙম্বগী আশা উখিদ্রে । মহাক্কী মমিৎতগী পীরাংগী ইরা চেল্লদুনা উ পাম্বীদুবু মুন্না য়েংজরদুনা হায়রকই- "হে পলেম ইমা অপোকপী ! নংনা ঐবু য়োকপী থাকপীরক্লদুনা কনাগুম্বা অমতগী শউম ফংদনা নহাক্কী মমুন ফারবা উহৈদনা চিন্দম্নরদুনা অব্রা-অনা খংদনা নশাইগোন্দা চাওরক্লিবনি । নহাক্লা ঐবু কল্ল-কল্লবা নোংলৈ নুংশিৎ অমদি হিংচা য়াইতম্বা কয়াদগী ঙাকথোকপীরদুনা নথানুংদা চেজেৎ কোন্সিনবীরদুনা ঙসি ফাওবা তেক্ত কাইদনা নিংতম্না হিংজরক্লিবনি । অসুম্না অব্রাবা তারবা মতমসিদা নমোম্না ইমা নংবু থাদোক্তুনা কৈদৌনুংদা মফম অমতসু চৎলরোইকো পলেম ! ইমাগীদমক নচানা ঙমজবা চাংদা হোৎনজখিবনিকো । হে নুংশিথোইরবী নচাগী পাঙ্গল থৌনাগী ব্রাংমদা লৈখিবনা ইমাবু কনবা ঙম্নরোইদো অপোকপী অসুম্না পুকমেন পাওমেন্নজরিঙৈ তাঞ্জাদুদা ; মৈশাগা লোইননা ঙংদুনা চাক্লক্লিবা মৈরিদুনা উচেক অদুদা ব্রাইখিদুনা মৈরক্তা তাদুনা অদুমক মথ্বাই মাংখ্রে ।

•••••

# তরামাথোইশুবা
## থৌজাল

মহৈ-মশিন নিংথিজনা হৈজদবা মমান্নবা মীরক তিন্দনা নাইতোম তাগনবা মশাগীদ হেঞ্জিন্না খনবা, মাগী চিন্দগী থোরকপা অথিবা অয়াকপা তিন্থংঙগুম্বা ব্রাহৈশিংনা অতোপ্পগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম চৈনা পীরীবা মীশক অদুদগী মতম লৈবা খিবিক্তা নাম্থোক্লবা হোৎনগদবনি। অদুগুম্বা মীওইদুদি মশাগীত নত্তনা অতোপ্পগী য়াইফনবা খনবা ঙমদ্রবনি। মশাগী অহেনবা অপাম্বদুনা থুন্মৎখিদুনা অচুম্বনা কদাইনো, অরানবনা করিনো অফ-ফত্ত অনিগী ব্রাখল খন্নবা ঙমদনা অপাম্বা অনিংবদুতা মমিৎতা শং-শং উরদুনা লৈবনা মীগী অফ-নুঙাই উরগা মশাদা হৈনদবা ফাওবতা নত্তনা খোয়রাং-খোইশাওনবা মীহৌবা পোকপগা লোয়ননা লৈতাফম খংদনা লৈবনা অরোইবদদি মশামক লৈখা তানা মাংলকপদা মহাক্তুগী ইমুং মনুংগী মীওই কয়াদসু অকাইবা অব্রাবা কয়া থোকহল্লি। অদুগুম্বা মীশক অদুদগী মতম লৈবা খিবিক্তা নাম্থোক্লনবা হোৎনগদবনি। অথোৎপা অমেংবা খোইথুমনরবা ব্রাহৈ কয়া মীনুংশিগা লোয়ননা ঙাংননবা হোৎনদুনা অতোপ্পগী পুক্লিং অমসুং থম্মোয়বু মতম পুম্নমক্তা জয় তৌননবা হোৎনগদবনি।

মীওইবনা সংসারসিদা অহানবা ওইনা খোঙদারকপা মতমদা চা থক্তুনা হিংননবা অমদি নাদ-য়েক্তনা লৈননবা হিদাক ওইনা শিজিন্নবা য়াবা মনা মশিং মরাং কাইনা থম্বীরমই। অদুগুম্বা পোৎচৈশিংদু চা-থক্তুনা মীওইবনা মনিং মখা তম্না নুঙাই য়াইফনা হিংজৈ। সংসারসিদা লৈরিবা

মচা মনাইশিংসিগী মগুন অমদি মতৌ য়েংনিংলদুনা নোংমদি জগৎকী মবেম্মা লক্ষ্মী দেবীনা চাংয়েং ওইনা অয়ুক অমদা শঙ্খা ইথি থীরবী য়াম্না মোংতাই শুদাইননা মশম মনা ইফা ফারবী, মনম-মহা ইচেন চেল্লবী হনুবী অমগী শক্তম লৌরদুনা ভিক্ষা নিরুরগে খন্দুনা য়ুম অমদা চংবা হৌরক্লমই । য়ুম অদু নিংথৌকোনগী মতৌগুম ফুরা দলাল লৈশু কয়ানা লৈতেংলদুনা নুঙাই য়াইফনা পাল্লি । ফুরা দলানশিং অদু য়েংলদুনা মবুক্লিংদা ওম্ব্রোক্লা লৈতানা ইং-তপ্পা পাল্লি খঞ্জে । অদুবু কোম্বোং অদুদা চাউরবা য়োংনা শাবা থোংজাউ অমা মনুংদা পুনা লোনশিন্দুনা হাংদনা লৈ । করিগীদমক অঙনবা অয়ুকসিদা থোং লোন্দুনা লৈবনো ঙাইহাক খল্লি । য়েংন-য়েংন থোং হাংবীনবা কৌজে । কনা অমতা তাবীবা লৈতে । থোংদুদা অমুক দং-দং থিন্দুনা য়েংই । ঙাইহাক লৈরগা নুপামচা অমা থোরক্লগা থোংদু হাংদোক্লকই । হনুবীদু উবদা খর লাপতক থৈদোক্লগা হায়রকই- "য়ুম অসিগী মী অমতা হৌগৎত্রি । ঙাইহাক লৈরগা অচৌ অশাং পুম্নমক তিল্লরনি মোংলবা ফিরোলশিংদুগা মনম মহাউ ইচেন চেন্দুনা চংবা নুঙাইররোই । চহি মতাংদুদা নচা-নশু অমতা লৈত্রবজাৎলা ; হায়দুনা থোংদু দং লাওনা লোনশিনখে ।" য়ুমদু থাদোক্তুনা থংননা লৈবা থোঙ্গাল অমগী গেট হাংদোক্তুনা চংলকই । য়ুমদুদসু কনামতা হৌগৎ কাংখৎনরমদ্রি । মমাদুদি হৌগৎলগা মাঙ্গোলদুদা মখোং মখুৎ ইশাং শাংনা তিংথোক্তুনা লৈরমই । নুপীদুনা মশা মথন্নতা হায়রকই- "ঙরাং খর থেংনা তুমলুবদগী মীকপকা থোকপা খংখিদ্রে চিন য়া-কা অমতা শেংদ্রি য়ুম-কৈ তাশিন খোমজিনদ্রি । চেংফু পায়বা নুঙাইরোই থংননা লৈবা য়ুমদুদা হান্ন চংবীরুরো হায়দুনা থাদোরকই । হনুবীদু ব্রাহৈ মচেৎ অমা ফাওবা হায়রমদনা থংনবা য়ুমদুদা চংশিল্লক্তুনা শুমাং মতোন্দা লেপ্লগা নিক্লবা খোঞ্জেলনা হায়রকই- "অঙম্না ভিক্ষা খরদং হাপ্পীয়ু । মপা অদুদি মাঙ্গোলদুদা ফমদুনা করিনো লাইরিক অমা য়েংদুনা লৈরমই । মহাক্রা

হায়রকই ! মমা নংবু হৌগৎলুনে নুমিৎসু ফনা থেংজিনখ্রে । ভিক্ষা লাকই খরা হাপ্পু লাউনে ।” মমাদুনা মচানুপী কৌরদুনা হায়রকই- “ইবেম্মা ভিক্ষা লাকইমাল্লে, চেং খর হাপ্পুচো । নুপীমচাদুনা হায়রকই ঐ ঈশা নুঙাইতে ননাউ কৌরগা হাপহল্লু । অসুম্না মখোয় ইমুং মনুংদা লৈনা অমনা অমদা ইন্সিন্নদুনা লৈ । মপাদুনা ওন্থোকপনিদকো নখোয়সে হায়রদুনা ইমুংদা চংলগা চেং খরা তেংকোৎ অমদা পুথোক্লগা হাপই । লক্ষ্মী দেবীনা খল্লি, কান্নররোই অতোপ্পা চাংয়েং অমা তৌরগা অমুক য়েংলগে খন্দুনা ঙাইহাকতুদা খংহৌদনা অপাইবা নোং নুংশিৎকা লোয়ননা অতিয়া পুম্বা পুমমম মমশিল্লকই । ঙাইহাক্কী তুংদা নোংনা ফুদিং ফুবমখৈ লেপ্পা লৈতনা তারক্লমই । ভিক্ষা নিবা তোঙ্কুনা নোং নুংশিৎ মরক্তুদা চোৎলবা মফি মরোলশিংদুগা লোইননা য়ুম অমা তম্না চেনবা ঙম্বোই ঙমদবোই চেনশিল্লকই । লুপা মচুগী মতৌগুম নুঙৌনা পুমঙৌ ঙৌরবা মাঙ্গোলথক্তুদা লৈরম্লীবা ইমুং অদুগী মীশিংদুদগী কনাগুম্বা অমতনা কাখৎলকউ হায়বা ৱাহৈ অমা ফাওবা হায়রমদে । হনুবীদু তরক-তরক ইচুম তাফমদুদা লেপ্লমলগা তুমিন নোং মরকতুদা য়ুমদু থাদোক্লগা অতোপ্পা য়ুম অমদা চেনশিল্লকই । য়ুমদুদা লৈমিন্নরিবা মচিন-মনাওশিংদু পুন্না ফম্মিন্নরদুনা করিগুম্বা ৱাহৈ খর নুংশিনা ঙাংনরদুনা নোক-খেনা নুঙাইনা লৈমিন্নরমই । কল্লবা নোং মরক্তুদা পুমচোৎ চোৎলবা হনুবীদুবু উবদা মখোয়শিংদুনা অমতা ওইবা খোঞ্জেলনা চপ মান্ননা হায়রকই । লাকও-লাকও ইমা ! অসুক কনখ্রবা নোং মরক অসিদা নশাদুসু পুমচোৎ চোৎলে । লোক থুংদুনা নাবা শোয়ররোই হায়দুনা তরাম-তরাম কৌশিল্লকই । হনুবীদু চংশিল্লক্তুনা ইচুম তাফমদা লেপ্পুনা লৈ । মাঙ্গোলদা পাক হেক কাখৎলক্তে । নুপামচাদুনা হায়রকই- “কাখৎলকউনে ইমা ! নংবু চোৎপদ নত্তনা শোয়দনা নারগনিএ ।’ হায়রদুনা মখুৎ পাইদুনা চিংখৎলি । মহাক্না ইমুংদা লৈরিবা মতৈমবু কৌথৌরকই । মতৈমদুনা

ইমুংদা চংখ্রগা অকংবা খুদৈ মচা অমা পুথোরভুনা মশা মউদু কংনা তৈথোকপী । অরুবা ফনেক অমা ফুরিৎ অমগা পীদুনা চোংলবা মফি মরোলশিংদু শিন্দোকহল্লি । ফক অমদা নিংথিজনা ফমহল্লি । নোংনা অসুম অসুম লেপ্প লৈতনা তারক্লবদা নুপামচাদুনা হায়রকই- "নোং হাংব কৌবসু লৈত্রে, হাওরবসু হাওদ্রবসু চরা অমদি চামিন্নরসি ঙাইহাক ঙাইয়ুকো ইমা ।" হায়দুনা ইমুংদা চংখ্রগা ইন্নবা ঙৌখিবা ফী অমা লৌথোকলুরগা মশাদুদা ইনশিনবীরগা হায়রকই- "ইমা ঙাইহাক্তং ঙাইমিন্নসিকো ।" মহাক্না মতৈমদা চাক থোংবীরুরো হায়জরকই । মতৈমনসু- "ইবুঙো, ঐ চাক থোংব চংলগে অব্রাৎ-অপা য়েংলকউ ।" হায়রমলগা নিংথিজনা ইরু মাইথজরগা চাক থোংগৎখ্রে । হনুবীদুনা লোৎনা চেপথনা মচিন মনাওশিং অমদি ইখ্োল শম্বলশিংদু য়েংলকই । য়ুমগী অকোইবদা তরু তনায়া অমদি পোৎচৈ খুদিংমক চেকশিন্না তাশিন খোমজিন্দুনা থমফম চানা থম্বদু উরুবদা মোমোন নোক্ভুনা মবুক্লিংদা খল্লি - 'অসিনিদকো লৈবাক মচা তাবা য়ুম্বান কৈবাল হায়বদো । অসিগুম্বা ইমুং অসিদা লেংদনা লৈতনা কদাইদবু লৈরুগদগে খল্লি ।' তাঙ্গা অদুদা নুপিমচা অদুনা চাক লোইরে চাক চারসি ইমা হায়দুনা হনুবীদুবু ফম্লম্বদগী মখুৎ পায়রদুনা চিংখৎপী । মখুৎ মশাদু নিংথিনা হামদোকপিরে, ফিদা অমগী মথক্তা ফমহল্লদুনা মচিন মনাওশিংগা লোইননা অব্রাৎ-অপা হংনদুনা চামিন্নে । মতৈমদুনা অব্রাৎ-অপা পুম্নমক হুংদুনা হাপকদবগী মনাক্ভুদা ঙাইদুনা লৈ । চাক চাবা লোইরবদা মখুৎ মশা হামদোক্লগা মাঙ্গোল থোরভুনা ফমই । মচিন মনাও অনিদুনা অসুম্না হায়রকই- "হাওবা হাওতবদি খংদে, চরা অমদি ইমা-ইচা পুন্না চামিন্নবা ফংজবা ইরাইবক ফবনিকো, ইমা মতুংদসু অমুক লাকউকো ।" হনুবীদুনা হায়রকই- "ইমাগী ইবুঙো ইবেম্মা নখোয়গী সেবা ইমা পেল্লে । লাইররবী ইমাগীদি পীননবা করিসু লৈতে । ইচাশিংগীদমক করিগুম্বা খরদি পীনিংবনি । ঐগী হায়ববু ঐনা পুরক্লিবা

মরু-মরাং খরসে নিংখিজনা চেকশিনা থাউকো ! ঙসিদগীদি নখোয়গী ইমুং মনুংগী অৱাং-অপা অমত্তা লৈতনা নুঙাই য়াইফবা হায়বদু ওইরগদৌরিবনিকো । ইচাশা !" খাও অদুদগী মরু-মরাং খরা লৌথোক্লগা পী। নুপীমচা অদুনা ফীখাউ শানা য়াজে। হনুবীদুনা নোকফেং তৌরগা য়েংলদুনা হায়রকই- "ইচাশিংগী ইমুংদা লেংদনা লৈতনা কদাইদবু লৈরুগনি ইমানা ।" হায়রম্লগা মফম অদুদগী থোরক্লুনা থোঙ্গাল হেক লাম্থোকখিবদগী মশক উবা ফংখিদ্রে ।

•••••

# তরানিথোইশুবা
## পেঙবা

তাইবংপানসিদা লৈরিবা মীওইবনা সিনা মরোইরে খন্দুনা পাম্না শিজিন্নরিবা পোৎ খুদিংমক মংদা উবা পোৎকা অমহানি। পোৎতুগী লেংদবা অরেপ্পা মওং অমা লৈতে। ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইনা লৈরম্লগা মাংবা ঙাক্তনি। পোৎ খুদিংমক অরোইবা নাই হায়বসি ব্রাখল থেনবা মীশিংনা খংবা ঙমদে। অসিগুম্না অরং-অরাকশিংসিবু অমতা ঙাইরবা নুঙাইবগী মশক্কি খন্দুনা পুক্লিং হকচাং অমদি লৌশিংগা লোয়ননা 'ঐ' অমদি ঐগীদমক্কি খন্দুনা পোৎশিংদুবু ফংননবা হোৎনবদা হিংচাবগী মতৌগুম মীনুংশি অমত্তা পত্তনা মপাঙ্গল মথৌনা নত্রগা খুলাইগী মপান তাংদুনা অত্তোপ্পবু অকি-অখং পোকহনবগা লোয়ননা নম-হাদুনা মুনবা নত্রগা মৎপা ফাওবা য়াওরকই। অদুগুম্না মশাগী অরেপ্পা ব্রাখল লৈতবা মীওইশিংদুনা ইং তপ্না শান্তি লৈনা অমদি নুঙাইনা লৈবা ঙমদে হায়বসি জ্ঞান লৈরবা মীশিংনা খংই। মফম খুদিং ইমমদা মম্লবা অহিংগী মতম জীব পানবা খুদিংমক্না অফা অপুন্নবা মহুমনুংদা ব্রানা অদুমক লেল্লুরবসু, মতমনা অসুম হৌজিনখিদুনা কৌরৌহনবা মাগী মশেক মঙালতনা চিংখৈ হন্দোরকপদা অঙানবা মাবু ফংজবদা পুম্নমক মিৎ-মাই পাংথোরক্নুনা অফা-অপুন্ননা লৈরম্বদগী থাদোরকপগুম ইয়াং য়াংনা লৈ। অদুগুম্না মীশিংগী মফমদদি পোৎকীদমক হেজ্ঞিন্না খন্দুনা অপাম্বা, অব্রাবা, নুঙাইতবা লৈতনা অদুমক পেম্লোক্না লৈদুনা নুঙাইরবা পুন্সি মহিং অমদা হিংনৈ।

*মমাংঙৈ নিংথৌ পাম্লিঙৈ মতম* ভারতকী ইতিহাসতি শা-লান ঙাক্তনি । অকনবনা অশোনবদা *লমগী ব্রাহৌদগী, লন-থুম ফংননবগী* নুপীগীদমক অমদি জাতি বর্ন খায়নদুনা অমনা অমবু তুহৎপীবা, অঙম-অঙম হাৎন-শুনদুনা ঈনা লৌখোং ওইনা চেন্দুনা হিংবগী মতৌদু পামজদ্রবা শান্তি পামজবা রাজকুমার অনিনা হৌরদুনা কোনুংগী অমোৎ-অকায় শেংননবা থম্বা নুপা অমগা লোয়ননা কনাগুম্বা অমত্তদা খংহল্লম্বা তৌদনা লোৎনা হিমালয় চিঙখোংদা লাই নিংদুনা লৈরিবা শন্তশিংগী তুংইনবা ওইনা চৎলগে খন্দুনা ময়ুম থাদোরকখি । অসুম লাকপনা পাক্লবা লম্ফাং অমদা লানশিন্দুনা চংলমদায় ; মফমদুগী উখোং অমদা মখোয় অহুমক পুন্না ফম্মিন্নরগা পুরক্লিবা চান্ন-থক্লবা পোৎ খরদু নুপাদুগা লোয়ননা চামিন্নৈ । মমাংদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা থৌদোক্তু উবদা নুপাদু ঙকপনা খম থেংখ্রে । চাবা লোইরে মখুৎ মশাদু হামদোক্লবগী তুংদা মখোয় অনিনা শেৎ ইল্লিবা ফীরোলশিং অদু শিন্দোক্লগা মনাক্তা থম্মী । ইঁচম চম্বা ফীরোল শেৎচিনখ্রে । মখোয় অনিগী মতৌ উবদা অমুক্কসু হেন্না ঙকখ্রে মশাদা লোয়নদুনা য়াওরিবা মমল য়াম্লবা সনা লুপা, মনি মুক্তাগী তাংলবা লৈতেংগী পোৎলমশিংদু লৌথোক্লগা নুপাদুবু য়েংলগা নুংশিনা হায়রকই । শে ! লৌরো, শে ! পুম্নমকসিগী মপু ঙসিদি নহাক্না ওইরবনি । মতম কুইনদগী নুঙাইবা হায়বদু খংজরকত্রবা ব্রাজবতনা শরুক ওইদুনা লৈরক্লবা নহাক্নি । মসিনা হৌদোক্লরদুনা নুঙাই য়াইফনা লৈজরুরো । মসি পুরগা য়ুমদা হনখ্রো হায়দুনা নুংশিনা পীরম্লগা রাজকুমার অনিদু মফমদু থাদোক্তুনা চৎখ্রে । নুপাদু হরাওবা অমদি নুঙাইবনা পুমথুম থুম্মৎখ্রে । অমুক্তা উবা ফংখিদ্রবা, মপুন্সিদসু তানবা ফংলরোইদবা সনা লুপা অমদি ফীরোলগী ময়োমদু কোল্লদুনা হরাও তয়াম্না ময়ুম মাইকৈ পাংনা প্রপ-প্রপ খোঙকাপ লাওনা কাল্লদুনা লাকই । চৎনা-চৎনা ব্রাখল খনবা হৌরকই ; অসুক মমল য়ামখ্রবা সনা লুপা অমদি নুঙাইরবা রাজকুমারগী পুন্সি মরেল

থাদোক্তুনা তাংখ্রবা পোংলম পুম্নমক করিসু লৈতবা মমল য়াওদ্রবা পোৎ অমগী মতৌগুম কল্লকপা, অপাম্বা য়াওদনা ইরায় লায়না পীথোক্লম্নগা মোন্দুম মোনতেকথক্তা মনাই মশনশিংগা লোয়ননা শেৎনিংবতা শেৎ, চানিংবতা চা, মনিং মখা তৌনা লৈরম্লিবা নিংথৌমচা অনিনা করিগীদমক চৎখ্রিবনো হায়বা ৱাহং মশা মথন্নতা কয়ারক হন্ন খঙ্গে অমদি হংজে। মমল য়াম্নবা পোৎশিংসিবু করিসু লৈতনা তুংওইনরম্নগা নৌনা থিবা চৎখ্রিবা অতোপ্পা পোৎ অদুনা করিনো খোইরাংননা অমুক্কা হেন্না খংনিংবা পোক্লকখি। কনানসু মশক খংবিদ্রবা শিংথাবীনবা য়াওদ্রবা তোল্লবা মহাকপু নুংশিবীবা অমদি লৌখৎপীখিবা মিকুপ অদুদগী হেন্না নুঙাইবা অমা লৈরমদে। নুংশিরবা মবুঙো অনিগী থৌগল তৌরদুনা পুন্সি চুপ্পগী ওইনা নাক্তা লেংদনা লৈরগে খনখ্রে। মহাক্কী খোংথাং অসুম অসুম তপথরকই। মখা তানা থাংদুনা চৎনিংবা ফাওরকত্রে। উখোং অমদা ফমদুনা ঙাইহাক ৱাখল তৌনা পোখাজে। মহাক্না পুরক্লিবা ময়োমদুদা য়াওরিবা মখুৎনা অমুক্তা পাইবা ফংজদ্রিবা মহাক্কী ওইজরবা পোৎচৈশিংদু হাঙদোক্তুনা হন্ন-হন্ন পাইদুনা য়েংজৈ। য়েংবমখৈ য়েংলুরবগী তুংদা হৌগৎলদুনা মনাকতুদা হৌবা উপাম্বী অমগী উশাদা কনাগুম্বা খরনা থেংনরগা লৌজখ্রসনু খন্দুনা ফীরোল অমদি মনি মুক্তাগী পোৎচৈশিংদু মথৎ-মথৎ য়ান্দুনা থম্নম্নগা নিংথৌমচা অনিনা চৎখিবা মাইকৈ তম্না তান্নবা হৌরকখি। স্বর থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা লেপ্প লৈতনা চেন্ন-চেন্ন তান্নরক্তুনা লাকপনা লাপতক্লা নিংথৌমচা অনিদু উরকই। রাজকুমার অনিবু অমুক হন্না উবা ফংজবদা হরাওবগী মপাল নাইখিদ্রে। মজাইবুঙো! মজাইবুঙো! ননাইবুসু ঙাইবীখো! কৌজরকই মহাক্না কৌবদু তাবদা নিংথৌমচা অনি ঙক্না য়েংলকই। করি করম্বা খুদোংথীবা থোক্লবনো খন্দুনা ঙাইদুনা লৈখি। মখোয়নীগী নাক য়ৌরবদা নিংথৌমচা অনিনা তপথনা হংলকই- "নহাক্না অদুক তফিং তফিং চেল্লক্লিবা করিগীনো ?

করি করম্বা খুদোংথীবা থোক্লবগে নত্রগা নথন্নতা হনবা কীরব্রা ? অমুক হন্না থিল্লু হায়ব্রা ? নঙোন্দা পীখিবা পোৎশিংদুসু য়াওবা উদে, কনা কনানা মুনখিবগা লোয়ননা ফুবী চৈবীরক্লব্রা ? অসুম্না নুংশিনা হংলকই নুপাদুনা ব্রা অমতা ঙাংদনা মকোক হায়র-হায়রদুনা মমিৎতগী মপী তরং-তরং শিন্থরদুনা খুৎ অনি লোন্নজরদুনা হায়রকই- "ঐঙোন্দা খুদোংথীবা অব্রা-অনা অমত্ত লৈজদে। মজাইবুঙো'নিনা তোল্লবা ননাইবু নুংশিবীরদুনা পীনবীরিবা সনা লুপা মনি মুক্তা অমতা পামজদ্রে। শুপ্নদগী নুংশিবা হায়বা লিপুন্দুনা মরম ওইরদুনা পুনশিনবীখিবা লিপুন অদুদগী হেন্না পামজবা পেঞ্জবা অমমুক লৈজদ্রে। ঐগী ঙাক্তনি খন্না পীবীখিবা ; ননাইনা পুন্সিচুপ্পদসু তানবদা ফংবা ঙমজররোইদবা পোৎলমশিংদু ননাইনা হন্না অমুক পামজদ্রে। অদুগুম্বা পোৎশিং অদু কনাগুম্বা মরাইবক ফবা খরনা ফংজগ্রসনু খন্দুনা উশা অমদা য়ান্দুনা থমুম্বনি। ননাইনা ইবুঙো'নিগী সেবা তৌরদুনা পুন্সি লোম্লগে খন্দুনা তান্নজরকপনি । তোল্লবা ননাইবু অমুক হন্না লৎনবীরগনু, অমুক হন্না হঞ্জখ্রো হায়বা ব্রাহৈদুতং হায়বীরগনু । ঐহাকপু লৌশিনবীরো হায়দুনা রাজকুমার অনিগী খোং কোল্লদুনা হায়জরকই । মহাক্কী অমকপা লৈত্রবা থম্মোয়নুংগী শেংলবা ব্রাহৈশিংদু তাবদা রাজকুমার অনিনা নুংশিনা কোনখৎপীরদুনা মথানুংদা চেজেৎ কোনশিনবীবগা লোয়ননা মখোয় অনুম খুৎশম্নুনা অনৌবা অওনবা আশা অমগীদমক মহাপুরুষ অমদি সন্তুশিংনা লৈরিবা মাইকৈদু পাংলক্লে ।

•••••

# তরাহুমদোইশুবা
## ফীজোল

হাৎহৈদবা মী অমবু হাৎলুবগী দোষ পাপ লৈ । হাৎকদবা মীবু হাৎতবগীসু দোষ পাপ অদুমক লৈ । হাৎলিবসি করিনো ? নত্রগা কনাবুনো ? হকচাংবু নত্রগা হকচাংদুগা লোইনরিবা শকউদবা থব্রাইদুবুরা ? কনানা কনাবুসু হাৎপা ঙমদে থব্রায়গী অরেপ্পা মওং-মতৌসু লৈতে । য়ামথ্রবা মীয়াম মরক্তা খন্দোকপা নুঙাইনবা তোম্বা, চাউবা হায়দুনা মমা মপাদুনা মমিং থোনবীখিবগী ব্রাদনি । কনাগুম্বা অমনা অহলগী মতম ওইরদুনা শিখিবা নত্রগা লম্মখাংদা পুন্সি পিখমুথ্রবদা আত্মাদুবু নমদুনা মাংহনথ্রবনি হায়বসিদি লানবা ব্রাফমনি । মমা অমনা অপিকপা মচা অমগী মখাতানা শিজিন্নবদা য়াররোইদবা অমনবা মফী মরোল লৌথোক্লকপদা মচাদুনা য়ানিংদনা ফনা কন্না কপ্পুনা য়াদ্রবসু নমদুনা লৌথোক্লগা অহনবা অমা শিনজিনবীখিবগুম মখাতানা শিজিন্নবা য়াররোইদবা হকচাংবু অনৌবা অহনবা ফীজোল অমা ওইনা ওন্থোকপীবদনি । মীওইবগী অরোইবা মথৌ মঙম পাঙথোক্লনবা শ্মসান ঘাট তান্না পুথোরক্লুনা চিতাথক্তা থাঙ্গৎলক্লুনা মৈরিনা ব্রাইরক্লবদা মচা মশু ওইবশিংনা তেংথা নাওইরদুনা হায়রকই- "মপোক ফরকউকো ! নাদ য়েক্তনা লৈয়ুকো ! মপোক ফরুগদবা অমদি নাদ য়েক্তনা লৈরুগদৌরিবা পোৎ অদু করিনো ? তাঙ্গোই ওনথ্রবা হকচাংদুরা ? নত্রগা মশক মমি উদ্রবা থব্রাইদুবুরা ? মীওইবনা পোকপা চাউখৎলকপা মশক মচু হোংলকপা অমদি অরোইবদা শিবা হায়রিবা থৌদৌশিং অসিদি শুপ্নদগী হকচাংগী ওইবা

*মওংনি। মানা-মানা হিংলিঁডে মতমদা পামজনা তৌখিবা থবকশিংদুগী মহৈয় ওইনা যনা পোক্লকপা অমদি থিরকপা হায়বসিদি মহাক্না থাখিবা পরীক্ষাদুগী* ওইরকপা কর্ম ফলনি। অদুগুম্বা আত্মাজ্ঞানগী মশক নিংথিজনা খংলবা মহাক অদুদদি অৱা-অনা লৈতনা মতম খুদিংমক্তা নুঙাইদুনতা মরৈরবা ঈশ্বরগী মশক্তি।

মপোক অমদা লৈবাক্না শকখং-মাইখংনরবা অচৌ-অশাং অমা ওইনা নুঙাই য়াইফনা লৈখিবা নুপা অমগা অতোপ্পা নুপা অমগা মানা-মানা তৌখিবা কর্মগী ফলনা মরম ওইরদুনা অমনা লমহুই অতোপ্পা অমদুনা য়োং ওইনা পোক্তুনা জঙ্গলদা লৈরমই। নোংমা লমহুইদুনা মফম খুদিং কোইনা অমদি কিনা চৎতুনা মচিঞাক থিরুবদা কংলবা শাগী শরু অমা থেংনরমই। মহাক্না শরুদুবু পুরদুনা অশোংবা অশুকপা উখোং অমদা ফমদুনা শায়র-শায়রদুনা য়াম্না হাওনা চারমই। শরু মচেংশিংদুনা থিনদংতুনা মখয়াংতগী তারক্লিবা ঈখেংশিংদুবু শরুদুদগী থোক্লকপনি খন্দুনা পামজনা অমদি হাউনা য়োংলমই। মহাক্না তৌরিবা মওংদু উবদা উথক্তা য়েংদুনা লৈরিবা য়োং অদু ঙকপনা খম থেংখ্রে। য়োং অদুনা অসুম্না হায়রক্লমই- "মরুপ লমহুই নংনা চাবা য়াবা মতোং মচেং অমতসু য়াওদ্রবা কংলবা শরুদুবু অদুক খোইদানা চারিবা করিগীনো ?" লমহুইদুনা খুমলকই- "মরুপ অসিনি কর্মগী মহৈয় হায়বদু। ঐ লমহুই ওইনা পোক্লবসু মমাংগী মপোক খংই। মমাংগী মপোক্তা য়াম্না ইনাক কৈরাক খুনবা ব্রাৎত-পাদবা ঈমুং অমদা পোক্তুনা মহৈ-মশিং নিংথিজনা হৈরবা মীশক অমা ওইনা লৈবাক্কী মশক নাইবা শিনফম অমসু পায়জরমই। ঐগী অৱাং-অপা করিসু লৈরমদে। শেংনিংবতা শেং চানিংবতা চা অকে-অমৌগা লোয়ননা নিংতম্না লৈরমই। কনাগুম্বা অমতদা করিগুম্বা অঙম্বা মতেং পাঙগে খনবা অমদি দান ওইনা তৌখিবা লৈতে। ঐগী শোয়দ্রগা লোয়রে খন্দুনা তৌজরিবা থবক্তুদগী ফংলকপা হুমাংমনদু খক নক্তনা অহেনবা অথোইবা শেলতবু থিদুনা ঐগী কলমগী মতেংনা য়াররোইদবা থবক কয়াবুসু অচুম্বা

মওংদা শেমজিন শাজিন্নদুনা ফংলকপা মহৈয়দু তম্খাই-তম্খাই চামিন্নখি। অসিদসু নম্ভনা মীগী পুক্লিংদা করি খল্লমগদগে খংদনা অয়াকপা অকনবা খোন্দা কয়া শিজিন্নরদুনা এগীদং ফংহৌননবা তাশিন খোমজিনবতা তৌদুনা ময়াম্না চাঙমদ্রবা অহাউ-অহাউবা চিঞ্জাক অমদি ময়ায় কাবা নিশা কয়া চা-থক্তুনা নুঙাইনা লৈরমই। মফমদুদা লৈরিবা চরা নামতং নোংখন্নরবা কাণ্ডবু অমনা অতম্লনা নিররবা ফাওবদা করিগুম্বা পোৎ অমতা হৱাও-হৱাও পীখিবা লৈতে। অহোয়নদুম নপাঙ্গল নথৌনা পুথোক্তুনা শুরগা চারু হায়দুনা অয়াকপা অকনবা ব্রাহ্মণ হায়দুনা তাম্থোকপীখিবা ঙাক্তনি। উপায় লৈজদ্রবা ব্রাহ্মণ কয়ানা অতমননা নিররবা ফাওবদা ইখুৎ অসি লাম্থোক্তুনা করিগুম্বা পোৎ অমতং পীনিংবগী আশা ফাওখিদে। নোংমা মীয়াম তিনবা ধর্মগী থৌরম অমদা ইনাক কৈরাক খুনবা অচৌ-অশাংনি খন্দুনা ফমফম অমা ফংজখি। মীয়াম মমাংদা নুপা থোক্লা ইচিন অসিমক্লা লাইবরবা ব্রাহ্মণ অমদা অঙম্বা চান-থক্লনবা পোৎলম অমদি মীয়ামগী ওইবা পুখ্রি অমসু তৌরগনি ইথৌ পোংনা লাওখি। তিল্লমলিবা পুন্নমক্লা হৱাও তয়াম্না খুবাক খুনরদুনা থাগৎনখি। ব্রাহ্মণ অমদি মীয়ামদুগী থম্মোয়দুদসু করিগুম্বা পোৎ খর শোইদনা ফংলগনি খন্দুনা ইথৌলাংবা পোকহনখি। অদুবু পীরমদাই মতমদদি খুৎ ওইনদি লাম্থোকউ খক য়াখিদে। অতমননা লৈন্নদুনা পীদনবা কয়ারক হন্না হোৎনখি। মতমদুদা মৈগী মতৌগুম চাক্লবা ব্রাহ্মণ অমদি প্রজা পুন্নমক্কী মফমদা তৌখিবা নমথাক্তুগী ফল ওইনা ঙসি এনা কংলবা মহাউ য়াওদ্রবা শরু অসি পাম্না চাররিবনি। মহাক্কী ব্রাহৈশিংদু তাবদা উথক্তা মুন্না তাদুনা লৈরিবা য়োং অদুনা শোন্থাংনবা খোঞ্জেলনা নিঙমদনা হায়রকই- "এসুনি মরুপ মতমদুদা কল্লবা ইপাঙ্গল ইথৌনা অসি পুথোক্তুনা হুমাং তানা শুরুরগা ফংলকপা হুমাংমন্দুনা হাউনা চাগে খন্দনা তুমিন হৌদোংগী মতৌগুম লুমদুনা লৈরগা অচেংবা তাল্লক-তাঞ্জা য়েংলদুনা মীনা ব্রানা তাঞ্জ রুরগা ফংলকপা পৈশা অমদি চাগে খন্না থমজবা পোৎ কয়া অতমননা হুরাল্লগা চাদুনা হিংখিবগী মহৈয়দুনা ঙসি এসু য়োং ওইনা পোক্লরিবসিনি।

# তরামরীশুবা

## নাপল

অচোপ-অরেম খংদনা তৌবা ঙমই খঞ্জবা নাপল চাউবা হায়ঙম তৌঙমদবা মীদুনা অকনবা অয়াকপা ব্রাহৈ শিজিন্নরকপদা ; চিন্দান-পাউদান্নদুনা খৎনরুরিবা অথোইবা মী অদুসু মাগা ঙাইহাক অব্রাই-অখুম তৌনা ঙাংনরুবদা হায়নিংবা চৈনিংবা ব্রাহৈ খরা পেন্না হায়দোকখিবদু নত্তনা অহেনবা তোংজবা ওইদে। ফনমক হায়নিংবা অচুম্বা ব্রাহৈ ওইরবসু থেম-নৌদুনা নুংশিনা নত্রগা নাকোইননা ঙাংননবা হোৎনগদবনি। চুমথোকপদা ব্রারগদবা মীদুগা অঙম তান্নরুববদি চোপ্পা নত্তনা অতোপ্পা ফংনিঙাই করিসু লৈতে। অদুগুম্বা মীদুনা শাওখ্রবদি মশাগী অশোয়বা অরানবদু খংবা ঙমজদবনিনা ইকাইবা পীরবনি খন্দুনা ঙাংলিবা মহাক্তুবু নুমিত্তুদগী হৌনা শিংনদুনা অচেংবা খুদোংচাবা য়েংদুনা লৈখিবা নত্তনা হেন্না তমথিরকপা মীওই অমা ওইরকপসু য়াই। মান্ন-মান্নবা থাক্তা লৈবা মীগা ব্রারী শান্নমিন্নগদবনি। মান্নবগা মান্নদবগা পুন্সিন্নবদা খক মান্নবা ঙমদে। য়াম্না হৈশিংনা হোৎনবা ফনবা পাংথোক্লিংবা থবক্তুদগী মাই ওন্দুনা চেনগে খন্দবা অফ-ফত্ত মুন্না খংলবা ব্রাঙাং-শাঙাং নিংথিজবা মরমচৎ চুম্বা নুপাথোক্রা থবক তৌবা মীদুগা লোইনদুনা তমজফম ওইরবা গুনশিংদু ফংননবা হোৎনগদবনি।

লানফম খুদিংমক্তা মাই পাক্লবা অকি-অখং লৈত্রবা লঙ্কা লৈবাক্কী নিংথৌ রাবণ য়েৎপীনবা থিংবীনবা কনা লৈত অরং-অরাক, অকে-

অমৌগা লোয়ননা হায় হুম্না পাল্লমই ।

মহাক্না লাইশিংগী মরক্তগী ইন্দ্রবু অমুক্তং মাইথিবা পীগে খন্দুনা শিংনদুনা লৈরক্লমই । নোংমদি মহাক্কী মচানুপা মেঘনাথপু কৌরদুনা হায়রকই- “ইবুঙো নংদি মীয়াম্না কিন্নরবা মমিং চৎলবা লাম্বা লৈত্রবা লানমীনি । ঐ ইন্দ্রগা অমুক্তা লাম্থেংনদুনা মাইথিবা পীবা হায়বসি অপাম্বনি । লান তৌননবা শেম শারো । মপাগী অপাম্বদু নিংবা থুংহন্ননবগীদমক মজাইবুঙো মেঘনাথনা লান্মী তেঙ্গোল শেম শারদুনা, পুং-শেল য়েদুনা ইন্দ্রগী নাক তম্না লানশিংনবা লাক্লমই । রাবণগী মতৌদুদা মাইথিবা পীরগে খন্দুনা ইন্দ্রনসু য়ারমই । নাক অনিমক অঙকপা ফংনা লাম্থেংনরমই । অকিবগী মশক ওইরবা লানফমদুদা রাবননা ইন্দ্রবু মাইথিবা পীরদুনা লানফা ওইনা থৌরিনা চেজেৎ লাকশিল্লদুনা লঙ্কা লৈবাক তম্না পুরক্লমই । মহাক্না ইন্দ্রবু কোনুংগী মমাং থংবা অচৌবা য়ুম্বী অমদা থৌরিনা চেৎনা পুন্সিল্লদুনা কোনুংদা লৈরিবা মীশিংদুগী লক্লফম ওইনা ইকায়বা পীনরদুনা মতম শাংনা থম্লমই । ইন্দ্রদেবা ৱাবা অমদি ইকাইবনা পন্দোল লোমখ্রে । অৱাবা কোক্লনবগীদমক লাইয়াম পুম্নমকপু নিংজবা হৌরক্লে । মহাক্কী অৱাবদু মতেং পাংলুরগে খন্দুনা ব্রহ্মা কৌবা দেবতা লঙ্কা লৈবাক তান্না লাক্লমই । মহাক্না রাবনগী কোনুংদা থুংলরবদা মহাকপু ইকাই খুম্ননগা লোইননা হরাও তরাম্না ওক্লমই । ব্রহ্মানা হায়বদগী ইন্দ্রবু থাদোকখিরমই । ইন্দ্রবু থাদোকখ্রবসু রাবন অমসুং মহাক্কী প্রজাশিংনা ইন্দ্রমকপু মাইথিবা পীবা ঙম্বগী হরাওবা ফোংদোক্লদুনা পুং-শেল কয়া য়েরদুনা য়াম্না চাউনা কুম্মৈ অমা পাংথোক্লমই । ইন্দ্রমকপু জয় তৌবা ঙমই হায়দুনা মেঘনাথপু ইন্দ্রজীত হায়বা মিংথোল পীরমই । অদুগুম্বা কুম্মৈদু য়াওরুননবা নারদসু মফম অদু তম্না লাক্লমই । নারদনা মফমদুদা চংলকপদা হরাও তরাম ওক্লদুনা রাবননা মাইপাকপগী খোল্লাউ লাউরমই । নারদনা অসুম্না হারক্লমই- “হে মাইথিঙমদ্রবা নিংথৌ ! নংগী মাইপাকপগী কুম্মৈ

অসিদা ঐসু শরুক য়ারদুনা নুঙাইবা ফোংদোকপা লাকইবনি । নংদি পৃথিবীদা মাইপাক্লবা নিংথৌনি । মফম মফম খুদিংদা নমিংতবু শক-শোন্নহৌরবনি।" হায়দুনা থাগৎলমই । রাবন্না অসুম্না করেম কথাইনরদুনা হায়রকই- "তাবিয়ুদো হে ঋষি ! ঐগী ইচানুপা মেঘনাথনা ইন্দ্রবু য়োং মচা অমগী মতৌগুম পুল্লগা পুরক্লুনা কোনুংগী যুম্বী অমদা মতম কুইনা পুন্দুনা থম্বগী মওংদু উবিরুমবদি খংবীরমগদবনি । ঐদি শুকথাবু থাদোক্লরোই খঞ্জবনি । ব্রহ্মামক্লা মমিন্তগী মপি তারদুনা কপ লাওরদুনা হায়জবদগী থাদোকপিখ্রবনি । মহাক্কী নাপলগী ব্রাহৈশিংদু তাবদা নারদনা মখা শমথরকই । নহাক্কী নতিক নগুন অমদি তৌবা ঙম্বগী শক্তি মফম শিঙ্খুংনা মী লাই খুদিংমক্লা শিংথানরিবনিদো ! অদুবু... ঐনা অসুম লম্বীদা লাকপদা কনাগুম্বা জীব অমখক্তনদি ওন্থোক্লা য়ানিংদনা থিনা চৈরকখ্রেদা ! ওন্থে াকপনি মহাক্কী ব্রাহৈদু তাবদা থুক হেক লাওই ! নারদগী ব্রাহৈদু তাবদা রাবনগী খোঞ্জেল হৌগৎলকই মমিৎ-মনা শংদোক্লদুনা মহাক অদু কনানো হংলক্লমই ? নারদনা খুমুকই- "হে-রা জঙ্গলদা লৈবা ইচম চম্বা য়োংনিদা ! য়োংশিংগী নিংথৌনিসু হায়গুম তৌই ! মমিংনা বালি কৌই হায় ! রাবননা হায়রকই ঐখোয়না মতম পুম্নমক্তা চিঞ্জাক্লি হায়দুনা থুম্নীবা করিসু লৈতবা মহাকপু ফারগা মখোঙ মখুৎতু থুদেক্লুনা থুমগা অঙাংশিং শান্নহন্দুনা থুম্লগে হায়দুনা মজাইবুঙো মেঘনাথপু লান্মী তেঙ্গোল শেম শারো, হায়দুনা লাওরক্লমই ! রাবনগী ব্রাহৈশিংদু তাবদা নারদনা নোক্লদুনা হায়রকই । অসুক চাউখ্রবা ইন্দ্রমকপু মাইথিবা পীবা ঙম্বা নিংথৌরেল অমনা শুপ্লদগী পিকখ্রবা য়োং নিংথৌ অমগা লাম্বানবদা লান্মী য়াম্না পুরবদি মী-লাই পুম্নমক্লা শোয়দনা নোক্লহৌরগনি । অসুম্না লাওবা ইকাইজে । লাম্বানগেবু হায়রবদি নখোয় অনিদা লাইবক চাং য়েংনজৌ । ঐ মফমদু তান্না লমজিংদুনা চৎকে ; অসুম হায়রদুনা নারদ অমদি রাবণ নিং-মাং থারদুনা লাকমিন্নে । অসুম্না অসুম চিঙ কয়া লান্দুনা লাক্লবদা

বালিনা লাই খুরুমদুনা লেংদনা লৈরিবা মফমদু যৌরক্লমই। মফমদুদা নারদনা লেপ্লুনা হায়রকই। য়েংউ হে লঙ্কাপতি! বালি হায়বদু অসিনি হায়দুনা খুদোম্বী থিন্দুনা তাক্লমই। রাবন্না কদাইদা লৈবগে হায়দুনা কোয়েং য়েংলক্লমই। ইচম চম্বা য়োং অমগী মতৌগুম চিংদুম মচা অমদা ফমদুনা তুমিন্না লেংদনা লৈবদু উরমই। নারদনা হায়রকই- "মসিনি বালি হায়বা য়োংগী নিংথৌদু। কিরুগনু য়োংনি। মহাক্কী ইতিং তিংনা তাদুনা লৈরিবা মমৈ অসি পায়রগা চিঙদোল মরি-মঙা লান্না লংথোকখো। করিগুম্বদা লঙ্কাপতিনা হেক লেংহল্লুবদা মমৈদু কন্না পায়হৌদ্রবদি য়োংনিকো! শোইদনা চোংদুনা চৎখ্রবদি করিগুবা অমত্তা পাংথোকপা ঙমহৌররোই।" নারদগী ৱাহৈশিংদু তাবদা রাবণনা খাক্লা-খাক্লা নোক্লদুনা হায়রকই- "হে দেবর্ষি! ঐগুম্বনা তৌবা থবক্তা কবি মতিক লৈদুনা পিকখ্রবা য়োংনাওসিনা য়েৎপদি! ঙসিদি মহাকপু অরোইবা ওইনা চাউরবা নুংজাউসিগী মথক্তা ফুদৎলদুনা যোমালয়দা থারগে খংউদো হায়রদুনা; নাপলগা লোয়ননা খংচোং চোংশিনখিদুনা মখুৎ অনি চংদুনা নাম্ভোকখিগনি মতাগুম মমৈদু কন্না পাইশিল্লুবদদি বালীনা মহাক্কী লাইশোল কায়রগনি খন্দুনা মমৈদুনা রাবণগী মশা পুম্নমক থৌরিগী মতৌগুম মরৈ-মরৈ য়েৎশিন্দুনা লেং-ওৎপা ঙমদনা ক্রক-ক্রক ফাজিন্দুনা থমখ্রে। রাবণ লাউ-খোংবা নত্তনা উপায় অমত্তা লৈত্রে, তাঙ্গাদুদা নারদনা নোক্লদুনা হায়রক্লমই- "হে নাপলচাউবা নিংথৌ! নিংবা কাইগনু! কদায়দা চৎখ্রে নংগী নপাঙ্গল নথৌনা? হৌজিক ইন্দ্রমকপু মাইথিবা পীঙম্বা নচানুপাদুদা মতেং পাংননবা হায়রুরগে।" হায়রম্লগা মফমদু থাদোক্লুনা চৎখ্রে।

বালী লাই খুরুম্বা লোইরদুনা তির্থ স্নান চৎননবগী হৌগৎলক্লে। মিকুপ অমগী মনুংদা মহাক্কী মশাদু অঙকপা ফংনা চাউথোক্লক্লে। মহাক্লা মফমদুদগী তির্থ মফম য়ৌননবা চোংখিবদা রাবণসু মমৈনা পুন্দুনা অদুম য়াওখ্রে।

# তরামওাশুবা
## থাজবা

কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা পোৎ অমা হায়ররবদা লৈতে হায়ঙমদনা পীথোরকপা ; পোম্ভুবু পুদুনা চৎখ্রবা মতমদনা চিংনরপ তৌনা নিঙমদনা লৈহৌবা, পুখ্রিবা পোৎতু হঞ্জিল্লকত্রবা মতমদনা পীরকত্রবসু য়ারে, দান ওইনা তৌথোকখ্রবনি হেক মখনবা ; খংন-চান্নবা মরুপ অমনা করিগুম্বা থবক অমা তৌমিন্নসি হৌরক্লবসু অপাম পামদা ফোংদোকপা ঙমদ লৈথোকপসু ঙমদনা হেক য়াওশিনবা, থবক অমা তৌগে খল্লগনা চিনগা খুৎকা মান্ননা কনাগুম্বা অমতবু হৌবা ঙাইবা তৌদনা নিংলক-নিংলকপা মওংদুদা হেক-হেক পাংথোকপা, থবক্তু লোইখ্রবা শেমদোক শাদোকপা য়াররোইদ্রবা মতমদনা অসুম্না তৌরম্লবদি ফরমগদবনি খন্দুনা অপেন পেন্দ ফোংদোকপা চনিং তানা লেপকদবা লেংদবা ফীরেপ অমদা য়ুম্ফম ওইদুনা লেংদনা লৈবা ঙমদবনা মরম ওইরদুনা অদুগুম্বা মহাক অদুগী য়ুম্বান কৈবান হায়বদুদি অফবা ওইররোই। মীরা-মৈশা খাঙবা ঙমদ্রদুনা লমজা-পুই হায়নবগুম পুম্নমক্তা থাজবা থমদুনা লৈরিঙৈ মশামকপু হাৎকে শিংনরদুনা লাক্লিবা কনাগুম্বা অমনা নিররবদা দাননি খন্দুনা থাঙ অমুক পীশিনবা তারিব্রা ? জগৎ অসিদা লৈরিবা মশাগী ওইজবা থীবা কাঙবুনা অচুম চুমদা থিদনা মানা পাম্লিবা পোৎতু ফংননবা হোৎনবদা অঙম্বা উপাই শিজিন্নদুনা অতোপ্পবু নমথাক তৌরম্বদা করিসু লুনা থোক্তে হায়বসি মতম পুম্নমক্তা নিংশিংগদবনি।

মতম অমদা মশক থিবদা নত্তনা করামচাউরবা ভষমাসুর কৌবা শাথিরবা হিংচাবা অমা লৈরমই। মহাক শক্তি লৈরবা নিংথৌ অমা ওইগে নিংলমই। তৌইগুম্বসুং মপাঙ্গলসু কল্লমদে ; মথৌনাসু ফরমদে ; করিগুম্বা অফবা গুণ অমতসু চেল্লমদে। করি করম তৌরগা শক্তি লৈরবা নুপা অমা ওইগদগে খন্দুনতা লৈরমই। মহাক্কী অনিংবদু থুংননবগীদমক অশুকপা বন অমগী মনুংদা চংদুনা উ অমগী মখোংদা ফমদুনা মহাদেববু নিংজবা হৌরক্লমই। চহি কয়া চাদ-থক্তনা শরুদ উনশাদনা কুপ্পুনা লৈবগী মওংদু উবদা পেনবীরদুনা মহাক্কী মমাংমক্তদা প্রভুনা মুর্তি অমা ওইনা থোরক্লমই। ভষমাসুর হরাওবগী মপান নাইরমদে। মহাক্না নিংজরিবা আশাদু শোইদনা ফংলগনি খঞ্জরমই। মহাক সনা লুপা মনি-মুক্তা অমতা নিরমদে শুপ্নদগী মহাক্কী য়েৎথংবা খুৎনা কনাগুম্বা অমগী কোক্তা হেক শোকপা মতমদা মহাক অদু উৎকী মপৈ ওইনা তুমহনবীয়ু হায়দুনা মহাদেবগী মফমদগী বর অদুতং নিজরমই। প্রভুনা পেনবীরদুনা মদুমক ওইজরো হায়দুনা মহাক্না পামজরিবা বরদুমক পীরমই। বরদু ফংজবদা ভষমাসুর হরাওবগী মপান নাইখিদ্রে। পুম্নমকপু তুম্না হাৎলগনি খনবদা অমুক্তসু হেন্না হরাওখ্রে। মবুক্লিংদা লাংতক্লবা অমা পোক্লক্তুনা ঙাইহাক তুমিন লৈ। ভষমাসুরগী মতৌদু উবদা মহাদেবনা করি তৌরবগে হংলকই। ভষমাসুরনা অসুম্না খুম্লকই- "প্রভুনা পীনবিরম্লিবা বর অসি কয়ামুক য়াম্না চুম্বগে হায়বদু য়েংজনিংদুনা তৌজবনি। প্রভুগী কোকথক্তুদা ঐগী খুৎ অসি থম্লগা চুম্লবরা হায়বদু অমুক্তং য়েংজগে ঝারৌবিনু প্রভু।" হায়দুনা খুৎ অদু মহাদেবগী কোকথক্তা শোক্লনবা তাম্নরক্লমই। মফম, মতম অমদি মীশক য়েংদনা বর পীরুবগী দশা ফংলদুনা মহাদেব মথ্বাই হিংননবা কন্না চেনবা হৌরক্লমই। ভষমাসুর প্রভু! অমুক্তা ঙাইবীখো অসুম কৌর-কৌরদুনা তাম্নরকই। অসুম্না অসুম তাম্নরক্লবদা করিগুম্বা খুজিন খুনাহ্নোক্তগী শোইখিদুনা মহাক্কী য়েৎথংবা খুৎশিনা শোকখিবা তারবদি থব্বাই মাংবনা

হানখ্রগনি খন্দুনা থবাই ব্রানা ভগবান বিষ্ণুবু চেন্না-চেন্না মবুক্লিংদা কৌজরকই । ভগবান বিষ্ণুনা মহাক্কী অবাবদু খংবীরদুনা মমাংমন্তদা লেপ্লমই । ব্রারি খুদিংমক খংলবদা মহাদেববু মফম অমদা লোন্তুনা লৈহনখ্রে । ভষমাসুরনা লাক্তদৌরিবা লম্বীদুদা শুম্নাৎনিঙাই ওইরবী নিংথিজরবী কন্যা অমগী শক্তম লৌরদুনা ভষমাসুরবু ঙাইদুনা লৈখ্রে । স্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লদুনা মফমদু য়ৌরক্লমই । মহাক্কী লম্বীদুগী ময়াদা লেপ্তুনা লৈরিবা মশক মতৌ ফজরবী কন্যাদু উবদা চপ হেক লেপ্তুনা কোইয়েং য়েংই । মথন্নতা মচিন্দা মুরুম-মুরুম শোল্লি ! শোইদনা মফমসিদা লোৎলমগনি । মহাক কদাইদা লিৎকনি ! কন্যাদুনা হায়রক্লমই- “হে অকনবা ! অদোম য়াম্নসু ব্রানা অমদি চোকথনা উরে, উখোংসিদা ঙাইহাক্তং ফম্বীরদুনা অচা-অথক খরদং হাবিখো । কন্যাদুগী নুংশিরবা খোঞ্জেল অমদি নিংথিজরবী মাইথোংদু উবদা খোংদগী তোন ফাওবা খংহৌদনা তূ চুংখি । ভষমাসুর চংশিল্লক্তুনা উখোংদুদা ফমই । মহাক্না হংলকই- “নুপিমচা নহাক কনানো ? মতৌ করম্না মফমসিদা লৈরমলিবনো ? নুপীমচাদুনা খুমলক্লমই- “ঐগী ইমা ববানা মফমসিদা লৈদুনা লম্বী চৎপদা ব্রারবা যাত্রীক কয়াদা অঙম্বা সেবা তৌই ; মদুদা ঐসু য়াওজদুনা লৈজরিবনি । ঙাইহাক্তং পোখাবীয়ু, ঐ উঁহে পুজরক্লগে ।” ভষমাসুরনা হায়রক্লমই- “চৎলুরনু য়ারে ঙাইহাক পোথামিন্নখিসি । শক্তা থিবদা নক্তনা ফনমক অহল ওইরবা মহাক অদুসু নুপীবু উরবদি হেক-হেক পংথৈ । ভষমাসুর কন্যাদুবু উবদা অপাম্বা পোক্লক্লে । মখাতানা অসুম্না হায়রকই- “ঐ নংবু থাঙ্গেশেংনা নুংশি ! নহাক্লবু য়াবীরবদি পুন্সিগী লোইনবী ওইজগে ।” মহাক্কী ব্রাহৈদু তাবদা কন্যাদুনা ইকায়-নুংশি য়ান্ননা খুমলক্লমই - “শিবমকপু অব্রা-অনা পীঙম্বা অকনবা নহাক্কী শোইদনা লোয়নবী য়াম্না লৈরমগনি ! অদু ওইরবসু ঐবু লোইনবী ওইনা লুহোংদুনা লৌবীগে হায়রবদি ননাই তোল্লবীগী ইরাইবক ফবনি । মখাতানা ঐবু অমুক হন্না ইহ্লোকপীরোই

হায়দুনা অদোমগী কোকথক্তা য়েৎথংবা খুৎ অদুনা অমুক্তং শোক্লগা শাখি থমদুনা ৱাশকপীয়ু ।” নিংথিজরবী কন্যাদুগী ৱাহৈশিংদু তাবদা ভষমাসুর নুঙাইবগী ইপাক্তা তাওখ্রে । অফ-ফত্ত নিংশিংবা ঙমদনা য়েৎকী খুৎ অদুনা মকোক্তা পাইরদুনা ৱাশক্লগে হায়দুনা হেক শোকপদা মফমদুদা অদুমক মপুন্সি লোয়খ্রে ।

•••••

# তরাতরুকশুবা
# বিচার

মীয়ামলক্তগী খনগৎলক্লবা অথোইবা মীওইবা সমাজগী শকয়েং মীংশেলগী মতৌগুম মহাক্কী মাইওন য়েংজরিবা মহাক অদুনসু ; লন খক্তনা অথোইবনি খন্দুনা ঙম্বমখৈ তাশিন খোমজিল্লগা মরনাইগী ওইবা লনগৈদা লোৎনা পৈশিন্দুনা মনাই-মশল কয়াগা লোইননা তাউবা হূইগী মতৌগুম কোয়না চত্তুনা শংলক্লবদা; মহাকপু ঈশ্বরমক্তি খঞ্জ-কিজনা লৈরম্লিবা চমজরবা প্রজা কয়ানা মহাক্কী অপিকপা পুকচেলবু খংলক্লবদা নোংমা-নোংমগী থাজবা মাংলকপগা লোইননা মনাক্তগী নাথৈরক্তুনা অকোনবদদি ; পুকচেল পীকখ্রবা মীওই অমগুম হন্থনা য়েংলদুনা তুক্কচরবা মীওই অমা ওইনা মথন্নতা খায়না তারকই । অদুগুম্বা মহাক্কী পাথোক্লবা লনগৈদুদগী অহেনবশিংদু লৌথোক্তুনা তোল্ল-তারবা অৱা-অনা অমদি কনা লৈজদ্রবা কয়াদা য়েম্থোক্তুনা মশাবু ইপাকথক্তা থারিবা থোংগী মতৌগুম ওইরগা অৱা-অনা পুম্নমকপু লাম্থোকপীরবদি অদুগুম্বা মহাক অদুতবু পুম্নমক্তগী অথোইবা মহাপুরুষনি খন্দুনা পুজা তৌবগা লোয়ননা অমর ওইনা লৈহৌরগনি ।

মতম অমদা নিংথৌ'মনা মহাক্কী প্রজাশিংবু অশুক্কী মতিক মচা মনাইদৌনা লুনা চানা তৌদুনা পাম্লমই । প্রজাশিংগী য়াইফনবগীদমক তৌবা য়াবা থবক থৌরম কয়া পাংথোক্তুনা অৱাৎ-অপা লৈহন্দনা থম্বনা, পুম্নমক্লা মহাকপু ঈশ্বরগী মতৌগুম কিনা অমদি লুনা তৌরমই । নিতি

নুমিৎ খুদিংগী অওনবা ফীজেৎ শেৎতুনা লৈবাক্কী মচি-ময়া খুদিং থুংনা চৎতুনা অৱাৎ-অপা অমদি অপেন-পেন্দা কয়া ঙাংন-শক্লবা তারমই। মহাক্কা মতম পুম্নমক্তা লোইনদুনা অৱা-নুঙাই শরুক য়ামিন্নগদৌরিবা নিংথৌমচা অমদি মহারানিশিংদু অৱা-অনা খংহন্দনা মনাই মশলগতা লোইনদুনা মোন্দুম মোম্ভেকথক্তা য়াওন্নদুনা লৈরকপনা অৱাবা হায়বদু মশক খংলমদে। নোংমদি মহারাজনা চাংয়েং ওইনা মহাক্কী মহারানী অহলগা মনাইনুবী অনিগা লোইননা লৈবাক্কী মচি মতাইদা লৈরিবা যুমলৈ-কৈরৈশিংদু য়েংহনবা থারমই। অসুম্ন অসুম খোঙনা লাকপনা থাপ্লবা খুঙ্গং অমগী মতাইদা চরুনা কুপ্লগা শাবা খাঙপোকশং অমা লৈবদু উরুরে। খাঙপোকশংদুদা অহল ওইরবী নুপী অমগা মচানুপী অমগা পুন্না মমা মচা লৈরমই। মখোয় অনিমক্না লৈত লাইর থিবা চৎখ্রিঙৈ ইংলবা নিংথমথাগী মতম ওইবনা ইহাং হাংনা লৈরিবা খাঙপোকশংদুদা চংদুনা মৈ থাদোক্লগা তিকথোক্লখ্রে। কনবীনবা লৈতবনা তুম্না চাকখিদুনা পুম্নমক তাঙ্গোই ওনখ্রে। নুমিদাংৱাইরমগী মতম, লুখ্রাবী মমা মচানা হল্লকতুনা অৱা-অনা হন্দোকচরিবা খাঙপোকশংদু উৎ ওন্দুনা লৈরম্বা মতৌ উবদা মথ্বাই নুঙাইতনা কপ লাওবগা লোয়ননা চাদ-থক্তনা মমা মচা অনিমক উখোং অমদা অহিংদুমা কপ্ল-কপ্ল লেল্লমই। নোং ঙানবা ঙাইঙমদে চিংখৈ হন্দোরকপগী মতম লুখ্রাবী মমা মচা অনিনা কোনুং তম্না কারক্তুনা থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমক চিংথদনা তাহল্লমই। কনানা অমদি করিগীদমক নুংশি হৈতনা থাদোকপীরম্লিবনো হায়বদু থিবীয়ু হায়না ৱাকৎচরমই। মমা মচা অনিগী অৱাবদু খঙবীরদুনা কোনুংগী মচি অমদা নুঙাইনা থম্বীরমই। নিংথৌনা মনাই মশন থাদুনা করি করম থোকখ্রিবনো থিগৎহনবদদি মহাক্কী মহারানী অহলনা থাদোক্লম্বনি হায়বা খংলমই। মহারানীগী থেল্লবা ৱাখলবু ওম্থোক্না নিন্দা তৌরদুনা শাওনিংবা পোকখ্রে। মহারানী অমদি মনাইনুবী অনিবু কৌখৎলগা হংবদদি মহারানীনা করিমতা খন্থুবা তৌদনা নোক্লদুনা

হায়রক্লমই- "শা-কৈগী মকোলগুম অদুক থিরবা মফমদুদা মীওইবনা লৈহৈবা হৌনদে হায়দুনা থাদোক্লম্বনি হায়দুনা মবুক্লিংদা তয়াং-তয়াং খুম্নকখি। মহারানীগী চনিং তাদবা পাওখুম তাবদা শাওনিংবা পোকই। চাংয়েং অমা তৌরগা অব্রাবা হায়বদু করিনো অমদি কমদৌবনো মশক খঙহল্লগে নিংখ্রে। নিংথৌনা ব্রা মখা তাদনা মনাই অমা কৌরদুনা থাং অমা, শিংজং অমগা, ফক মচা অমগা পুথোক্লক্লবা য়াথং পিরমই। হায়রিবা পোৎলম অহুম অদু পীরদুনা মহারানী অমদি মনাইনুবী অনিদুদা অসুম্না হায়রক্লমই- "লুখ্রাবী মমা-মচানা করম হায়না পুন্সি লেল্লি হায়বদু য়েংজরুরো। নখোয়না খন্থবা তৌদনা নুংশি হৈতনা থাদোক্লম্লিবা খাঙপোকশংদুগা মান্নবা শং অমা শারম্নগা হল্লকউ। নত্তনদি হল্লকপা য়ারোই।" হায়দুনা য়াথং পীরমই। মহারানী অমদি মনাই নুপী অনিদু নিংথৌগী য়াথং কিবনা চিন্তাগা লোয়ননা থাঙম-থাঙমদবা খোংথাংগা মখোয়না থাদোকখিবা খাঙপোকশং অদুগী ময়া য়ৌরক্লে। পুন্সিদা অমুক্তং পায়রকত্রিবা থাং অমদি শিংজং পাইদুনা উ-ব্রা য়ান্নবা উমং তম্না লাক্লমই। মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা উমংদুদা থুংলুবদুদা অমুক্তসু হেন্না কিখ্রে। কিনা-কিনা হৈবোই হৈতবোই মখোয় অহুম চংদুনা উ মচা অহুম-মরি য়ানবা হৌরক্লমই। নাপী শিংবী মরক্তুদা উদু পুথোরক্লবা হোৎনবদা থোৎ নৌরবা হকচাংগী উনশাশিংদু ঈহিং নাইহিং শারে। উচিন নাচিন্না উশিংদু পুবা ঙম্বোই ঙমদবোই, হৈত-হৈতনা মফমদু তাল্লা পুরক্লে। নুমিৎতুমা উ-ব্রা য়ান্নবা হোৎনরিঙৈ চান-থক্লবা থীহৌদবনা চরাদুমা হেন্দুনা লেল্লে। অহিংগী মতম ওইরক্লে হাংলবা লমহাংদুদা পিকখ্রবা ফত্তুগী মথক্তা মখোয় অহুম্মক পুল্লপ্পা ফমদুনা কিবগা লোয়ননা কপ্প-কপ্প অহিংদুমসু লেল্লে। নোং ঙাল্লক্লে চিন-য়া শেংননবা পোৎ-চৈসু য়াওদে মফমদুদগী চৈ মচা অমমম থেক্তুনা মচিন ময়া শেংদোক্লে। ঈশিং লৈফম অমদা চৎতুনা মমাই-মমিৎ তাথোক্লগা চান-থক্লবা থিবা থোরক্লে। উমংদুদগী

ফংবা চাবা য়াবা উঁহে ৰর চাদুনা নুমিৎতুমসু লেপ্লে। মহারানী অমদি মনাইনুবী অনিদু ৱাবনা খম থেংখ্রে। পুন্সিদা অমুক্তা অৱাবা থেংনখিদ্রিবা মহারানীদু লুখ্রাবী মমা মচানা হিংননবা হোৎনজবদা চহি চুপ্পা থেংনরমগদবা অৱাবা অমদি খাঙলমগদবা চৈনা পুম্নমক খনবদা ওম্থোক্লা নুঙাইতনা হিক্ল-হিক্ল কপতুনা লৈখ্রে। শুপ্নদগী নুমিৎ নিনিদা অৱাবা হায়বদু করিনো হায়বা খংখ্রে। মহারানিনা তৌখিবা অরানবা থবক্তুগী প্রায়চিৎ ফংজরে। মহারাজ অমদি লুখ্রাবী মমা মচাগী মফমদা চৎতুনা অসিগুম্বা তৌহৈদবা অরানবা থবক অসি অমুক হন্না তৌজররোই হায়জরম্বগে নিংখ্রে। নোংঙানবগা মহারানী অমদি মনাইনুবী অনিদুগা লোয়ননা কোনুং তম্না ৱানা লাক্লমই। শুপ্নদগী নুমিৎ হুম্নিগী মনুংদা ফংখিবা অৱাবা য়াক্লবা নুংশাগী মৈশা, থবক শুরম্বদা কাহৎলবা মাইথোং অমদি উনা-ৱানা, নাপী-শিংবীদনা থিনদৎপদা তৎলবা মখুৎ মশাশিং চফম ফানা চাবা ফংজখিদ্রবা পুম্নমক তম্নদুনা কপচবগা লোয়ননা মহারাজগী থোং কোন্দুনা হায়জরকই- "মহারাজ ননাইনুবীনা শুপ্নদগী নুমিৎ হুমনিগী মনুংদা অৱাবা অম্নদি মীনুংশি হায়বদু করিনো, কদাইনো ! হায়বদু শেংনা খঙজরে ! ঐ অসিগুম্বা তৌহৈদ্রবা থবক অসি অমুক হন্না তৌজররোই ! ঐবু অমুক্তদি ঙাকপীয়ু হায়জরকই। মহারানীগী চিন্দগী থোক্লক্লিবা থম্মোয়নুংগী ৱারবা খোঞ্জেলশিংদু তাবদা মহারাজগী মায়থোংদা মোমোন নোকপগা লোয়ননা মহারানীবু লৌখৎপীখ্রে।

•••••

# তরাতরেৎশুবা
# হৈ-শিংবা

চিরবা মতম অমদা থোক্লকপা থৌদোক নত্রগা চয়েৎনরবা মরম অমগীদমক হিদান্দুনা অচুম্বা লংলা-লংজিন পুথোরক্লনবা তর্ক বিতর্ক তৌনরকপা মতমদা মহৈ হৈবা অশিংবা মীনা মাগী পুক্লিংগী ওইবা অনিংবা অপাম্বদু হান্না ফোংদোক্তনা লোৎনা থুপ্না থম্লগা অতোপ্পশিংগী পুক্লিংদা লৈরিবা ৱাদু করিনো ? ৱাদুগী মনুংদা করি য়াওরি ফোংদোক্লিবা ৱাফমদুনা করিনো ? অমদি অরোইবদা করি ওইরকপা য়াই খংদোক্লবা হান্না হোৎনৈ। করিগুম্বা অতোপ্পশিংদুনা মানা খল্লিবা ৱাখলদু হান্না খংদোকখিবা তারবা অদু ওইরবদি ওইদবা প্রমাণ কয়া পীদুনা নত্রগা ফাগী ওইনা ওত্থে ত্তুনা মশাগী ওইবা ৱাফমদু ময়ায় চমহন্ননবা লোৎশিন্দুনা হেক-হেক হোৎনৈ। কনাগুম্বা খর অমনা হিরম খুদিংমক্তা মশাবু অথোইবনি খন্দুনা মীনা ঙাংবদি ইতা তাদনা, মানা ঙাংবতা তাগদবনি, মীপুম খুদিংনা ইকাই খুম্নরিবা মীশক্তু মহাক্লি হায়রদুনা নাপলগা লোয়ননা পঙাংদা ঙাংলিবা মহাক অদুনা ঙাংন শক্লরকপা মতমদা মাইথিবা ফংদুনা হেক-হেক ইকাইবা অমদি চোপ্পা নংই।

মতম অমদা হৈশিংবা মান্নবা মরুপ অহুমখক লৈমিন্নরমই। মখোয় অহুম্মক লুনা-চান্না তিন্নৈ, মতম অয়াম্বদা অমগা-অমগা ইথা থানদে। লৈজবা অয়াও-অয়াওবা পোৎচৈ ঙন্নমক য়েন্নদুনা অদুম চামিন্নৈ। থবক অমা তৌমিন্নবা তারবসু পুন্না হেক-হেক পাংথোকমিন্নৈ।

অদুবু মবুক্লিংদদি মানা-মানা শিংবা হেল্লী খন্নদুনা চাংয়েং হেক-হেক তৌনরমই। লাইরিক তম্বদসু অদু মঙাই অমগা-অমগা হেন্নদে। মখোইপুম্বা অকে-অমৌ পামই। মাগী-মাগী য়ুমদা লৈতেং ওইনা মখল কয়াগী ফজ-ফজরবা হৈ-লৈ থাদুনা অহেনবা তান্নে। নোংমদি অৱাংবা চিংগী মফম অমদা চৎতুনা মখল কয়াগী হৈ অমদি উরৈ চার থিরুসি হৌনদুনা পুগদবা পোৎ চৈ অমদি চান-থক্লবা অহাও-অথুম পুনরদুনা চৎমিন্নরমই। চিংগী অৱাংবা মফম কয়াদা হৌরিবা উশিংদা অমদি অখুবা লোকচপ কয়াদা কুম্লদুনা মখল মখা কয়াগী উরৈশিং থিরগা হেক্লরুরে। মা-মানা হেক্লকপা ময়োমশিংদু মনঙন্দা পোন্নরদুনা অমনা অমদা উৎনিংনা হল্লকপগী লম্বীদসু হৈ-লৈশিংদু থাগৎ-থাগৎনরদুনা অদুমক তর্ক তৌনদুনা কুমথনরকই। অসুম্লা লমশাং লাকপগী ৱাবগা অমদি চোকথবগা লোয়ননা লম্বীগী নাক্তা হৌবা অচৌবা উনাপুংবা উ অমগী মখোংদা ঙাইহাক পোত্থারদুনা মখোইনা পুরকপা উরৈশিংদু পুথোক্লরদুনা য়েংমিন্নে। মখোয়না পুরকপা অচা অথকশিংদু পুথোক্লরক্তুনা য়েন্নলা চামিন্নে। অকোনবদা মখোয়গী মরক্তগী অমনা রসগুলা কোক্তা অমা পুথোরকই। মদু হাংদোক্লগা পুখম অমদা হাপ্তুনা অমা অনি চামিন্নে চানা-চানা মরুপ অমা হায়রকই- "অচোই-অপা য়াম্লা চামনখ্রে পুকসু পিক থনখ্রে লোয়না চারগুমসি। ঙাইহাক পোত্থানরুরগা হৌগৎলগা চৎলমদাইদা অমুক চারশি।" অতোপ্পা মরুপ অমনা হায়রকই- "ঙাইখো অদু ওইরবদি চাংয়েং অমা তৌশিনে।" অহুমশুবা মরুপ্তুনা হায়রকই- "করি তৌসিগে ?" অমনা হায়রকই- "ঐখোয় উখোং অমমমগী মখোংদা চংদুনা পোত্থানরুরসি। ঐখোয় অহুমগী মরক্তগী কনাগুম্বা মং নুঙাইনা মংলম্বা মহাক অদুনা লেমহৌরিবা রসগুলাশিংসি চান্নরসি। ফরে অদুম তৌরসি হায়নরদুনা মানা-মানা পুরকপা খুদৈশিংদু পুনরদুনা উখোং অমমমগী মখোঙদা চংদুনা ঙাইহাক পোত্থানখ্রে। নুংশানগা শাবনে অতমননা তুমথোকখ্রে। নুমিৎসু লৈথখ্রে মখোয় অহুমক হৌগৎনরদুনা

উখোং অদুগী মনাক্তা লাক্লুনা ফম্লরে । মমাই-মমিং তাথোক্লরে । ফরে ; ঐখোয় মঙ তম্লরসি । মঙ নুঙাইনা মঙলম্বা মহাক অদুনা রসগুল্লা চাখিবা তারেদনা হায়দুনা পুন্না নোকমিন্নে । অহানবগী মরুপুনা হায়রকই, ঐগী মঙ হান্না তম্লগে তারো । ওম্বোকপনি ; ঐনা তুম্লম্লিবা মফমদু অচৌবা লমহাং অমদনি হায়নসু তৌই । মফমদুদা চাউরবা শামু অমা লাক্লেদো ! শামুদুগী মনাতোন্দসু নিংথিজরবা লৈ পরেং অমা ব্রাংনা থাঙ্গৎলদুনা ঐনা তুম্লমলিবা মফমদু তাম্না চংশিল্লক্লমই । শামুদুগী মতুংদসু পুং-শেন অমদি মখল-মখা কয়াগী য়ন্ত্র কয়া য়ৈ-য়ৈরদুনা ইন্নরক্লমই । শামুদু উবদা ঐ কিবনা লোইখ্রে । মফম কদাইদনো চেল্লগা থব্রাই অসিদংদি হিংলগে খন্দুনা হেক হৌগৎলকপদা শামুদুনা চেনশিল্লক্লুনা লৈ পরেংদু ঐগী ঙকশমসিদা চান্ননা হেক হুকপিররে । শামুদুনা অতমননা নেৎখ্রবোই নিংদুনা ঙাইহাক ব্রান্থে । ইন্নরক্লিবা মীয়ামদুনা অমুকসু হেন্না পুং-শেনশিংদু হৌনা য়ৈখৎলক্লুনা ঐবু মখোয়না কোনখৎপীরদুনা থাঙ্গৎপীরে, চুপ্পু চুপ্পীবনে, নানবু নানবীবনে ইখোংসি লৈবাক্তা তাবা ফংখিদ্রে । মখোয়না ঐবু শামুদুগী মথক্তা হাপ্পুনা পুরগা চাউরবা লৈবাক অমগী অমতা ঙাইরবা নিংথৌ ওইনা হাপ্পীখ্রে । নোকফেৎ তৌরদুনা হায়রকই- "কমদৌই ঐগী মঙ !" অনিশুবা মরুপুনা হায়রকই- "ভাই ! নংগী মঙনকা হেনবা মঙ নত্তেদা ! ঐগীসি অমুক তারো । ঐগী মঙদুদা তুম্লম্লিবা মফম অদু অশেংবা লাইশং অমগী মমাংদনি হায়না তৌই । ইনাক্তুদা গেরুবা মচুগী ফীজোল শেৎপা সন্যাসী অমা ঐঙোন তম্না অসুম চংশিল্লকই । মহাকসু ঐগী ইনাক্তা ফমথে অদুগা মোমোন্নবা মাইথোংদুনা নুংশিনা য়েংলদুনা লাইফাও ওইনা হায়রকই- 'নুপামচা নংদি অফবা কর্ম তৌরকপনা অথম্নবা পুংফমদা পোকই । বিদ্যাসু নঙোন্দগী হেনবা লৈরোই । কনামতনসু লাকচবসু ঙম্মোই । লাই মচাগুম ফজরবা নশক্লুগা মপোক মহৈগগী মপানগা লোয়ননা মশক নাইরবা মী অমা ওইম্লু হায়বা লৈ । য়েংউ তু ! নংনা

ফম্লিবা মফম অসিদগী পংলাপ লাওনা লৈরিবা লৈবাক অসিদা অমতা পোকচবী শকহেল্লবী রাজকুমারীগী স্বয়ম্বর তৌরিবনি। মফমদুদা চৎতুনা য়াওরুরবদি নংগী নওুনশিংদুগা শোইদনা রাজকুমারীনা পাইরিবা লৈ পরেংদুনা নিংথিজরবা ঙকশমদুদা হুকপীরদুনা রাজকুমারীদুগী মপুরোইবা ওইরদুনা লৈবাক্তুগী মবুঙো ওইবা শোইদ্রে ! শে ! হিরাগী মওুন লৈরবা লিক্লাং পরেংসি লৌজরো। ঐনা নংবু নুংশিরদুনা পিনবীরবনি। ঐঙোন্দদি মসিগী কান্নফম থোইনা লৈতে। লিক্লাংশিবু শিদুনা চৎলবদি শোইদনা মাই পাকপা ওইরগদবনি। অসুম্না লিক্লাং পরেংদু শিরদুনা চৎলুবদগীদি রাজকুমারীদুনা ঐগী ঙকশমসিদা তনৌরবী পাম্বোমদুনা অমতা ঙাইরবা কুণ্ডো পরেংদু হুকপীরদুনা অদুমক অমতা ঙাইরবা নিংথৌদু ওইখ্রেদনা ! মখোয় অনিমক হরাওনা নোকচৈ। মবানিগী ব্রারীদু তারবগী তুংদা অহুমশুবা মরুপুনা শোম্ভাংননা হৈনিংদনা হায়রকই- "ঐদি রসগুলাকা অমত্তা চাবা ফংদৌ মান্দ্রে। ওম্মোকপা মঙ হায়বদুনি। তম্নদদি তম্লগে- ঐনা তুম্লিবা মফমসিমক্তদনি, ঐনা হেক তুমথখিবগা ইকান কায়দনা মপা লৈতনা কল্লবা অমতা ঙাইরবা প্রভু রামচন্দ্রগী অচানবা মনাই বজরঙ্গবলি হনুমান্না মাগী চাউরবা গদাদু হাইর-হাইরদুনা খোংথাং লাওনা কাল্লদুনা লাকপদা পৃথিবীকাসি থক্-থক্ নিকপোই নিংইহে। তাঞ্জাদুদা ঐ কিবকা থাদোক্তুনা ঈশ্বর হায়বসি পুম্নমকপু পিনহৈবনি বর অমতংদি নিজহৌরগে খন্দুনা ঐগী গমশা অঙৌবদুনা ঙক্তা হেক য়েৎশিল্লগা চেনশিন্দুনা মাগী চাউরবা খোঙজাউদু পাইরদুনা দণ্ডবোৎ তানা খুরুমজৈ। প্রভুনা ঐবু মখুৎমক্লা কোনখৎপীরদুনা লৌখৎপীরে। ঐগী কোক অসিদা নুংশিনা নাম্থ বী। ঐনা করিগুম্বা খরদং প্রভুগী চরণদা কচচগে হায়দুনা কোয়েং য়েংলকপদা করিসু ফংখিদরে। তাঞ্জাদুদা ঐখোয়না শেংনা খাক্তুনা থমখিবা রসগুলাশিংদু হেক নিংশিংলকই। খুদক্তা রসগুলাশিংদু প্রভুগী চরণদা কচৈ। অথুম-অহাও পাম্বা প্রভুনি। লৎনবা লৈতনা হেক্তা লৌশিনবীখি পেনবীরমাল্লে,

মহাক্না নুংশিনা হায়রকই- 'ইবুঙো নংনা নমোন শেংনা কচ্চবসি উবদা ঐ পেল্লে ওম্বোক্লসু হাওখ্রে পুন্নমকসি ঐনা পাম্মনা অমদি খোইদানা লৌরবনি। লোয়নদি লৌররোই প্রসাদি ফংজরো' হায়দুনা শুপ্পদগী অহুমদং খাকপীরমই। তাঞ্জাদুদা ঐনা অসুম্না হায়জে- "প্রভু ঐগা লোইননা মরুপ অহুম লাকমিন্নজবনি। ঐখোয়দি থৱাই হকচাং অমতনি, শিরবসু শিমিন্নসি হিংলবসু অমতা ওইনা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নসি ৱাশক্লখিবনি। মখোয় য়াওদনদি ঐ ইথন্নতা প্রসাদি ফংবা ঙমজরোই।" ৱাহৈশিংদু তাবদা প্রভুনা নোকফেৎ তৌরদুনা হায়রকই- "ওম্বোক্না নুংশিনখ্রেদকো নখোয়সিদি ! তমজনিঙাইনি মখোয়দুবু কৌরো।" খুদক্তুদা ঐনা নখোয়বু প্রভুদগী বর অমমমদং ফংহন্নিংদুনা ওম্বোক্না কন্না কৌখ্রে। নখোয়দি নুঙাই য়াইফনা নিংথৌ ওইদুনা লৈখ্রবনিনা ঐগুম্বা ইচম চম্বা মী অমনা কৌবকাসি তাবীপোৎনভে। প্রসাদি হায়বসিদি লৎনহৈদে হায়নৈদো অদুগীসু মথক্তা ঐনা করিগুম্বা প্রসাদিদু ফংহৌদ্রবদি থওই-উশিত্তে খন্দুনা মাগী চাউখ্রবা গদাদুনা খুৎ অনি থাদুনা থারক্লবদি ননাই তোল্লবগী পুন্সি লোইরেদকো খন্দুনা ঐনা অসুম ফংখ্রেদনা। অহানবগী মরুপ্পুনা হায়রকই- "তৌখ্রেদনা ! তৌখ্রেদনা ! শোইররোই অমা ফাওবা লৈরম্লরোই।" অনিশুবগী মরুপ্পুতসু হায়রকই- "ভাই নংনা হেন্না শিংখ্রেদনা। লোয়না চাথোক্লম্লবদি য়ারোইকো !" অহুমশুবগী মরুপ্পুনা হায়রকই- "পুন্নমক প্রভুনা হকথেংননা ফংখ্রবনি। ঐদি শুপ্পদগী প্রসাদি ওইনা অমখক ফংজবগী ৱাদনি।" মহাক্না নোকফেৎ তৌরদুনা হায়রকই- "চাথোক্কে খল্লবদি লোইনা চাবা য়ারবনি অদুবু 'নুংশিবা' হায়বদুনা মরম ওইরগা ইথন্নতা চাবা ঙমদ্রদুনা অহুমদংদি খাকপীরবনি।" মরুপ অনিদুনা মকোক পাইরদুনা হায়রকই- "নংনা খর হেন্ন শিংখ্রদনা।"

•••••

# তরানিপানশুবা
## মীনুংশি

অমত্তা ঙাইরবা মালেম ইমাগী তম্পাকথকসিদা চেন-চোংদুনা শান্নমিন্নরিবা কয়াগী মরক্তগী কনাগুম্বা খরনা অশাবা অয়াকপা চিঞ্জাক কয়া চাশিন থকচিন্দুনা অহেন্নবা অপাম্বতনা লাইনিং ওই । অফ-ফত্ত খত্থবা ঙমদনা মশাবু লাকশিঞ্জবা ঙমখিদ্রবা, অতোপ্পা কনাগুম্বা অমতদা মীনুংশিগী ওইবা য়াহৈ অমা ফাওবা হায়খিদ্রবা লোইননা মীওইবা সমাজগী য়াইফনবা থবক অমতা তৌখিদ্রবা; মহাক্না পাম্লিবা পোৎশক্তুদা ফংননবা হোৎনরকপদা শাহিং চাবগী থৌদৌ লৌরদুনা তৌহৈদ্রবা শাজৎ কয়া চৎখ্রবা মহাক অদুগী পুন্সিগী য়াচংবগী মতম য়ৌরক্লদুনা চৈশুগা পাম্লোইনরক্লবা মচা-মশু ওইবশিংনা অঙাং-নাহ্বাগী মতৌগুম থওইদনা মহ্বা লৌবিরকত্রবা মতম : মচাশিংগীদমক্তনি খন্দুনা তৌহৈদ্রবা থবক কয়া অমদি চংহৈদ্রবা লমচৎ কয়া চৎতুনা করাম চাউবগা লোয়ননা অরং-অরাক কয়া তাশিন খোমজিনখ্রবনিকো । নিংশিং-নিংশিংনা মিৎলুদগী পীরাংগা লোয়ননা তিঙ্খঙগী মতৌগুম অনুতাপকী মৈশানা থমোয়নুংদা থুম্না য়েররবা মতমদুদা মিনুংশি পোক্লকপগা লোয়ননা মশানা লঙজখিবা মরাল পুম্বা য়াজরক্তুনা থাংথবীনবা লৈতনা পুঙমদ্রবা লুম্লবা পোৎলুম'মগা কোকথোংনারদুনা মথংগী অওনবা খোংচৎ অমা চৎখিবা তারমাল্লে খন্দুনা পুন্সিগী য়াচংবা মতম য়ৌরক্লবা ফাওবদা চিন্তাগী পোৎলুম অমগসু নৌহৌননা থোঙ্গৎলকই ।

*লম্বী -৮০*

মতম অমদা ইনাক কৈরাক খুল্লবা নুপা অমা লৈরমই । মহাক্কী মনাই মশল কয়ামুক্তা থৌগল্লদুনা চানিংবতা চা, শেৎনিংবতা শেৎ, অকে অমৌগা লোয়ননা লৈরমই । মহাক্কী মচানুপা অনি অমসুং মচানুপী অমা লৈরমই । মখোয়সু মপাগী মতৌগুম থীংবীনবা লৈত অপাম-অপাম্বতা তৌদুনা কে-মৌনা লৈরমই । ইমুংদুদা থবক ইনখাং শুননবা লাইররবা মশক মতৌদি নিংথিজবা জাতী তিন্নদবা ইনখৎলক্লিবা পাখং মচা অমসু লৈরমই । মহাক ইং-তপ্পী মবুক-মপাউ ফৈ, য়ুম-কৈ পুম্নমক তরু তনান্না থমই । মহাক্কী মশক অমদি মবুক-মপাও ফবদুদা ইমুংদুগী নুপীমচাদুনা খোয়দারুরে । ইনখৎলকপগী মতম ওইবনে মবুক্লিং ফাথবা ঙমদনা তন্তনা কাইহৌবীরমই । নুপামচা অদুদি কয়া য়াজরমদে । অচেংবা মতম য়েংদুনা নুপামচাদুগী কাদুদা নম- নমদুনা চংবদু নোংমদি মপাবুংনা উরুরে । থৌদৌ অদু উবদা মপাবুং শাওবনা লল্লাই কাখ্রে । ঙাংহৈ-চৈহৈদবা খোন্দা অথিবা ব্রাহৈ কয়ানা মচানুপীবু থিনা চৈ ঙাংবতা নত্তনা নুপামচাদুবু পুথোক্লগা শা-ষনগী মতৌগুম তমথিনা ফুরগা তাম্লোকপীখ্রে । নুমিৎতুদা নুপিমচা অদুসু নিঙমদবগা লোয়ননা নুপামচা অদুগী তুং ইন্নদুনা চৎখ্রে । নুপীমচাদুগী মপাবুংনা অমতা পোকচরবী মচানুপীবু জাৎ তারবীনি খন্দুনা ইল্লোকপীখিবগা লোয়ননা মখাতানা মাগী খোঙ্গুল অমতা লিখিদ্রে । নুপামচা অমদি নুপীমচা অনিদু নুপামচাদুগী চিংয়াদা তাবা খুঙ্গংদুদা ইং-তপ্না নুঙাইনা লৈমিন্নরমই । নুপীমচাদুনা মপুরোইবগী সেবা অমদি য়ুমগী থবক ইনখাং শুবদা নোংমতা ব্রাই কৌবদা হায়দনা মোমোন্নবা মাইথোংগা লোইননা লৈরমই । নুপামচাদুসু অপেন পেন্দা অমতা হায়দনা শুগদবা মথৌ শুদুনতা নুঙাই য়াইফনা পাল্লমই । ঙাইবীয়ু কৌবা য়াদবা মতমনা অসুম অসুম হৌজিল্লকুনা অহানবা ওইনা মচানুপী অমা ফংজখ্রে । চহি কয়া হৌজিল্লক্লে অনৌবা চহিনা লাকপদা নিঙোল ওইবী কয়ানা কেজ-নৌজনা মপামদা লাকপা উজবদা মতম কুইনা উবা ফংখিদ্রবা মচাগী শক্তম নিংশিংলকুনা

মমিৎতগী পীরাং শিন্থনা কপচৈ। ইঙ্খোকখ্রে খন্দুনা নুংশিঁহৈতনা হন্না য়েংবীখিদ্রবা মচাগী খোঙ্গুল লিগে খন্দুনা মফম কয়া কয়া চৎতুনা থিজরমই অদুবু ফংবা কৌবা লৈখিদ্রে। লংলা লংজিন অমতা ফংখিদরে। অমতা ঙাইরবী মচাগী তনৌরবী মাইখোং হন্না উবা ফংজররোই খনবদা মিৎলুদগী পীরাং কংদনা অৱাবগী মশক ওইখ্রে। অমরোমদা নুপীমচাদুনসু মপাবুং অমদি মবুং মৌপ্পা অনিগী নাক্তা চৎনিংলদুনা মপুরোইবদা চৎলুসি হৌজৈ। মপুরোইবনা য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে। অসুম্না অসুম লৈরক্লবদা নুপিমচাদুগী মবুক্লিংদা খঞ্জরকই। ইঙ্খোকপিরে ফরে, লৌশিনবীরে ফরে অমুক্তদি চৎতুনা পুম্নমক্কী শক য়েংজরক্লগে খনখ্রে। নোংমদি মপুরোইবা লৈত্রিঁঙৈ অয়ুক অমদা চহি তরুক শুরবী মচানুপীদুবু খুৎনা শম্নদুনা থা তরুকতং শুরিবা মচানুপা অদুবু মনঙ্গন্দা পোখৎলদুনা মাগী ইঙ্খোলদগী ফংজবা তদেক-তদেকপা অনৌ-অপেৎকী অচৌবা ময়োম অমা পুরদুনা মবুং-মৌপ্পা পুম্নমকপু উন্নবা ফংজরগনি নুঙাইজবগা লোয়ননা ময়ুম মাইকৈ পাংজরকই। অসুম্না অসুম লাকপদা মফম অনিবু শম্নহল্লিবা অচৌবা তুরেল অমদা থাবা উরোক থোং অদুসু ইচাউনা মরম ওইরদুনা তেক্তুনা লৈরমলে। তুরেলদুসু ঈশিংনা ইমাই চোন্না চেল্লমই। তোর্বান্দুদা ফমদুনা ঙাইহাক ৱাখল তৌই। হনবতদি হনখ্ররোই, করিগুম্বা উপাই অমা তৌরদুনা তুরেল অসি লাল্লগা চৎকে নিংখ্রে। অহানবদা মনঙ্গন্দা পোরক্লিবা অঙাংদু থাদুনা ফী অমগী মথক্তা থম্লগা চহি তরুক শুরবী নুপীমচা অদুবু পোরদুনা তুরেলদু ইরোইদুনা লাঙ্খোকখ্রে। অতোপ্পা তোর্বান্দুদা নুপিমচাদু অমুক থম্মল্লগা হল্লকতুনা পীক্লিবা মচানুপাদু অমুক পোরদুনা ইচেলদুদা ইরোইরগা লাঙ্খোরক্তুনা মমা মচা মখোই অহুম পুল্লপ্না ফমদুনা মচাশিংদুবু নুংশিনা তৈথোকপীদুনা লৈরিঁঙৈ তাঞ্জাদু; অতোপ্পা তোর্বান্দুদা মপুরোইবদুনা মমিৎতগী পিরাং শিন্থনা য়েংদুনা লৈবা উরুরে। মপুরোইববু অমুক হন্না উজবদা নুপিদু খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লকই। মখোয়বু য়েংদুনা লৈরমলিবা মপুরোইবদুসু

পোৎয়োমদুগা লোয়ননা তুরেন্দু লাম্ভোরভুনা পুন্না ফম্মিন্নরদুগা মচাশিংবু কোল্লদুনা অতপ্পা খ্বাইহৈনা নুংশিনা হায়রকই- "ঐ পুম্নমকপু নুংশিদবা নত্তে, জাৎ তিন্নদবনি খন্দুনা হন্না ইস্কোকপিরক্লবদি নৌহৌননা খায়না মৈশা লাংলগদরা খন্দুনা নহাক্লা হায়বদু য়াখিদবনি । নংগী থম্মোয়না অদুক য়ৌথ্রবদি চৎপদদি চৎলসি । মমা মপা মখোয় মরিমক খুৎশন্নরদুনা ময়ুম মাইকৈ পাংলক্লে । অসুম্না অসুম লাকপনা কুইনা থাদোকখ্রবা য়ুমগী কোম্মোং য়ৌশিল্লক্লে । নাক-য়েৎ অনিমক জঙ্গলগী মতৌগুম নাপী-শিংনাদনা থন্না ইশোং শোংনা লৈরম্বদু য়েংনা-য়েংনা য়ুমগী থোঙ্গালদু লানশিন্নগে খন্দুনা খোং হেক থাংজিল্লকপদা; কিগুম, চিংনবগুম লৎকক্ তৌরকই । চিংনরপ তৌনা করি থোক্লগবা খন্দুনা মপা মচা মখোই মরিনা কিনা অমদি চিংনন লেপ্লদু মাঙ্গোলদুদা ফমদুনা লৈরিবা মপাবুং, মবুং অমদি মৌপ্পাদুনা উরক্লে । মতম কুইনা খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরক্লবা অমুক হন্না উবা ফংজররোই খনখ্রবা মহাকপু নৌহৌননা উবা ফংজবদা হরাওবগী মপান নাইখিদ্রে । মপাবুং মবুং অমদি মৌপ্পানা অমত্তা ওইবা খোঞ্জেলনা হৌনা কৌরকই । ইপাগী ইবেম্মা, ইবুংগী ইবেম্মা, ইচে! ইবাই করিগীনো নখোয়না মফমদুদা কনা লৈজদ্রবা লমলানবা অমগী মতৌগুম ইকাই নুংশি য়ান্ননা লেপ্লিবা ? নখোয়গীদমক মতম কুইনদগী থোঙ লাওনা হাংদুনা অদুমক থমুক্লবনি । মাংগী লম্বীনা শাংখ্রবা তুংগী লম্বীনা তেনশিল্লকুবা অরং-অরাক্তা ঙাওরদুনা মীগী মরক্তা মী খায়দোকখিবা লেপ্লি হায়বতা মঙাইরবা মখোক লোইরবা উপালগুম্লবা নপাবুং ঐহাকপু অমুক হন্না ইস্কোক্লগে খল্লবরনে, ইচাথোইবী ? ঐখোয় অমতনিনে, লাওনে ইপাগী থোইবী হায়রদুনা পুম্নমকপু ইমুং তম্না পুশিল্লকই ।

•••••

# তরামাপলশুবা
## লিক্লাং পরেং

মীওইবা জাতীবু মথানুংদা নুংশিনা চেজেৎ কোনশিনবীরদুনা নাওয়োক-নাওকোনবীরিবা অমত্তা ঙাইরবা পোক্লফম ইমাগী খোম্লাং লমন শিংগে খনঙমদনা অকে অমৌ অমদি ইথক ইরাংগা লোয়ননা অহাওবতা চানিং ফজবতা শেৎ-ইন্নিং, মোন্দুম মোন্তেকথত্তা য়াওন্নরদুনা ফুরা দলানথত্তা কেজ নৌজনা লৈবনা পুন্সিগী অশেংবা পান্দমনি খন, অচুম অরান খংদনা ঐগীদং ফংহৌরগা লোইরে খন্দুনা অৱা-অনা য়েংদনা মীনুংশি মাবু খোঙগাওনরম, নুমিৎলৈগী মতৌ লৌ শক্তিগী মায়ওন্দা ওন-ওন্দুনা অকুৎপদা লৈতোরে, অতোংবদা লৈথোন্নরে। অহেনবা অপাম্বগী লাইনিংগা লন মাবুতা ফংননবা থিরিঙৈ হিংচা য়াইতম্বগী শক্লোন লৌরদুনা নুং-পান নায়না লৈনখিদ্রে অমনা অমবু নুংশিনবা। ইমুং-মনুং কায়নরে, শাগৈ-নাতৈ খংনদ্রে, অচৌ-মচা খায়নরে ; লনগী অশেংবা লেংদবা মপু কনাসু ওইদবনি। হেঞ্জিন্নসু পামফদে। লৈজরিবা খরদুনা মওং মরিন চুম্না শিজিন্নদুনা পেনথোক্লবা তমগদবনি। ঐখোয় লমদমসিদা পোকপনি, মফমসিগী ঈশিং নুংশিৎ অমদি মহৈ মরোংনা চাউরকপনি মফম অসি পুন্য ভুমিনি অমত্তা ঙাইরবা মোক্ষ ভুমিনি। ইমা অমতগী মচানি, মান্নদবা শক-চু, চাকচা-য়ুথক তোঙান-তোঙানবা লোন ঙাংলিবা কাঙবুশিং পুম্নমক্না অমত্তা ওইনা নুংশিনবগী লিপুন্না চেৎনা পুন্দুনা শেমখিবা ইমা লৈবাক্লি। খাক্লরিবা শম কোই, শেৎনরিবা তোঙান-তোঙানবা ফিজেৎ, নাৎ সংস্কৃতি অমদি লাইনিং

*লাইশোন্না তোখায় তোখায়না উহনবগী হানি। হিংলমই খংনবা কাওদা খুদম থম্নমসি। পুম্সিগী অরোইবা মতম লাক্লবদা মা-মানা পামজনা তাশিন খোমজিন্দুনা থব্রাইমক্লি খন্দুনা শিবা কিদনা শংদুনা লৈরম্বা অপানবা পোং খুদিংমক পুবা য়াদনা লৈমায়থক্তা চোয়জাইননা তাদুনা অদুমক লৈহৌরগদবনি। লৈমিন্নসি নুংশিননা লৈকোল অমতদা শাংপা মখল কয়াগী লৈরাংগুম পুন্না লৈকোন্দুগী মশক হেন্না ফজননবা। লেংশিন্নরসি অমতা ঙাইরবা অপুনবগী লংলানা অমত্তা ওইনা পুন্না ধর্ম জাৎ বিজাৎ খাইদনা, হুকমিন্নরসি, থব্রাই হকচাং অনিমক লিক্লাং পরেংগী মতৌগুম পোক্লফম ঈমাগী অমত্তা ঙাইরবা ঙকশমদা।*

মী-মীগী অপাম্বদুতং ফংননবা হোৎনরকপদা অকনবনা অশোনববু ইনাক খুনবনা লাইরববু জাতি অমনা জাতি অমবু শেৎ শেৎতুনা চানরক্লবা, তোন্না হিংজরিবা অশোনবা অতোনবা কাণ্ডবুশিংবু বলিগী হামেংগী মতৌগুম অফা-অপুননা নমদুনা থম্লক্লবদা মতমগী য়াওন তুংইন্না অচুম্বগীদমক নৈহৎপীরক্লবা মীওইশিং অমদি মমালৈবাক মজাতিবু নুংশিজবা অথোইবা মচা কয়-কয়া চোংথোরক্তুনা অফ-ফত্ত বিচারগা লোয়ননা পাংথোকঙমদবা শিম্বা কয়া পাংথোকপদা নত্তনা তাংলবা থব্রায়না অচুম্বা অমদি মমা লৈবাক্কীদমক লৈরাংগী মতৌগুম কৎলদুনা অওনবা সমাজ অমদা পুরক্লবা মণ্ডালগী লম্বী অমা হেক-হেক পীরৈ। অদুগুম্বা ভারত ঈমাগী মপারিলক্তগী অথোইবা মমালৈবাক মজাতিবু মীনাই য়োহ্নিংদগী থদৎতুনা নিং-খা তমহনগদবনি, করিগুম্বা তিঙ্খঙ অমা য়ুখ্রবদি অতোপ্পা তিঙ্খঙগুম্না থৌরবা পোৎশক অমনা হল্লগা লৌথোক্তুনা অনিমক লাপ্পা লংথোকখিগদবনি। 'ঐঙোন্দা ঈ পীয়ু ঐনা নখোয়দা নিংতম্বা পীগনি' হায়বা অকনবা খোল্লাউ লাউখিবা মহাপুরুষ অদুদি নেতাজী সুভাষচন্দ্র বোষনি। মহাক্না মমা লৈবাকপু নুংশিজবা মত মান্নবা হকচিনবা মচা কয়াগা পুনশিনমিনরদুনা ধর্মগী অখুবা মীয়েং অমগা লোয়ননা তোখায় তাবা নীতি কয়া শিজিন্নরদুনা মী মরক্তা

অমগা-অমগা শোক্ল শম্ন য়াদ্না অমদি চারৌ-মৌরোনবা তৌদনা জাং বিজাং খাইনদুনা অমনা অমবু উবদা থাঙ হায়গংনবদুনা লৈরিবা লৈবাক মচাশিংগী অখুবা ব্রাখল থাদোকহন্দুনা তং তানা পুন্না লৈমিন্নবা অমদি মাংখ্রবা নিংতম্ববু অমুক হন্না পুরক্লবা অঙম্বা থাজ্জা হোৎনখি । নুংশিনবা অমদি পুনশিন্নবতনা পাঙ্গল ওইনা শিজিন্নরদুনা মতম কুইনা তুমদুনা লৈরুবা মরৈবাক চা কয়াবু য়াকাইহন্নবা হোৎনখি । মহাক্না ভারতখক্তা নত্তনা পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা চৎতুনা অমতা ঙাইরবা মীয়ামগা পুন্না খন্ন নৈনমিন্নদুনা, মীফম কয়া ফমদুনা, পুন্নমকপু জ্ঞান তাহনবগা লোইননা মীগী মরক্তা খায়দোক্লবা তৌদনা অমতা ওইনা নিংতম্বগী খোল্লাউ লাউমিন্নরকখি । মীওইবগী থম্মোয়বু জয় তৌবা ঙম্নবদি পুন্নমক অরেম্বা ঙাক্তনি, লন মাদি লাইরদুনা অমতা ঙাইরবা থব্রাই হকচাং অনিমক অকিবা লৈতনা কখোকপা ঙমই হায়বদু প্রমাণ ওইনা উৎখি । অহিং নুংথিল খাক্তনা তুম্বা চাবা খংদনা লেপ্পা লৈতনা মফম শিন্দুনা চৎতুনা লন থুম অমদি খোঙলোয় কয়ামুক খোমজিন্দুনা বৃটিশকী মায়োক্তা লানম্থোংনমীন্নবগী-দমক খুদুম শিংনা লেপমিন্নখি । নুমিৎ অদু রেঙ্গুন সহরগী মচি অমদনি । বোষনা পীবা ভাষন অমদা মমালৈবাক মজাতি অমদি তুহৎপীরবা প্রজাশিংবু অমতা ওইনা পুন্সিন্নহন্দুনা য়াকাইহনবগা লোয়ননা মাঙলুরবা নিংতম্বগী মঙাল অমা পীরদুনা শুন্মহৎনখি । প্রজা কয়া-কয়ানা মশাগী অশোইবা অমদি থেল্লবা ব্রাখলবু অনুতাপ তৌরদুনা মমিৎতগী পীগী ইরা ইহৌননা "ঐখোয়গী ইথৌদাংদি ইশানা য়ানা তৌজগদবনি মাইকৈ খুদিংমক্তগী লাউনরক্তুনা নিংখা তম্বগী মংলান অমা শাগৎমিনরকখি ।" ভাষন পীবা লোইরমদাই মহাক্কী ঙকশমদা শিরিবা ইচম চম্নবা মালা পরেংদু লৌথোক্লদুনা মখুৎনা ব্রাংনা থাঙ্গৎলদুনা নিংতম্নবগীদমক ফন্দ খোমজিনবগী মিংদা নিলাম লাউরকখি । মফমদুদা তিল্লিবা মী চা কয়া কয়ানা অরেপ্পা লৈতনা অঙকপা ফংনা মমল

হৃনগৎনরকখি । মমৈথংদা চাউরবা শেনফম অমা খোমজিনবতা নণ্ডনা অঙাং অহল খাক্তনা প্রজাশিং মশানা য়ানা নিংতম লান্মী ওইজরগে চোংথোক্লরকখি । নিং-খা তম্বদবু ফংলবদি খন্দুনা মমা ওইবী কয়ানা মাগী-মাগী লৈজরম্বা ঙত্তা, পাম্বোমদা অমদি খুদাংদা শিরম্বা সনা লুপাগী লৈতেং পুম্নমক লৌথোক লৌথোক্তুনা মথং-মথং কৎনরক্তুনা অচৌবা শেনফম অমা খোমজিনবা ঙমখি । অসুম্না মমা লৈবাক্তীদমক শিবা কীদনা চোংথোক্লক্লিবা প্রজা কয়া-কয়ানা অমত্তা ওইনা পুন্সিনরদুনা থৱায়না লৈরাং পরেংগী মতৌগুম কৎলদুনা মাংলুরবা নিং তম্ববু অমুক হন্না ফংজরকখি । ইমা পোক্লফম লমদমদি স্বর্গদগীসু হেন্না ৱাংই ।

•••••

# কুনশুবা
## লম্বী

মীওইবগী থম্মোয়গী থুপ্লবা কাচিন্দগী থোরকপা নুংশিবা হায়বা শকউদবা ব্রাহৈসিগা অপাম্বা হায়বা অকক্লবা পোৎ অনিসিমক কনাগুম্বা অমগী মফমদা পুন্না লৈমিন্নবা তারবসু অমুত্তদা উন্নবা য়াররোইদবা লুপা ময়েক অমগী নাক-য়েৎ অনিমক্কী তোঙান-তোঙানবা মমাইগুম্বনি। নুংশিবা ব্রাহৈসিনা কোল্লিবা অর্থদি ওল্পোক্লা পাক চাউখ্রে। মাগী মফমদদি পিকপা চাউবা অঙাং-অহল খাক্তনা চৈর-চৈর, ঙাংল-ঙাংলগা থোইনা নুংশিবা সুম-সুম হেনগৎলকপা, কল্লকপা অমদি অপাম্বা য়াওদনা লৈমিন্নরিবা পুন্নমক্কা অমত্তা ওইনা হিংমিন্নবগী মঙলান অমদা শাগৎলক্তুনা পুন্সিগী অরেপ্পা পান্দম অমগা লোয়ননা অৱা-অনা কাউনা পজেং ফীরাল থেৎতুনা নোক্লা খেনা নুঙাই য়াইফনা হিংনৈ।

পামজদবা মাগী মফমদনা ফনমক নুংশিনা তমলকপা মমল য়াম্লবা খুদোলপোৎ নত্রগা খোইথুম্নরবা মৱাহৈ কয়া ওইরবসু কান্নদ্রবা পোৎ অমগুম মমল ইঁরৈ লৈতনা নোংমাংখাগী মতৌগুম ইখামক হেক খারকই। মীওই মপোক্কী শাংল পুন্সি 'লম্বী' চৎপদা ঙাক্লৌ চৈশুগী মতৌগুম অফবা অশেংবা খোঙলোই'মা খনগে নিংদনা পামই নুংশি হায়বগী মতাগুম ব্রাহং পাউহং লৈতনা তরেৎ-তরা থোক্লা খম্বহৌদনা হৈরাং-লৈরাংগী মতৌগুম মফম মতম য়েংদনা পৎ হেক্তা থৎতুনা নমদুনা চিনগে খনবা ব্রাখল থেনবা তম্বা কয়াসু ঙসিগী সমাজসিদা মরাং কাইনা লৈরিদো। তাইবং পুন্সি খোংচৎতা

য়েৎকা ওইগা খুৎশমননা চৎমিন্নরিবা অনিনা ঈশিংগা থাউগদী মতৌগুম থোং মান্নদনা চৎমিন্নবা তারবদি অদুগুম্বা খোংচৎ অদুদি পুন্সিন্নবা য়াদনা ইপাকথক্তা লুপকন্দবগী ঙাইদুনা লৈরবা হীগুম্বনী ।

অমতা ঙাইরবা নিংথৌকোন্দা মনাই মশনগতা য়াওন্নরদুনা ৱাৎত পাদনা শেৎনিংবতা শেৎ চানিংবতা চা, কেনা-নৌনা লৈজবী নাইতোম পোকচবী থাদোই লাংলেন থোইবীসু থম্মোয় শেংনা নুংশিজরুবা কৌবনা মনমদা অনিগুনা চরৈ থোঙমদ্রবা পীরক্লা চউম্বা য়েন্না-য়েম্লী, হৈক্রা চিন্দম্বা, কেগেদনা লমজা, মোইরাংদনা শেরা ওইরিবা পীদৎ-পাদৎলবা মশাবী নোংয়াই মাগী নুংশিবা চেংলৌদবু উজনিংলদুনা পাত্তা কুম্লদুনা লোং খোল্লি । পাম্মুবা মাগী মহাকথক শেম্বী কবোদা লোই ওইনা চৎতুনা লৈনাগী মতৌগুম থোৎ-নৌরবা শমু হকচাংদা শনম মফম নাই, খুবাক কুরোল হু, তাৱাবা কয়া খাঙবদা ৱায় কৌবদা হায়দনা নুংশি খুদম উৎখিদো । অপাম্বা হায়বদুনা থুম্মৎনখিদুনা মশাগী শকহেল্লবী তালোই অহুম লৈনা-লৈনা শেৎপদা, চাবদা মপা লৈত্রবা নোংশাগী মতৌগুম কন থৌরবা মনম লৈবাক তারকত্রবা কোংয়ানবা মাসু পামজরুবা মাগী মকাদদি অথোই নাপল থাদোক্তুনা থোৎচ নৌজবগা লোয়ননা, তাউবা হুইগী মতৌগুম মমৈ ফেৎ-ফেৎ হাই, মরৈ হা-হা তম কাঞ্জ-লুখাদা কুনবগুম্না, খুকউ খুদক কুন্দুনা ইতেদা তেথৈ । নুংশিবা অপাম্বা অনিনা হিদান্ননা লাম্বা ওই, মশাবী থাদোই মাবুতা ফংজননবা অমতা ঙাইরবা লাইনিংনা তুম্বা চাবা খংদনা মশানৌ ওইবী মাগী চেংলৌদবু মমিত্তা শং-শং উরদুনা মহাক্তবু ফংজহৌনবা হোৎনরকপদা লৈজরিবা লন-থুম মাঙখিবা খংদনা, চোপ্পা, লেম্বা অমদি মতম মাংবা পাম্মুদনা শংদুনা অদুম মরৈদো । অরোইবদা ৱাশক চেৎপীনি খংলক্লবদা থেম-নৌবনসু য়ারক্লরোই উরক্লবদা চরাম্নরবা নোংশাগী মতৌগুম মপাঙ্গল অমদি মথৌনা ফুদোক্তুনা লোইরং শিঞ্জোঙ ওইরিবা মহাকপু লমখাঙদা পুন্সি পিখম্নহল্লগা লাক্তুনা চাগে মখন্দুনা পুকনুংদা হু-ফুম, চিনবাম্বোংদনা লাংবন থাগী খোইহি

তৈরদুনা অরোনবা শরৌ কয়া শিল্লকখি। ইবুধৌ থাংজিং হরাওবগী লৈ লাংবা হাভভক্সু কোংয়ানবা মানা ওইদা-পাদা কয়া হায়জিন্দুনা পাম্ব অমদি তাংজনা শরাক তম্লফম পুন্সি শিখম্লবা য়াবা অশুকপা অশোংবা লোকনুংদা থাজিন্দুনা থৱাই মাংহন্নবা হোৎনখি। মদুদসু মাই পাক্লকত্রবদা মাইবী ওইনা চংশিন্নরদুনা থাওজিং লাইগী লাইফাও ওই, মনমদা পোপ্পু থোংবা য়দ্রবা মথভ্তা শেম্বাং পাইওমদ্রবা ইকোপ পুংদা হায়না হুম্রা চাভ্তারিবা অঙাওবা কাওরেন ফাহন্দুনা থাওজিং লাইমাংদা শরেন চলহল্লু হায়রদুনা থৱাই মাংননবা শরৌ তৌখি। মেরা চাউরেন হৌবা উকাই কাপ্পগী হাভভক্সু চরৈ অমদা ৱাথোক ওইহন, লমজা মাবু নুংশিনা য়েংবীবগী মহুৎ লৈবাক্কী মপু ওইরিবা চিংখুবা মান্নসু উকাইদি কাপ্তনা অতম্লনা নোংয়াই মাগী চরমদা হু তৈরবা থৌরবা তেন্দোংনা য়াপং চিক হন্না-হন্না কাপ্তুনা লমখাওগী ওইনা থৱাই মাবু তেমশিংনখিদো ! মসিদসু ময়ারকত্রবদা চিংখুবা মাগা নোংবান মাগনা শরৌ তৌ তম্বা নিপা তরাগা, শারুংহনবা মাবু নমদুনা য়াঙ্গোই শামু পুথোকহন, মোইরাং খোরী কৈথেন্দা চগুংননা শৌ শানা তারবা চেগাই মথভ্তা উপ্রা তারে উপ্র চিং, লোংনা তারে লোঙনা চিং, নোংয়াই মাগী পুন্সিবু শীখম্লহন্নবা থেঙখাং কয়া হোৎনবা ঙম্লকত্রবদা অরোইবদা লৈবাক ৱাথোক ওইরে, ইরাং শাগৎ ; খম্বা নোংবান অনিবু চায়নপুংদি থোঙ্গৎহন্দুনা খ্বাং ফাওবা ফম্লগা তিমেন তাবু লংনহল্লমদাইদগী নাথৈরদুনা ; খোইরেন্তাক্কী লময়াইদা শীদৎ পাদৎলবী তুহৎপীবগী চৈনা কিজবনা য়াৱা উচেক ঙাভুনা লৌতাংশংদা য়ারেক্লিঙৈ ; পাম্বা মানা শরাক তম তনৌ-তনৌজবী শমু হকচাংবু চরৈ মাগী মতৌগুম, মচেৎ-মচেৎ থদৎপীশ্রবদা লাইবক চাউবী কুঞ্জমালা মাগী মহাকথক অরোইবা ওইনা কৈফানহনখি। ৱাতোন্না ৱাংলক্লগা ক্লাক্লা হেক-হেক ফমদেক্লকই হায়নবগুম, অফ-ফভ, অচুম অরান'নিগী পোল্লোই চিংঙু খোয়ুম মানা লেপ্পীরক্লবা মতম, তাংজ মানা মখুল চংলমদাই চুমই হায়বগী মতাগুম ; কোংয়ানবা মাগী শমু হকচাংদা অতম্লনা পাম্বা কৈনা

শারাক তমদুনা ঈঙাং পাকতক্লনা ঈমুনা পাম্মোন্নরক্লবা, লৌখৎপীননবা কনা লৈত তাদুনা লৈরবদা ; হৌজ-হৌজ য়েক্লবনি খন্দুনা তাথি তাওইনা তৌব্রবা নোংয়াই মহাক্লা ইতাউ ঐ লৈরিঙৈ কনানা লাকচ খুদুম চনগনি পাম্নোম ব্রাংনা থাঙ্গৎলদুনা কোংয়ানবা মাগী হকচাংবু কোনখৎলদুনা মতমম্বাক্তা থমদুনা লাইকন্নরিঙৈ, অশোকপগী চৈনা খাঙমদনা মৈচাক মৈশাগা লোয়ননা থব্রাইগা হকচাংগা খাইনরমদাই, লমজা মাগী মতম্বাক্তা ওন্না থোইনা খাঙজরদুনা নোংয়াই মতাউবু মুনা-মুনা য়েংজরদুনা অরৎপা লৈতনা পীরাং শিন্থনা অনুতাপকা লোয়ননা মখুৎ অনি লোন্নজরদুনা হিক্ল-হিক্ল পুকমেন পাউমেন্নজরকই। ইতাউ'বুঙো নুংশিবা লেংদ পামেন অচৌবা, ঐনা নঙোন্দা লানগে খন্না লানখিবা নিংশিংইদো মরুপলোই। লমজেলসু ইতাউনা থোইদো, মুক্লাদসু ইতাউনা মথাইদো, অঙাওবা কাউরেনসু ইতাউনা মফাইদো, পুম্নমক কত্রবা ঐগী শরৌ ঙাক্তনিকো নুংশিবা : অদুঙৈ ইতাউনা শামু খোঙদা য়েংতুনা ইঙাং পাক্তক্লনা ঈমুনা পাম্ফেন্নরবা অয়ো-চৈনা খাঙমদনা লাইজ য়াউম'মতং নিরক্লবদা মহু কল্লবা ঐহাক্লা হিংশাগা লোয়ননা তৌখিবা থৌদোক্তমক ফংলক্লগনি মখল্লবা পুম্নমক তায়োন্নরম্লে ; ইতাউ'বুঙো নংগী পুকচেলদি লৈনাগুম থোৎ নৌখ্রবোই ! ঈরালনা ঈপোৎ ফারবা ঙাকপিফম থোক্তনা পাপ চেল্লবা ঐহাকসে অমুক হন্না হিংজনিংদ্রে। অচুম্বতনা জয় ওই হায়বদু শেংনা খংজরে। ঐবু মখা তানা লাইকন্নবীরগনু। "অচুম্বা, ঙাকপীবা অমদি নুংশিবগী থৌদৌতগা লোয়ননা কাইদনা পুন্সি লম্বী চৎলিবা নুংশিরবা ইতাওগী পুন্য চেল্লবা খুৎতুনা পাপতনা তারবা শোকহৈদ্রবা শমু হকচাংসিদা নান্থবীরদুনা খাংবদা ব্রারবা চৈনাসি কোক্লদুনা লাইরৈবাক তম্না চৎপা ঙমজরো হায়রদুনা অরোইবা ওইনা বরদুতং পীনবীয়ুকো!" ঐ অমুক হন্না ইতাউগী মফমদা য়েৎলরোই; হায়রদুনা নোংয়াই মাগী মাইথোংবু মুনা মুনা য়েংজরদুনা পীরাং শিন্থখি।

•••••

# কুনমাথোইশুবা

## দশা

পুকচেল শেংদবা মরৌ-লৈবা মীওইশিংনা মশাগী ওইজবা অপাম্বা থিবদা ইপংদা পংজবা মীওই অমগী মতৌগুম কিথি-কিরুম তৌশিন্নরদুনা পাংদবা মতৌ উৎলগা মহাক্কা লোয়নরিবা কাঙবুশিংদুগী মরক্তা চংজফম অমা ফংননবা হোৎনৈ। অদুগুম্বা মফমদু ফংলবদা লোয়নরিবা মহাক্কুগী লমচৎ-শাজৎ অমদি মওং- মতৌ খংদোক্লনবা তোরোৎ-খদানবগা লোয়ননা ইচম চমজবা অমগী মতৌগুম কোইদনা অরোৎ অথুপ খংদোক্লবগী তুংদা ; মহাক্না পাম্লিবা থবক নত্রগা লৌগে খল্লিবা পোৎশক অদুগীদমক অচেংবা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈ। মতমদু হেক ফংবগা থিন্থবা তৌদনা পাংথোক্লিংলিবা থবক অদু পাংথোক্লকপদা অরুবা ওইনা থোক্তে। অদুগুম্বা লৌনম্বা লিচৎ চৎথ্রবা মহাক অদুনা খুদোংচাবা লৌখ্রবা ইমুংদুগী মীওইশিংদুদদি নুঙাই য়াইফনা লৈরম্বা অমনা চেকশিনহৌদবা মীকুপ্তা খংহৌদবা অচৌবা খুদোংথিবা অমনা নল্লরবনা ব্রাখল-লৌশিং থোক্তনা স্ত্রান মাংবগা লোয়ননা লৈজরম্না পুম্নমক মাংখিবদা ভৌফম চাফম খংদনা হিংনা-হিংনা শিরবা মীওই অমগী মতৌগুম ; অনুতাপকী পোৎলুম অমগা লোয়ননা লৈমিন্নরিবা পুম্নমক্তা থাজবা মাংলকই। পুকচেল শেংদবা মরৌলৈবা মীওইশিংনা চম্না লৈজরিবা মরাল লৈজদ্রবা মীওই খরবু চিংশিন্দুনা চয়েৎ খোয়েৎনহন্দুনা পাপকী লম্বী অমদা কয়ারক হন্না ইন্সিল্লবসু ; অদুগুম্বা শাগা পাংখক ওইরবা শেমদোক শাদোকপদা ব্রারগদবা মহাকতুগা

ওন্সিন্নরদুনা অঙম তান্নমা অমুক হন্না উন-উন অমাংবদা খোংনেৎনগে খল্লোইদবনি ।

মতম অমদা লাইরবা লৌমী অমা লৈরমই । মহাক শু-নোম্বা তন্দে, নোংজু-নুংশা খাক্তনা অৱা-অনা থিদনা লেপ্পা লৈতনা শুগদবা মথৌশিং শু-নোমদুনা লৈরমই । মতম খরগী তুংদদি চাবা থকপা ৱাৎতনা নুঙাই য়াইফবা মীওই অমা হায়বদু ওইরক্লে । মহাক্কী লৈজরিবা লন-থুমদুদগী অঙম্বা খর পুথোক্তুনা লৈকাইগী খুঙ্গংগী অৱাৎ-অপা খরদং ওইরবসু শেমগৎ শাগৎপা য়াওজে । লম্বী শেমই, পুখ্রি তৌই, স্কুল-শং শাগৎপা অমদি ধর্মগী থৌদোক কয়াদা শরুক য়াজরদুনা মচিন চৎপা মী অমা হায়বদু ওইরক্লমই অদুবু থবক শুবা লেপ্প লৈতে, মতম-মতমগী মরু-মরাং, মহৈ-মরোং, অনৌ-অপেৎ কয়া মথং-মথং থারদুনা মহাক্কী লৌবুক্তু মতম পুন্নমক্তা ইশং শংহন্দুনা থমলমই । নোংমদি মহাক্না শুরিবা ষনজাউ অনিদুগী মনুংদা অমা অশংবা নাপী-শিংবী অমতসু চাউ থকউ য়ারমদে । নুমিত্তুমদি থবক লেপ্পদুনা মনাক নকপদা লৈবা শা-ষনগী ডিসপেন্সরি অমদা লৈবা ডোক্তর অমগা তান্নরমই । ষনদুগী ওইরক্লিবা মওং-মতৌ অমদি ৱারিদু তারদুনা ডোক্তরদুনা অসুম্না হায়রক্লমই। থোইনা লুবা অনাবা নত্তে, ৱাবিগনু মচিন মরৈ নাবা নত্রগা চাবা তুমদবগী লায়না ওইগনি । ঐনা পীজরিবা গুলিশিং অসি লৌবীরো । চাং নাইনা নোংমদা অনিরক অমুক্তদা গুলী অহুম থংন-থংননা নুমিৎ হুম্রি লেপ্তুনা পীজবীয়ু হায়রদুনা গুলী খরা লিক্লি মচা অমদা হাপ্লদুনা পীরক্লমই । ডোক্তরনা হায়রিবা ৱাহৈশিংদু তাবদা মবুক্লিং নুঙাইজে । অদুবু ত্থিংনবা অমদি কাওই । করি করম তৌরগা চাউখ্রবা ষনদুদা করম্না গুলি পীজগদগে খনবদা তৌফম খংদে । মখাতানা ডোক্তরদুদা করম্না পীজগদগে হংলকই । মহাক্না হায়রকই- "শজিক অনৌবা খর লৌবিরো, গুলিশিংদু কুপ্না তকখায়বীরগা ঈশিং খরগা য়াম্নরগা শজিকতুগা পুন্না তোৎশিন্নবীরগা

পীজবীয়ু। নত্রগা মনিং-মমাং হোবা উতোং মচা অমা থীবীরো, উতোংদুগী মনুংদা গুলী অহ্মদু হাপচিনবীরো ; তপ্ন-তপ্ন ষন্দুগী মচিন্দুদা উতোংদুগী মচিন অমা ইঞ্চি অনী-অহ্মদং ইনশিনবীরগা অতোপ্পা মচিন্দুনা অদোমগী চিন্না উম্নগা ফু লাউনা কন্না অমুক্তং কামশিনবীয়ু। অদু ওইরবদি শোইদনা গুলিশিংদু য়োংশিঞ্জখ্রগনি।" নুপা অদু মোন্দা নুঙাইনা হল্লক্লমই। য়ুম হেক য়ৌবগা লাপ্না চংতুনা শজিক থীগে খনখিদ্রে। থাং অমা পুথোকতুনা মনাক অদুব্রাইদগী উতোং মচা অমা থিরদুনা মনিং মমাং কক্লগা শেমখ্রে। উতোংদু নিংথিজনা চামথোক্লে। অমুক্তদা গুলী অহ্মদু পুন্না উতোংদুগী মনুংদা হাপচিল্লে। মহাক্কী নুপী কৌথোক্লগা কুন্দুনা লৈরিবা ষনদুগী ময়াংলেন্দুদা তপ্পা-তপ্পা নাম্বুহল্লি। নুপাদুনা উতোংদু তপ্পা ষনদুগী ময়াদা ইনশিনখ্রে। অদু ফাওবদা ষনদু লেংদনা অদুমক লৈ। উতোংদুগী নাকল অমগী অহোবা মচিন্দুদা মহাক্না উমশিল্লগা ফু লাউনা কন্না কামশিল্লকই। কামশিনখিবগী স্বরদু হেক ফংবগা খুদক্তদা ষনজাউদুনা হকথি ওইনা খু লাউনা কামথোরকই। ষনদুনা কামথোক্লক্লিবা প্রেসরদুনা হেনমনখিদুনা মহাক্না কামশিনখ্রিবা গুলি অহ্মদু হন্দোরক্তুনা নুপাদুগী পুকনুং য়ৌনা চংখ্রে। খুদক্তুদা মহাক চেপ্পোরক্তুনা ঈশিং গ্লাস মরি-মঙা থকচিল্লগা ময়াদা খুং ইন্সিন্দুনা ওথোক্লনবা কন্না হোৎনজৈ। অদুবু ঈশিং অমদি অনাংবা তিম্বোংগুম্বা খর ওথোরকপা নত্তনা গুলি অদুদি তারকউ য়াখিদ্রে। অদুক চাউখ্রবা শাদুদা গুলিদু পীজদ্রিঙৈ মাঙওইননা চনিং তানা, করি থোক্লগদগে অমদি করম তৌগদগে মাংজৌননা খন্থুহৌদবনা শোইখিবা মীকুপ অমখক্তুনা ষনবু অদু অব্রাবগী ইপাক্তা তাখি।

ইশুথোইবী, তুমলমদাই খুদিংদা লিখিবা ব্রারিশিং অমদি খুদম কয়া'মা পীদুনা হায়খ্রিবা অমদি তাকখ্রিবা চংনরোল অফ-ফত্ত অমদি তৌহৈবা তৌহৈদবা থবক কয়াদু কাওবা য়াদেকো, ফিঙ্গংপা য়াদে। থবক খুদিংমক্তা খন্থবগা লোইননা চনিং তানা পাঙথোক্তুনা ফিদম্লিঙাই ওইরবা মাইপাক্লবা

মীশক অমা হায়বদু ওইরদুনা মীওইবা জাতিগী অমদি পোক্লফম ইমাগীদমক ঙজবা চাংদা থবক তৌরম্লগা লোয়ননা 'এ্রৗ' অমা হিংলমই খংননবা মীংচংকী উরোং খিল্লম্লদুনা কাওদ খুদম থম্লম্লবা হোৎনগদবনিকো। পুন্সি হায়বসিদি লানফমনি ঙাইহাক্কী ওইবা অপাম্বা নত্রগা খংহৌদনা থোকপা থৌদোক অমগী মরমদা পুক্লিং ফাথবা তৌদনা খোইরাং খোইশাউনবা অশাউবা পোক্লক্তুনা অফ-ফত্তা, অচুম-অরান খন্থবা ঙমদনা শাহিং চাবগী মতৌগুম মিকুপ খরগী মনুংদা তৌঙমদ্রবা ফত্তবা থবক কয়ামা তৌরকপা য়াই। অদুগুম্বা তায়োন্ননা তৌখ্রবা অরানবা থৌদোক্তুগী ফল ওইনা নোংমা নত্রগা নোংমদি শোইদনা মতিক চাবা চৈরাক ফংলকপগুম ; অথোইবা মপোক ফংলবা মীওইবনা পুক্লিং রাখল অমদি ইন্দ্রিয়গী অপাম্বগা লোয়ননা মীওইবা সমাজগী য়াইফনবা রাখল তৌহৌদনা মশাদগী হেঞ্জিন্না খন্নখিদুনা ফত্তবা থবক কয়াগা ইরোইনরক্লবদা তৌখিবা তৌহৈদবা থবকশিংদুগী ফল ওইনা অনুতাপকী পোৎলুম অমনা নম্থরকপগা লোয়ননা পুন্সিগী য়াচংবা মতম য়ৌরক্লমদাই ফাওবদা নিঙমদনা লেন্নবা য়াওই। ইরাওখোলগা লোয়ননা ইচেল লেপ্তনা ইপাক য়ৌননবা চেম্থরিবা শাফু কল্লবা তুরেলগী ঈচেলবু কনানসু অতম্ননা খিংবা ঙম্বা হৌনদে। অদুবু উপায় অমা তৌরদুনা অতোপ্পা মাইগৈ অমদা নাথৈরদুনা পুবগুম, ফত্রবা হৈনবী কয়াবু থাদোক্লবা অমদি থৈদোক্লবা হোৎনবগা লোয়ননা মীওইবা জাতিগী কান্নরবা অফবা থৌদৌ তৌরদুনা অচুম্বা লম্বীদা চংশিন্নবা হোৎনগদবনি। তাইবংপানবদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক মায়াগী ঙাক্তা ওইবনা অরেপ্পা নত্তে খন্দুনা থম্মোয়দা মমি হেন্না তাহন্দনবা হোৎনবা ; অমদি এ্রৗগী হায়বা হেঞ্জিন্না থমদনা পুম্নমকপু শেম্বী শাবীরিবা জগৎকী মবুঙো মঙোন্দা অরা-অনা পুম্নমক শিন্নথোক্তুনা কোম্না নুঙাই য়াইফনা লৈননবা হোৎনবা য়াই।

লোইরবা

